ডাঃ খাঙেম্বম শামুঙৌ

# শঙাই




মণিপুরদমক্তদা ফংবা শজি

শণ্ডাই




ফোঙজবা ঃ অইবা
নম্বোল - ৭৯৫ ১৩৪

অহানবা ফোঙবা ঃ ১৯৯৩
অনিশুবা ফোঙবা ঃ ১৯৯৭

নম্ফম ঃ লময়ানবা প্রিন্টরর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।
ফংফম থোকপা ঃ অইবা
মমল ঃ লুপা হুম্ফুন্তরা

লাইরিক ফংফম ঃ অইবা,
নম্বোল বজার

লাম্হোকচবা

লমলক্কী শা-উচেকশিংবু ঙাকশেন্দুনা
মহৌশাগী খল কায়হন্দনা থম্বা পাম্বা
কংলৈচাশিংগী মফমদা
লাম্হোকচরি ঐগী অচম্বা খুদোল

*শঙাই*

## থাগৎচবা

শঙাই লাইরিক অসি মণিপুর সরকারগী Department of Science and Technology and Environment কি শেলগী মতেং খরগা লোয়ননা ফোংজবনি। মসিগীদমক্তা Department অসিগী লমন তোনশিনজরে। থৌরাং অসিবু শীনবী-লাংবিখিবা অমসুং লমজিং পাওতাকপিখিবা Dr. I.S. Khaidem, Vice-Chancellor Manipur Univercity, Mr. Ph. Ratan Singh, Joint Secretary (Education), Govt. of Manipur, Dr. S. Chaoba Singh, Director, DSTE, Manipur অমসুং Department অসিমক্কী Mr. S. Modhusudon Singh, Sr. Scientific Officer, Dr. R.K. Ranjit Singh, SG Lecturer Dept. of Anthropology, D.M. College of Science গী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

অইবা

# ৱাহৈ খর

ডাঃ খাঙেম্বম শামুঙৌনা শঙাইগী মরমদা শন্দোক্লা ইরবা লাইরিক অসি ঐহাক্লা মপুংফানা পাজরে। মতাং তরুক থোক্লা খায়দোক্তুনা ইরিবা মহাক্কী লাইরিক অসিদা শঙাই কৌবা শজি মখল অসিগী লৈফম ওইরিবা কৈবুল লমজাউগী য়াম্না কুপথবা লমিৎ-তুমিৎতগী হৌরগা শা অসিগী লিচৎ-শাজাৎ, মচিঞ্জাক, চাদা-নাওদা শন্দোকপগী মওং, শা অসিনা হৌজিক হৌজিকমক মায়োক্লরিবা খুদোংচাদবশিংগা লোয়ননা লমদম অসিদা লমলক্কী শা-উচেকশিংবু ঙাকপী-শেনবীনবা লৌখৎলিবা মখল মথেলগী থৌরাংনেচিংবা পুন্নমকসু মপুংফানা নৈনরি।

পণ্ডিত জৱাহরলাল নেহরুগী ৱাফম মতুং ইন্না "মণিপুর অসি ভারতকী মনিনি অমসুং ভারতকী নোংপোকথংবদা লৈবা Switzerland অমনি" হায়বদা হায়মনবা থোক্লেই। তশেংবমক লমদম অসিদা মহৌশাগী মমল য়াম্লবা লল ওইরিবা উমং-ৱামং অমসুং লমলক্কী শা-উচেকশিংগী মখল য়াম্না লৈজে। অদুতসু নত্তনা লমদম অসিদা য়েলহৌঙেদগী লৈরক্লবা তোপতোপ্পা মশানা অমসুং জগোয় ঈশৈগী মখল মথেলনসু মণিপুরবু মালেমগী অতৈ মফমশিংদা তাখন্নবা মফম অমা ওইনা উহল্লিবনি। মালেমগী তোঙান তোঙানবা মফম কয়াদা শজি মখল কয়ামরুম লৈ। অদুবু মীয়াম্না মচী থা মচেৎ মাল্লি হায়দুনা Brow antlered deer হায়না খংনরিবা শঙাই কৌবা শজি মখল অসিমদি মালেসিগী মনুংদা মণিপুরগী কৈবুল লমজাউ নত্তবা মফম অমতদা মহৌশাগী ওইনা লৈখিদ্রবনি। শঙাইমক্তি নত্তবা অদুগা শঙাইগা য়াম্না মান্নবা অমদি কাংলুপ তিন্নবা শজি মখল খরা অমদি Burma, Cambodia, Thailand ১সুং Vietnam নচিংবা লমশিংদা লৈরি হায়রি। মালেমগী ওইনা মশক মমিং তাকপা তারবদি মণিপুরগী শঙাইবু *Cervus eldi eldi* Mc Clelland হায়রগা খঙনগনি। অদুগা Thailand, Veitnam ১সুং China দা ফংলিবা মখলবুনা *Cervus eldi siamensis* হায়রগা খঙনরি অমসুং Burma, Siam অমসুং Maloy গী লমশিংদা লৈরম্বা মখলবুনা *Cervus eldi thamin* হায়না মমিং থোনখিবনি। মরম অদুনা শঙাইনা (*Cervus eldi eldi* McClelland) ঐখোয়গী ইরমদম মণিপুর অসিবু অমুক্কা হেন্না ময়েক শেংনা মালেমদা মশক তাক্লি হায়বা তাই।

অইবা অসিনা চহি কয়া চংনা শঙাইগী অমত্তা ঙাইরবা মহৌশাগী

লৈফম ওইরিবা কৈবুল লমজাউগী হান্না ওইরম্বা, হৌজিক ওইরিবা ১সুং মতুংদা ওইরকপা য়াবা শক্তম্বু য়াম্না কুপ্না য়েংশিল্লবা মতুংদা শঙাই কৌবা শজি অসিগী তুংদা লাক্কদবা মরাইবক অদু মীয়ামদা ময়েকশেংনা উহন্নবসু হোৎনরি। অদুগা লোয়ন-লোয়ননা ঐখোয় খুদিংমক্না পুম্না চেকশিনহৌদ্রবদি কৈবুল লমজাউদগী শঙাইনা মুৎখিবা য়াবগী অকিবা অসি মাংদা থন্নগা লমলক্কী শা-উচেকশিং পুন্নমকপু নুংশিবীউ হায়না মীয়ামগী মিৎয়েং চিংশিল্লি। তশেংনমক মীওইবা ঐখোয়গী ঙাক্তা য়েংলগা ঙাইহাক্কী কান্নগদবা থবক থৌরম তৌবগী হৈনবী অসি অসুম লৈরবদি মালেমদা লৈরিবা মখল মখা কয়াগী উপাল বাপালশিংগা কোম্না লমলক্কী শা-উচেক্কচিংবা পুন্নমক মাঙখিবগা লোয়ননা মীওইবা ঐখোয়মকসু মালেমদগী পুমমুৎ মুৎখিবা য়ারিবনি। মরমদি পাম্বী নত্রগা শা-উচেক্কী মখল খর মুৎখিবা মতমদা মহৌশাগী খল (ecological balance) অসিদা য়াম্না চাউনা অহোবা থোকহল্লি হায়বা অসি অখং অহৈ পুন্নমক্না খংনরবা বাফমনি।

লাইরিক অসিনা শঙাই অমসুং কৈবুল লমজাউগী মরমদা শুগাইনা খঙহনবগা লোয়ননা মহৌশাগী খল ঙাক্না থম্বদা ঐখোয় খুদিংনা লৌগদবা থৌদাংশিং অদু ময়েক লানা উৎলি। মতৌ অসুন্না ইহান হানবা ওইনা শঙাইগী মরমদা য়াম্না কুপথনা ইরবা লাইরিক অসিনা ইরমদম অসিদা লৈরিবা ছাত্র-ছাত্রীশিং খক্তা নত্তনা অতৈ শিনফমদা লৈরিবা মীওই খুদিংমক্তা য়াম্না কান্নবা মচাক পীবা ঙমগনি হায়না ঐহাক্কী থাজবা লৈ।

শ্রীথোঙাম ঙাম্থোই সিংহ
চিফ কঞ্জরভেটর ওফ ফরেষ্ট
বাইলদ লাইফ, মণিপুর।

ইম্ফাল —
তাং ১/৪/১৯৯৩ ইং।

# ৱামাং য়ানবা

মণিপুর মশক তাকপদা মফমশিংগী জগোয়-ঈশৈ অমসুং শান্না-খোৎনবগী চাওরবা থৌদাং লৈ। ভারতকি মমিং লৈরবা জগোয় মখলশিংগী মনুংদা মণিপুর জগোয়গী মফম চাওনা কল্লি। মুকনা-কাংজৈ, থাং-তানচিংবা Martial Arts তা মণিপুরগী তোঙানবা শকতম লৈ। শগোল কাংজৈগী হৌরকফমসু মণিপুরনি হায়বা পৃথিবীগী মীয়াম্না খঙনরবনি। মসিগী মথক্তা, হোকি, ইরোইবা, বোলনচিংবা হৌজিক্কী মশাম্না কয়াদা মণিপুরগী শান্নরোই-শিংনা Ingternational গী থাক্তা শান্নদুনা মণিপুরগী মিংচৎ সমুদ্র ৱাংমা লান্না শন্দোকপা ঙমলে।

মণিপুর মশক তাকপদা মফমশিংদা ফংবা পাম্বী শা-উচেক কয়াগীসু চাওরবা থৌদাং লৈ। উখ্রুলগী শিরোই চীংদা শাংপা শিরোইলিলি (*Lilium mackliniae*) পৃথিবীদা মখল অসিগী অমতা ঙায়বা, লৈকঙদা শাংপা, থরো-থম্বাল কাংলুপকি লৈনি হায়বসি F. Kingdon Ward না অহানবদা খঙখি। মহাক্না লৈ অসিবু ইংলেন্দা পুরগা থাখি অমসুং মফমদুদা মণিপুর মশক তাকখি। মতম অমদা মণিপুরগী মফম কয়াদা পাকশন্না, চেং-চোংদুনা শান্নরম্বা শঙাইগী ৱারী তারুবদা, শা-উচেকপু নুংশিবা অমসুং মহৌশাগী পোৎথোকপু ঙাক-শেন্দুনা প্রকৃতিগী নিয়ম্বু কায়হন্দনা থম্বা পাম্বা মীওই কোটি কয়ানা মণিপুরগী মফম থিরকপা তাবনি। পৃথিবীদগী খোঙ্গুল মুৎখিগদৌরে হায়বগী মিপাইনরবা পাম্বী অমসুং শাশিংগী মশক তাকলিবা Red Data Book তা 'শঙাইগী লৈফম অতাউবা ফুমদিনা য়ুমফম ওইবা Keibul Lamjao National Park কদায়দনো শোয়দনা থিরক্কনি। অসুন্না কৈবুল লমজাউনা মরম ওইদুনা থাইনগী চাওখৎলম্বা সাহিত্যগী পুঁকৈ ওইরিবা মোইরাং, থাঙ্গ, কুম্বী, ক্বাক্তা, তোরবুংনচিংবা লমশিংবু মপালগী মীশিংদা মথং-মথং মশক খঙহন্দুনা মণিপুর অমসুং ভারতকী মশক তাকপা ঙমগনি। কয়া চাওখ্রবা শঙাইগী মিংচৎনো? লুমখ্রবা কৈবুল অমসুং মাইকৈ অশোমগী প্রজাগী দায়তনো?

মমাংঙৈদা মোইরাংগী নিংথৌ কয়াগী লৈঙাকলেনানগা শাগোম্নরকলবা শঙাইনি। শঙাইগী ফজবা মশক-মতৌ, পিশুম মথক্তগী হৌরকপা মানবা মচিনা কোকথক্তা থা-মচেৎ মাম্না লৈতেংবা; মসিনা খুমাং হোৎলগা, খুদুংনা ইন্দুনা চেনবা, চীং-লেম্বা শাজৎ উরুবদগী মশানৌ তোনুগীদমক্তনি হায়না কদেং থাজহনবনা অতমননা ফারকখিবা শক্তি মখলনি হায়বা মোইরাং

কংলৈরোলগী ৱারি মীয়াম্না তানরবনি। ৱারি অসিগী মতুংইন্না শঙাইবু তোরবুং মাইকৈদগী ফারকলগা কৈবুল লমজাউদা থাদোকখিবগী মওং মাল্লি। কৈরেলফাবী, তোরবুং, ক্বাক্তানচিংবা লমশিংগী চীংমী খরগী য়ুমদা হৌজিক ফাওবা শঙাই লাবগী মচীগা কোন্নবা মকোকশিং য়ুমগী ফক্লাংদা থেৎতুনা লৈ। 'মখোয়গী অহল-লমনশিংনা হাৎলম্বা শানি, মখোয়দু শা-লান্দা থৌনা ফবা ঙাক্তনি' হায়বা উৎনবা থম্বা খুদমনি হায়। মোইরাং-দগী খা-নোংচুপলোমথংবা মাইকৈশি চীংগী লম ওইনা তৌই। মতম কুইনা ঈরিদুনা লৈবা ফুমদি-হাওদিগী লম ইরৈ লৈতে। অদুবু মাইকৈ অশোমদা শঙাই মরাং কায়না ফংলম্মী হায়বশিদি মফম অসিগী অহলশিংগী মতনি। অদুগা শঙাইনা ইকোপ-পাৎ, খরুং-পাৎ, খোয়দুম লমজাউনচিংবা মফমশিংতা নত্তনা ময়াংইম্ফাল, ককচিং, থৌবাল, য়াইরিপোক অমসুং অন্দ্রোফাওবা শন্দোকখ্রিবা ফুমদি-হাওদিগী লমশিংদসু লৈরম্মী হায়বগী ৱারী-শিংবুন অমসুং খুদমচাদম কয়ামরুম লৈ।

শঙাই, পৃথিবীদা লৈবা খোমথকপা শাশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী তাঙলবা শক্তি মখলনি। মালেমসিদা হৌজিক শঙাইগী sub-species অহুম হিংলি। অহানবা sub-species না শঙাই কৌদুনা মণিপুরদা ফংই। অনিশুবা sub-species না La-ong নত্রগা La-mang কৌদুনা থাইলেন্দ, লাও, কাম্বোদিয়া অমসুং চিনাদা ফংই অদুগা অহুমশুবা sub-species অদুনা Lemeng কৌদুনা Burma অমসুং Thailand দা ফংই। অনিশুবা sub-species অসিসু চিনাগী মফম অমদা মশিঙ ১০০ মুক্তা লৈবা অসি নত্তনা অতৈ মফমশিংদা লৈত্রে হায়না লৌনরে অমসুং মসিবু চিন করকারনা First Rank Protected species অমনি হায়না লাওথোকখ্রে। অহুমশুবা sub-species অসিমসু মণিপুর শঙাইদগী মশীং খরদি হেল্লি অদুবু Burma Wildlife Protection Act, 1936 কি মখাদা সরকারনা ঙাকশেল্লবা শানি হায়না লাওথোকখ্রে।

শঙাইনা করিগুম্বা অকি-অখঙ অমদগী চেল্লকপা মতমদা মরক-মরক্তা লেপলগা তুং হন্না য়েংদুনা লৈ। মসিনা মাবু তান্নরকলিবা শাদানবা অদুবু ঙাইবা নত্রগা মাগা হান্না লৈমিন্নরম্বা মপাঙ অমবু ঙাই-ঙাইনা চেনবা শানি, শঙাই কৌখিবনি থাজনৈ। ইংরাজিদা Eld's Deer, Brow antlered deer, Dancing deer of Manipur অমসুং Manipur Thamin হায়না শঙাইগী তোঙান-তোঙানবা মীংশিং লৈ। শঙাইনা বিজ্ঞানগী ওইবা মিংথোল কয়ামরুমসু তমলম্মী অদুবু *Cervus eldi eldi* McClelland, 1842 হায়বশিনা হৌজিক পৃথিবী শিনবা থুংনা খঙনরিবা মিংনি।

পিকচরবসু মণিপুরদা মহৌশাদগী হৌনা মখল কয়াগী শা-উচেকশিং মরাং কায়না ফংলকই। পৃথিবীদা ফংলিবা ঈশিংগী উচেক অয়াম্বা ঐখোয়গী লোক্তাক পাৎতা য়োৎরকই হায়বা য়াই। মরমসিনা থাইনগী নিংথৌ, অঙম-অথৌ, ফমনাইবা অমসুং British মচাশিংনা পাৎ অসিদা হেক হেক উচেক কাপলম্মী। British officer অমনা পাৎ অসিদগী নোংমদা উচেক ১০০-২০০ লায়না হাৎলম্মী। অচৌবা শাশিংগী মনুংদা কৈ অমসুং শামুসু মণিপুরদা য়াম্না মরাং কায়না ফংলম্মী। কৈনা লবুক-লমহাং অমদি মীতাবা খুনলক্তা চংলগা য়ুমশা অমসুং মী ফাওবা হাৎপগী থৌদোক-থাথোক তোয়রম্মী। অসিগুম্বা কৈ লাকশিনবদা খুদোংচানবগীদমক্তা খুঙ্গং খুদিংদা কৈরুপ লিংলম্মী। শামুবু মণিপুর মপান্দা য়োল্লগা লৈবাকসিগী আয় কারকনবগী চাওরবা মরম অমা ওইরম্মী। মণিপুর তম্পাক্কী নোংপোকথংবা অমসুং খাথংবা ঙমখৈগী খুগা তুরেল মরিল ফাওবদা শামুগন্ড লৈরম্মী হায়।

থাইনদগী মমিপুরদা লৈবা চীংমী অমসুং তম্পাক্কী চৎনবী অমসুং ধর্ম্মগী উশোব-মেলা কয়াদা লমলক্কী পাম্বী অমসুং শা-উচেকশিং হেক হেক চেম্নৈ। চৎনবীশিং অসিগী নুংগী ওইবা থাখল্লোন্দা শা-উচেকশিংবু মাঙহনবা অমসুং য়োকখৎপা অনিমক শুনা য়াওই। চীংমীগী চৎনবীদা. কনাগুম্বা অমগী লুহোংবা নত্রগা মীশি-মীনাদা ওক, শন, ইরোই নত্রগা শন্দং তঙায়ফদনা চংই। চীংমী খরগী চৎনবীদা, লুহোংবা নুমিৎতা কৈন্যগী মমল ওইনা শন্দং অনি কোংগদবনি নত্রবদি মখোয়না পোকপা অহানবা মচাদু নিংথৌগী মিনায় ওইগনি হায়। মৈতৈ খুনায়দা য়েক-শলাই তরেৎ তরেৎ লৈ। শলাই খুদিং মক্কা চাবা য়াদবা পাম্বী অমসুং ঙা মখল লৈ। চহিগী কুমওন চৈরাওবা, লমতা থাংজ অমসুং লুহোংবা নুমিৎতা মৈতৈ ঙমু উশিন তৌদুনা থাদোকনৈ। কাওথাবা, য়েলহিং থাবা, উমংলাই হরাওবনচিংবা ইরাৎ-থৌনি-পুজা কয়াগী চৎনবী হৌজিকসু লেপতনা পাংথোকলি।

মণিপুরদা নিংথৌ পাম্লিঙৈদগী হৌনা শা-উচেকশিংবু মাঙহন-তাকহনবদগী থিংনবা হুকুম লৈরকই। মখোয়বু নুংশিনা য়েংবা, ওৎপি-নৈবীদবা, ঙা নত্তনা অতৈ শাশিং হাৎপা অমসুং চাবা য়াদবা হায়বসি ধর্ম্মগা মরি লৈনরকই। গমভীরসিংহ নিংথৌনা লুনা-চান্না তৌজবা কাঙ্ঙা অমা মনুং মতম চাদনা শিখি। মদু বামোন অমগী চেকশিন থৌরাং খরা শোইবদগী থোকখিবনি হায়দুনা নিংথৌনা মঙোন্দা 'অশিবা উচেক্তু চাও' হায়খি হায়না T.C. Hodson না ইরম্মী। British কি মাইয়োক্তা শোকনখিবা লানগী মমাংদা পাম্লম্বা নিংথৌশিংনা শঙাইবু য়াম্না চেকশিন্না ঙাকলম্মী। কনাগুম্বা অমনা শা অসিবু হাৎলবদি মশাগী মখুৎ ফাওবা কক্তুনা অকনবা দন্দি পীরম্মী

হায়নসু Alban Wilson না ইরম্মী। সার চুরাচান্দ সিংহ হাকতক্তা মণিপুরদা ষ্টেট দরবার লৈরে অমসুং ইং ১৯১৬ তা লমদমসিগী শা উচেকশিংবু ঙাক-শেনবগী মরম তাকপা Game Rules বু দরবারদা পুথোক্লুনা খন্না নৈনখি। Game Rules কি মতুংইন্না থৌবাল, চকপি, বরাক অমসুং খুগা তুরেলশিংদা খোইচোন্না নত্তনা করিগুম্বা উপায়-লাং থাকপা, য়াইথাবা, ইনখোনবা, বোম-কাপতুনা ঙা ফাবা থিংখি। মণিপুর তম্পাক্তা লৈবা মী অমতনা দরবারগী অয়াবা য়াওদনা চীংগী তুরেলদা ঙা ফাবা য়ারমদে। দরবারগী য়াথং থৌওইদনা শজি-শঙাইবুসু হাংপা য়ারমদে। দরবারগী অয়াবা য়াওরবসু চহী অমদা মী অমনা শঙাই লাবা অনিদগী হেন্না হাংপা শুকয়া য়ারমদে। শজি-শঙাই হাংপগী ফি ওইনা মণিপুর মচা ওইরগা লুপা ১০/- অদুগা মপান্দগী লাকপা মী ওইরগা লুপা ২৫/- লৌরম্মী। পাংকি উচেক মখল খরা— ঙানু পেদেক (পদগোং), উরেম্বী, শোইবোল অমসুং উরোকসু হাংপা য়ারমদে। Game Rules কি নিয়ম থৌওইদনা অমসুং দরবারগী অয়াবা য়াওদনা শা-উচেক হাংলবদি শেল ওইনা লুপা ১০০/- গী ফাইন নত্রগা থবক শুবা জেলদা নত্রগা মণিপুরদগী তাম্বোকখিবা অসিনচিংবা অকনবা চৈরাক পিরম্মী।

মণিপুরদা লৈরম্বা British শিংগী মরক্তা শা-উচেকপু নুংশিবা অমসুং মখোয়বু য়োকখৎপা পামলম্বা মীওইশিংগী মনুংদা J.C. Higgins অমসুং C.L.W. Harvey শিংথানবা য়াই। Harvey না, ইং ১৯৩১ দা মণিপুরগী Draft Game Rules বু অমুক শেমদোক-শেমজিন তৌরগা হেন্না মপুং ফানা পুথোক্লুনা মীয়ামদা খঙহনখি। মহাক্কী মতমদা মণিপুরগী মনুং অমসুং মপানগী মীওই কয়াদা Games Rule গী নিয়ম ঙাক্তবগীদমক্তা দন্দি তৌখি।

সরকারগী অথিংবা কয়া লৈন-লৈনা শঙাইবু কনাগুম্বা উরুবা মী অমতনা লেমনা থাদোকলমদে, য়াম্না কলক-মিহৌবগা লোইননা হাংতোকপিরম্মী। অমরোমদা মীওইবগী মীশীংনা হেনগংলকপগা লোইননা, মখোয়গী লৈনবা, লৌউনবা, লম্বী শেমনবা, মীয়াম তিনফমনচিংবা শেম-শানবগীদমক্তা উমংগী মফম কয়া কোকথোকখি। মসিনা শাশিংগী লৈফম, চাফম অমসুং মচাপোকফমদা অকায়বা পিরক্লুনা শঙাইগী মশিং নোংমা-নোংমগী হন্থরকখি। মমাংঙৈগী ঈশিং ইচাও কয়াদা ফুমদিগী মফম অয়াম্বা ঈশিংনা থুমগংলক্লুনা লোংফম-লৈফম লৈরকত্রবা শঙাইনা লৈরক-খুলক্তা চেনশিনলকখি। মখোয়বু কনবীবগী মহৎতা হাংতোকখিবনা অয়াম্বনি। মরম কায়মুকসিদগী শঙাইগী মশীং অসুম হন্থরক্লুনা শোক ১৯৫০ গী অদুবাইদা

মণিপুরদা শঙাই লৈত্রে হায়না লাওথোকখি। অদুবু IUCN গী লমজিং মখাদা E.P. Gee না লুচিংবা কাংবু অমনা অমুক থিজিন-হুমজিনবদা কৈবুল লমজাউদা শঙাই খরা লৈরম্বা থেংনখি। মসিদগী বর্গ কিনোমিটর ৫০ মুক চাওবা কৈবুল লমচাউগী শরুকপু শঙাই য়োকখৎনবগীদমক্তা Wildlife Sancturary নি হায়না লাওথোকখি। Sanctuary অসি শেমগৎলকপদা প্রজাগী য়ানিংবা-য়ানিংদবা ৱাফম কয়া শনতাইনবদা চহি কয়া হৌখি। মতুংদা সরকার অমসুং প্রজাগী মরক্তা য়ানবা পুরক্তুনা Sanctuary অসিগী এরিয়া বর্গ কিনোমিটর ৪০ দা হম্থখি। Indian Wildlife (Protection) act, 1972 অসি মণিপুরদা চৎনরকপা লোইন্না ইং ১৯৭৭ তা কৈবুল লমজাউবু মপুংফাবা National Park ওইরে অমসুং মসিগা লোইন্না শঙাই য়োকখৎপগী অকনবা থৌরাং কয়া পাইখৎলে। ইং ১৯৭৭ তা শঙাই মশীং ১৮ খক্তা লৈরম্বদগী ইং ১৯৯২ দা মশিং ৬২ শুরে। হেনগৎলিবা শঙাই মশীংসি চহি খুদিং মচা পোকপা ঙম্বা শা অমগীদমক্তদি অদুক হাক্না পুক্লিং থৌগৎনিঙাই ওইদে।

শঙাইবু খুনাই অসিগী অরিবা ৱারী-শীংবুন, চৎনরোল কয়াগা শাগোন্নরকপা, লমদমসিগী ঈশিং-নুংশিৎতা চাওরকপা ঐখোয়গী অশেংবা লন ওইরবসু, হৌজিক পৃথিবী পুম্বগী অতাঙবা শা ওইরবনি। শঙাইনা মণিপুরদগী হেক লোইখিবদা পৃথিবীদগী মসিগী খোঙ্গুল মুৎখ্রে হায়রগদবনি। মরম অসিনা মালেমসিগী মফম কয়াদগী শঙাই কন্নবা খোল্লাও কায় লাওনরকপগা লোয়ননা অঙম্বা শেন, পাঙ্গল অমসুং থৌনাগী মতেংসু পীনরকলি। ইং ১৯৮৯ দা Orissa গী Nandankanan দা মণিপুর শঙাইবু Species of the Year হায়না শকখঙনখি। ইং ১৯৯২ দা Mysore Zoo গী ১০০ শুবা মপোক কুমওন্দসু *Our Sangai* হায়দুনা পৃথিবীগা মফম কয়াদগী বৈজ্ঞানিকশিংনা খন্না-নৈনখি। পৃথিবীদা মমিং লৈরবা British Airways নসু *Conservation of your Sangai is now our Business also* হায়খ্রবনি। অসুন্না পৃথিবী অপুম্বগী মিৎয়েং চিংশিনবা ঙমলিবা শঙাইগী মতিক-মগুণসি কয়াদা চাওখ্রবনো? মরম অদুনা শঙাইবু কন্নবগীদমক্তা ঐখোয় খুদিংমক য়াম্না ভাব তানবগা লোইননা শা অসিবু মশক খঙমিন্নবা তাই। লাইবক থিরিবদি ঙসি ফাওবদা অসুক মরুওইখ্রবা শা অসিগী মরমদা ইবা লাইরিক অমতা লৈত্তে। মরম অসিনা শঙাইগী অরোল-অথুপ, লমচৎ-শাজৎ কয়াবু খঙদা-উনদনা লৈরি। ৱাৎলিবা ময়ামসিগী পিকখ্রবা লংলো-লংজিন মচেৎ অমতং ফংবা ঙমগদ্রা খনজরুবদগী লাইরিকমচাসি ইজবনি। লাইরিক অসিবু হেন্না ফগৎনবগীদমক্তা শঙাইগী

অরোল-অথুপ কয়াবু তাকপীরকপা পাওতাক খুদিংমক হরাওনা লৌজগনি।

চহি ১০ মুক্কী মমাংদগী হৌনা ঐবু Keibul Lamjao National Park অমসুং Iroisemba Zoological Garden দা চংদুনা থিজিনহৣমজিনবগী থবক্তা অয়াবা পিবিখিবা অমসুং ইতেং পাংবিখিবা Shri S.Tomchou Singh, (মতমদুগী) Chief Wildlife Warden; Shri Premkumar Singh ACF, Keibul Lamjao; Shri Jadishower Singh ACF, Iroisemba Zoo অমসুং মখোয়গী Staff কি মীওইশিংবু ঙমখৈ নৈতনা থাগৎচরি। কৈবুলদা ঐগী অয়াম্বা মতমদা অৱা-অনা কয়া খাঙমিন্নখিবা, ঐঙোন্দা অঙম্বা মতেং পিবিখিবা Shri O. Babu Singh, Senior forest guard, ইয়াম্বা অসিগী মফমদা ঐগী শিংবা ঙমলেরোইদবা লমন তোনশিনজরে। থাৌ্রশেংবমক ইয়াম্বা অসিগী মপান্দগী ঐনা কৈবুলগী লমিৎ-তুমিৎ অমসুং শঙাইগী মতিক-মগুণ কয়া খঙবা-উবা ঙমজখিবনি।

ঐঙোন্দা মতেং পীবিখিবা, ঐনা মিং থাবদদি চিংথহৌরবা Department অমসুং খুনজাগী মীওইশিংগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচবগা লোইননা ইকোক নোনজরি।

অরোইবদা, লাইরিক অসিগী মখুমগী নোমুনা Shri Kh. Ranabir Singh না পুথোকপনি অমসুং য়েকপনি। মসিগীদমক্তা ইনাও অসিবুসু হন্না হন্না থাগৎচরি।

জুন, ১৯৯৩ অইবা

# অনিরকশুবা খুৎনম

**শঙাই**, পৃথিবীদা খ্বাইদগী তাঙলবা শজি মখলসিনা লৈরিবা কৈবুল লমজাউগী ফিভম অরেপ্পা লৈতনা শোকচিল্লক্রি। মহাক্কী খোঙচৎ-খোঙদাফম ফুমদি অসুম অসুম পাশিল্লক্রি। লোৎফম, লৈফম, চাগোকফম মাঙশিল্লক্রি। ফিভম কয়াসিগা মায়য়োকন্না ব্বানা হিংলিবা শঙাইগী অব্বা ব্বারীসিবু পাওদমজবা ওইনা শঙাই অনিরকশুবা খুৎনম পুথোকচরি।

**শঙাই**, অনিরকশুবা খুৎনমসিদা অহানবগী ব্বাহে-ব্বাত খর হোংদোক-হোংজিন তৌজরে। অখং-অহৈশিংনা তাকপিরকপা মমল য়াম্লবা পাওতাক কয়া লৌশিনজরে। লাইরিকসিগী মখুম অদুগা মনুংগী কৈবুল লমজাউ তাকপা মেপ অনিমক নৌনা অমুক য়েকথোকচরে। লাইরিকসি অমুক মপুং ফানা ইথোক্তুনা উৎচনিংবনি। অদুবু, ইশাগী ওইবা খুদোংচাদবা মরম খরদগী অপাম্বসিমক মীয়ামদা লাম্থোকপা ঙমজদ্রে। লাইবক ফদুনা মথংগী খুৎনম অমমুক ফংজরগদি ব্বাৎলিবশিংসি হাপচিন্নবা হোৎনজগনি।

**শঙাই**, অনিরকশুবা খুৎনমসি লময়ানবা প্রিন্টর্সনা (কোনুং লম্পাক) য়াম্না তেনবা মতমগী মনুংদা ব্বানা হোৎনদুনা পুথোকপিবনি। মসিগীদমক প্রেসকি থৌদাং লৌবিরিবা ইচিল ইনাওশিংবু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি।

**নম্বোল** | **ডা: শামুঠৌ**

*এপ্রিল ২০, ১৯৯৮*

# য়াওফম তাকপা

# ১ শুবা পুন্দুপ

# কৈবুল লমজাউ নেসনেল পার্ক

মনিপুর হায়বসি ভারতকী অৱাং-নোংপোক ঙমখৈদা লৈবা অপিকপা ষ্টেট অমা ওইরসু মফমসিগী পুক্কৈ-লনগৈ চোম্লবা কালা-সংস্কৃতি অমসুং মীংচৎ লৈরবা শান্না-খোৎনবা মখলশিং, মশীং থিঙমদ্রবা উমংগী পাম্বী অমসুং শা-উচেকশিংগী অতাঙবা মখলশিং অসিনা ঐখোয় পুম্নমক্কী চাওথোকচনিংঙায় অমসুং লেমজনিঙায় ওইরি। পৃথিবীদা মনিপুর মশক তাকপদা মফমসিগী জগোয়-ঈশৈগী চাওরবা থৌদাং লৈ। ভারতকী মমিং চৎলবা অখন্নবা জগোয় মখলশিংগী মনুংদা মনিপুরী জগোয়গী মফম চাওনা কল্লি। মুক্না-কাংজৈ, থাং-তানচিংবা martial arts তা মনিপুরগী তোঙানবা গুন লৈ। মনিপুর মশক তাকপদা শগোল কাংজৈগী থৌদাং চাওই। শগোল কাংজৈগী মরমদা Encyclopedia Britanicaদা হায় [১]ঃ

> The first European known to play this game were some British tea planters in Assam, who had learned the game in nearby Manipur and formed the first European Polo Club in 1859 at Silchar.

হৌজিক মতমগী মশান্না কয়ানসু মনিপুরগী মিংচৎপু মপান লৈবাক্তা পাকশন্না শন্দোক্লি।

মনিপুর মশক তাকপদা মফমসিগী পাম্বী, শা-উচেক অমসুং উমংগী পোৎথোকশিংগী চাওরবা থৌদাং লৈ। উখ্রুলগী শীরোই চীংদা শাৎপী লৈকং থরো, শীরোই লিলিবু (*Lilium mackliniae*) পৃথিবীদা মনিপুর মতোমতদা ফংবা, অমত্তা ঙায়রবা লৈকংদা শাৎপী থরো-থম্বাল কাংলুপকি লৈনি হায়না British মচা F. Kingdon-ward [২] না অহানবা ওইনা খঙখি। লৈসিবু মহাক্না ইংলেন্দা পুরগা থাখি অমসুং মফমদুগী মীশিংদা মনিপুর মশক তাকখি। মতম অমদা মনিপুরগী মফম কয়াদা চেন-চোংনা শান্নরম্বা শঙাইগী মিং তাবদা শা-ঙা অমসুং উমংগী পোথোকশিংবু ঙাক-শেন্দুনা মহৌশাগী শকলোন-শক্তম খল কায়হন্দনা থম্বা পাম্বা মীওই কোটি কয়ানা মনিপুর থিরকনি। মরমদি শঙাইনা মনিপুর নত্তনা পৃথিবীগী অতোপ্পা মফম অমদা ফংদে। মসিদা নত্তনা IUCN গী Red Data Book তা মীং পানখৎতুনা লৈরবা, শঙাইগী লৈফম-কৈবুল লমজাউগী মফম থিরক্কনি। মসিনা কৈবুলগী অকোয়বদা লৈবা লমশিং-থাঙ্গা, মোইরাং, কুম্বীনচিংবা থাইনগী চাওখৎলবা, কালা সংস্কৃতিগী পুকৈ ওইরিবা লমশিংগী মশক মপানগী মীশিংদা খঙহনগনি।

---

(১) Encyclopaedia Britanica (1980) Vol 14. page 760

(২) F. Kingdon-Ward (1952) : Plant Hunter in Manipur, London.

হৌজিক মনিপুরগী কৈবুল লমজাউদা শঙাই মশিং ১০০ ফাদনা লৈ অমসুং ভারত্তা লৈবা শায়োকশঙশিংগী ১০০ ফাদবা মশিংগা পুন্না ২০০ ফাওবা ফাদ্রবা শাশি নত্তনা অতোপ্পা অমা অমুক লৈত্রে। মখোয়না কৈবুল লমজাউদগী হেক লোইখিবদা 'শঙাই খোঙ্গুল মুৎখ্রে' হায়রগনি। হৌজিক হৌজিকমকসু শঙাই IUCN গী Red Data Book দা শাথিনা মশীং হন্থরবা অমসুং য়াম্না থুনা খোঙ্গুল মুৎলগনি হায়বগী মীপায়রবা শাশিংগী কাংলুপতা য়াওরি, অদুগা কৈবুল লমজাউসু মশাগী শক্তমগী ফীভম শাথিনা কায়শিল্লক্রবা অমসুং শঙাইগীদি অমত্তা ঙায়রবা লৈফম্নি হায়না ইরি। অসুন্না ফিভম শোকচিল্লবা লৈফমদা মশীং য়ামদ্রবা শঙাইনা কয়া কুইনা লৈদুনা মচা-মশু, ধারা-নালা শন্দোক্তুনা হিংখিগদগে? খুদোংথিরবা ফিভমসিদগী ঐখোয়না শঙাই কনবা শুঙম ঙম্লরোইদ্রা? কৈবুলদা শঙাইগী লৈফম (হেবিটেট) শোকচিল্লক্রিবা অসিদগী কন্নবা উপায় লৈতব্রা? কৈবুল লমজাউবু শঙাইগী অরোইবা য়াইহিপফম ওইনা থম্বদা অকোয়বদা লৈরিবা খুঙ্গাশিংগী য়ুমলৈ-কৈলৈ অমসুং শেল-থুমগী ফিভমদা কয়ামুক শোকহনলবগে? শঙাইসু কনবা অদুগা মখোয়গী ফিভমসু শোক্তনবা উপায় খক লৈররোইদ্রা? মণিপুর ষ্টেটকি শানি [৩] হায়না সরকারনা লাওথোকখ্রবা, ঐখেয়গী লিরবা কালা-সংস্কৃতিগা শাগোন্নরক্লবা শঙাইবু অসুমক মাঙহনখিবা তারব্রা? মণিপুরদগী শঙাই মাঙখিবা হায়বসি কনাগী অমাঙবনো? আসামগী পাবিতোরাদা শাঙাইগী অনিশুবা লৈফম শেমদুনা (মনিপুরগী কৈবুল লমজাউনা অহানবা লৈফম্নি) মসিবু কন্নবা থৌরাং পায়খৎখিবদা ঐখোয়গী ইজৎ করিনো? পুন্নমকসিগী মথক্তা, চহি চা কয়াদগী ঐখোয়গী ইরক্তা তোৎন-তিন্নদুনা, ইরমদমসিগী ঈশিং-নুংশিৎতা চাওরক্রবা শা অমবু খোঙ্গুল মুৎহনখিবদা জীব অমা মাঙখিবগী মীনুংশি খক ফাওরোইদ্রা? চুম্মী, পৃথিবীদা লৈবা জীবশিংগী মরক্তা অরিবা ধারা কয়া মাঙখিনি অদুগা অনৌবা ধারা কয়া উরক্কনি। চহী মিলিয়ন ১০০ রোমগী মমাংদা পৃথিবীগী মফম খুদিংদা শিন-থুংনা লৈরম্মী থাজনরীবা ডাইনোশোরশিং লোইনা খোঙ্গুল মুৎখ্রে। ডাইনোশোরশিংত নত্তে, অতৈ পাম্বী অমসুং শা-ঙা কয়াগী ধারাশিং মাঙখ্রে। মখোয়শিংদু মতমগী ইচেলদা, প্রকৃতিগী নিয়ম কায়দনা মাঙখিবনি, মীওইবা নত্রগা অতোপ্পা জীব অমগী ইথিন্না মাঙহনখিবা নত্তে। অদুবু কৈবুলগী শাঙাইদি প্রকৃতিনা পিরকপা অরা-অনা কয়া মায়য়োক্লবদগী মীওইবনা মায়কৈ খুদিংদগী তমশিল্লকপা চৈনা-চৈথেং অমসুং মীওৎ-মীনৈ কয়া মায়য়োক্লবনা হেন্না লুরি অমসুং খাঙবদা রারিবা চৈফুশিংশিগী মরক্তা শাশিনা ফেৎ-ফেৎ হাইনা খাঙলি।

## কৈবুল লমজাউ

শঙাইনা মহৌশাগী ওইবা ফিভমদা হৌজিক কৈবুল লমজাউদা লৈ [৪]। লমদম - সি লোক্তাক পাৎকি খা-নোংপোকথংবা শরুক্তনি অমসুং থাঙ্গা চীংশাং পরেংনা মসিগী

[৩] Government of Manipur, Notification No. 60/5/86 for (Pt), dt 21st March, 1989.

[৪] মতম অমদা খেন্দে নিংথৌনা হায়জরকপদগী মোইরাং নিংথৌনা মৈতৈ নিংথৌ খুমোম্ববু*

পাৎকা তাইনবা লমখৈ ওইরি। কৈবুল লমজাউ খা-অরাংনা খরা হেন্না শাংবা অমসুং থাঙ্গা, কুম্বী, কৈবুল, চীংমৈ লফুপাৎ-তেরা, রাপোকপী, ইথায়নচিংবা খুঙ্গংশিংনা কোয়শিনবা, অতাওবা ফুমদি মরাংকায়না লৈবা মফম্নি। মরমসিনা পৃথিবীদা অমত্তা ঙায়রবা floating Sanctuary নি হায়না মমীং চৎলি।

থাইনগী নিংথৌ পাল্লিগৈঙেদা শঙাইবু, মরু ওইনা মসিগী থা-মচেৎ শানা কোনবা মচীবু মীয়াম্না য়াম্না কলক্কবা পোৎশক ওইরকখি। নিংথৌনা মনায়-মশল, অঙম-অথৌশিংগা লোয়ননা শজি-শঙাই ফাবা/কাপ্পা তোয়না চৎলম্মী। মনিপুরদা হিন্দু ধর্ম্ম[৫] চৎনখিবগা লোইননা তম্পাক্কী মৈতৈশিংন ঙা নত্তনা অতৈ শাশিংদি 'মাংই' হায়না চানরমদে। অমাং-অশেংগী থবক্তা নিংথৌগী অকনবা চৈরাক লৈরম্মী। য়ুমদা ওক, য়েন লোইবা য়াবমদে [৬]। মরমসিনা তম্পাক্কী মৈতৈশিংদি শজি-শঙাইবু মকোক-মচী লৌনবা করিগুম্বা মতমদা হাৎপা নত্তনা মশা চানবগীদমক্তদি হাৎলমদে। অদুবু মনিপুরগী পাঙ্গল অমসুং চীংমীশিংগীদি অথিংবসি লৈরমদে।

মতম অমদা মনিপুরদা খ্বাইদগী মরাং কায়না ফংবা শাহিং চাবা শা ওইরম্মী। কৈ ফাবা নত্রগা হাৎপবু য়াম্না পাঙ্গল-থৌনা লৈবা অমসুং অরেম্বা, নিংথৌনা শকখঙবিবা শিকারগী থবক ওইনা লৌনরম্মী। নিংথৌনা কৈ ফাবা কুম্বগী রাফম চৈথারোল কুম্বাবদা তোয়না-তোয়না ইরি। মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা যুবরাজ ওইরিঙৈদা চহি অমদা কৈ ২৬ ফাখি[৭]।

---

মফমসিদা ফাদুনা পুল্লগা থমখি। মৈতৈ নিংথৌদি য়াম্না থৌনা লৈ, ইচংথৌই, হায়দুনা মোইরাংদা কৈ হায়না খঙনরম্মী। কৈগুম্বা মৈতৈ নিংথৌ ফাখিবা অমসুং পুনখিবা মফমবু কৈপুন নত্রগা কৈবুল কৌখিবনি।

*লমিৎলোন (১৯৮৮) ঃ সরাংথেম বরমনি সিংহ, লমায় ২৭।*

** খুমোম্বনা পাল্লম্বা মতম খৃষ্টাব্দ ১২৬৩-১২৭৮,*

*চৈথারোল কুম্বাবাঃ ইবুংঙোহল অমসুং খেলচন্দ্র, লমায় ১৪।*

মোইরাংগী খুনুংরারী অমগী মতুংইন্না মতম অমদা মনিপুর তম্পাক্তা উমং-রামং মরাং কাইরিঙৈদা শা-কৈস্য য়াম্না লৈরম্মীই। লোক্তাক পাৎনা ঈশিং চাওরকপা নত্রগা মনাক নকপা চীংগী উমংশিংনা পাক-শন্না লম্মৈ চাক্তুনা লোৎফম-লৈফম লৈত্রবা শা-কৈনা মফমশিদা পুল্লি হায়দুনা কৈবুল কৌখিবনি।

[৫] হিন্দু ধর্ম্ম ঃ মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবনা পানবা মতমদা (খৃঃ ১৬৯৭-১৭০৯) লৈবাক অসিদা হিন্দু ধর্ম্ম চাওখৎনবা হোৎনরম্মী অদুবু ঙমখিদে মচাইবুংঙো গরিবনিবাজ (পামহৈবা) হাক্তকতা ধর্ম্ম সি মৈতৈ লৈবক্তা মপুং ফানা চৎনহনখি। অরিবা মনিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস (১৯৬৯) ঃ খেলচন্দ্র সিংহ।

[৬] চৈথারোল কুম্বাবা (১৯৮৯) ইবুংঙোহল অমসুং খেলচন্দ্র, লমায় ৮৩।

[৭] চৈথারোল কুম্বাবা, লামায় ২৫৫।

নিংথৌনা কৈ ফাবদা য়াম্না থবাই য়াওরম্বগী মরুওইবা মরম অমদি, মসিনা খুল্লক্তা চৎদুনা য়ুমশা অমসুং মীওইবগী পুন্সি মাঙহনবদগী কন্নবনি। চীংমী অমসুং মুসলিমশিংনা হাৎপা শাদি মরুওইনা চানবনি অদুগা মচী-ময়ানা য়ুমগী কোম্বোংদা নত্রগা ফক্লাংদা থেৎতুনা মীয়ামদা মখোয়গী তৌঙম্বা শক্তি অমসুং মায়পাকপা উৎনবনি।

Higgins না [৮] শাঙাই হাৎপগা মরি লৈননা হায়রম্মী ঃ

> In times of high flood the wretched animals are diven out of thier hunts to isolated pieces of high ground where the neighbouring Nagas and Muhammadans take heavy toll, regardless of sex, age, close season, or the rules.

শোক ১৯৬৬ কি ঈশিং ইচাওদা কৈবুল লমজাউগী ফুমদি অয়াম্বা ঈশিংনা মতম কুইনা থুমদুনা লৈখি। ফিভমসিদা শঙাইনা লৈবা য়ারকত্রবদগী পার্ক মনুংগী পাবোৎ, তোয়া অমসুং চীংজাওদা মতম খরগী লোৎফম-চংজফম লৌখি, অদুগা অয়াম্বা শাশিংনা পার্ককী মপান্দা থোরক্রগা মনাক নকপা খুল্লক্তা চংজফম লৌবা চেনশিনলকখি। খুদোংথিরবা অমসুং চংজফম লৈত্রবা শঙাইবু মীওইবনা চংজফম পিব্বিগী মহুত্তা য়াম্না নুংশি হৈতনা হাৎতোকখি। চহি অসিমক্তদা হাৎখিবা শঙাইগী মশিং ২০-৩০ মুক ওইরমগনি। মসিগী মমাংদা কৈবুল লমজাউবু শঙাইগী Wildlife Sanctuary অমনি হায়নসু লাওথোকশ্রবনি।

কৈবুল লমজাউদা শঙাই ঙাকশেন্দুনা থম্নবগী অথিংবা লৈত্রিঙৈদা মীওই কয়ানা, উপায় কয়া শিজিন্নদুনা মসিবু পাক-শন্না হাৎখি। মৈতৈনা হিন্দু চৎখিদুনা শা উচেক হাৎপগী মশীং খরা হন্থখ্রবসু বৃটিশশিংগী লোইলম শাশন শন্দোরক্তুনা মফমসি য়ৌরকপদগী শঙাই হাৎপগী চাং অমুক হেনগৎলকখি। লোক্তাক পাৎতা বৃটিশ ওফিসার অমনা শিকার খোংচৎ অমুক্তা উচেক ৫০-১০০ ফাওবা য়াম্না লায়না হাৎলম্মী। নুমিৎ ২ গী মনুংদা বৃটিশ ওফিসার অনিনা লোক্তাকতগী কাঁঙা ১৬১ হাৎখি হায়না Higgins [৯]না হায়। Ranjitsinh না [১০] হায়ঃ

> Zealously protected by the rulers of Manipur State in the past, the stag was relentlessly hunted by both local people and army personnel.

---

[৮] Journal Bombay Natural History Society (1932-34) Vol. 37 (Part VI) J.C. Higgins, Page. 307.

[৯] Colonel K.S. Cassels, 8th Gurkha Rifles, and Colonel H.S. Wood, I.M.S., shot 161 Grey Lag Goose (Kangnga) in two days, on 31st Dec. 1897 and Ist Jan. 1898. J.C. Higgins, JBNHS, Vol. 36 (part I), Page 413.

[১০] Wildlife in India (1983): V.B.Saharia, page 191.

মনিপুরদা শা-উচেক্কী মশীংনা নোংম-নোংমগী হম্বুরকপদগী থাইনগী নিংথৌশিংগী পুন্নিং চিংশিনলকখি অমসুং লম্নলক্কী শাশিংবু, মরুওইনা শঙাইবু ঙাক-শেন্নবগী বাখল পোকলকখি। খৃষ্টাব্দ ১৯০৭ তা মনিপুর ষ্টেট ডরবার লিংখৎলে [১১] অমসুং ১৯১৬ তা লম্নক্কী শাশিংবু নিংথৌগী অমসুং ষ্টেট ডরবারগী অয়াবা য়াওদনা ফাবা/হাৎপা য়াদবগী নিয়ম শেমখি। নিয়মসিগী মখাদা লম্নলক্কী শা-উচেক হাৎচগে হায়বগী মরমদা ডরবারগী অয়াবা হুকুম পিরকখিবা খুদম খরা ঃ

মহারাজ চুড়াচান্দ সিংহ (১৮৯১-১৯৪১) সনা হাকতক্তা হাপটাগী Pri Faizali Shah Khan, শাইতোন খুন্দগী অতোনচৌ সিংহ অমসুং নোথুং কুকিন্না শজি-শঙাই, খরশা অমসুং শাজল কাপকে/ফাগে হায়জরকপগী বারোল মনিপুর ষ্টেট ডরবারনা থন্নখি হায়না তাং ৩-৩-১৯৩১ গী ডরবারগী প্রোসিডিংদা ইরি। মতৌ অসুম্না, মহারাজকুমার শ্রীযুৎ বোধচন্দ্র সিংহ অমসুং পি অঙৌ সিংহনা শা কাপকে হায়জরকপগী মরম্না তাং ২০-৩-১৯৩১ গী ডরবারদা, ক্ষেত্রিকম্পুদগী সাদিক মিয়ানা হায়জরকপনা তাং ২১-৩-১৯৩১ গী ডরবারদা, বেঙ্গোলী স্কুলগী ওঝা জগদিশন্দ্র দেনা হায়জরকপনা তাং ২৮-৩-১৯৩১ গী ডরবারদা, ইরোংচিশাবদগী আমের মিয়া অমসুং অসাম রাইফলগী জি. রাহুলনা হায়জরকপদগী তাং ১০-৪-১৯৩১ গী ডরবারদা, খেরগাওগী হাজে য়ুশফ আলিনা হায়জরকপনা তাং ২৪-৪-১৯৩১ ডরবারদা থন্নখি হায়না নুমিৎশিং অসিদা পাংথোকখিবা মনিপুর ষ্টেট ডরবার প্রোসিডিংশিংদা ইরি। ডরবারনা য়ানখিবা বারোলদু ডরবার President না হুকুম ওইনা থোকই [১২]। হুকুমসি ঙাক্না চৎতবা মীশিংবু মীচং-মীখায় নাইদনা

---

[১১] "On 15th May 1907 the administration of the State was handed over to the young Raja with a Dabar consisting of one member of the Indian Civil Service as a Vice President and 6 Manipuris, 3 ordinary members and 3 additional members. Later His Highness Raja was make the President of the State Darbar."

"In 1916 the Raja retaining only the supervisory control vacated the post of the President in favour of an English I.C.S officer." — Manipur State Darbar (1907-1947),Manipur State Archives (1987).

[১২] Memo No. 3478/VI—9

Dated Imphal, the 25th February, 1931.

R.K. Bhaskar Singh, Member Manipur State Darbar is permitted to fish in the Hill streams. He is requested to strictly follow the regulations and restrictions laid down in the game rules of the State. Pass will

অমসুংদা থকি শীন্নবী (১৩) ।

মাংলমচংডা মীওইবনা শজাহিদু মরমচাবা অমসুং চানবা থিদনা, মচাওইরিবা অমসুং গর্ভ লৈরবী অমোমগী মীনুংশি থংদনা, চীজাক ওইদনবা, মচী-মমা লৌদনবা নত্রগা হত্নাও-ত্নামগী অমসুং নুংজাবা কোংদোকপা ওইনা গন্তব্য হাংগনা; শানিংগী লৈকম, লোকম,

---

remain in force only to the end of April, 1931.

Sd/-
Supdt. State Office
for
President, Manipur State Darbar

Memo No. 3804/VI—9
Dated Imphal, the 20th March, 1931.

Maharaj kumar Bodhachandra Singh is permitted to kill two male deer (not Manipuri Stag*). Pass will remain inforce only for three months.

No female deer, immature males or males in velvet are not to be killed anywhere in the Manipur State.

Sd/-
President, Manipur state Darbar.
Manipur State Office, File No.9 : Shooting Permit
* Manipur Stag হাৎবদি শজাহি নাবুনি ।

(১৪) Memo No. 3924/VI—9
Dated Imphal, the 22nd November, 1932

It has been reported that a son of the Subedar Major of the4th Assam Rifles recently went with Capt. Edward's and shot at duck on Sanapat. Neither of these two persons have been issued with shooting permits from the this office, and it appears they have committed a breach at Rule 4 of the state Game Rules.

They are both, I believe, British Subjects and I would be grateful if steps might be taken to recover from them the shooting permit fees due, and any fine in addition that you may think suitable.

Sd/-
President, MSD.

শজিক চাকম অমসুং মচাপোকময়শিংদা চংশিনবা মখোয়গী নুংতিগী পাংথোকপশিংবা মখোয়দা তেংবাং-থিনথাকপা পীদবা লোয়নবা হেবিটেটস্ মাংহল-তাকহনবদগী শঙাইগী মশীং লোম-লোমগী হন্থবনি। থাজেশেংকম্, ইংলোক ১৯৫০ অদুবাইদা 'মনিপুরগী শঙাই থোকুল মুথত্রে' হায়না লৌনকয়ে। অদুবু পৃথিবীদা মমিং লৈরবা শা অমবু লৈত্রে হায়রগা হেক তোকপা য়াদবনা মদুগী তঙ্ তাবা অমা থঙবা তাখি অমসুং IUCN গী মীৎয়েং চিংশিনখি। IUCN-গী লমথিং শাওতাকা লোইননা E.P. Gee না লুচিংবা কাবু অমনা মনিপুরদা শঙাইগী কিন্তম য়েংশিনবা লাকখি অমসুং মহাক্কী পাওতাক মতুং ইন্না কৈবুল লমজাওবু শঙাইগী লৈকম, Wildlife Sanctuary ওইনা শেমগৎখি।

কৈবুল লমজাওবু National Park ওইহনকপগী চাওরাকপা থারীদিঃ

ইংলোক ১৯৫১, ডিসেম্বর থাদা মনিপুর সরকারনা E.P. Gee দা ইখিবা চিঠিগী বারোলদা [১৩]ঃ

> **Enquiries have been made by the Forest Department and it has been found that this deer have become totally extinct and no alive specimen is now available ... In view of what is stated above, there is no need to establish a Wildlife Sanctuary at present.**

মনিপুর সরকারগী মরিলৈনবা বিভাগনা থি-হবদা মনিপুরদা শঙাই লৈত্রে অদুনা শাশিংগীদমক্তা Wildlife Sanctuary শিংথংপা দরকার ওইদ্রে হায়রখি। অদুবু মহাক্না (Gee) মতমদুগী অসামগী Senior Conservator of Forest ওইরিবা Shri P.D.Straccy অমসুং Lieut Col. R.W.Burton [১৪] লোয়নরগা চেখনা থাজবা অমসুং অনিংবা অমগা লোইননা কয়া থিজিনবদগী ইংলোক ১৯৫৩ দা কৈবুল লমজাও মাইকৈদা শঙাই খরা লৈরম্বা থেংনখি। পাওসি মরিলৈনবা authority দা লানথংপগা লোইননা সরকারনা শঙাই কনবা চেকশিন থৌরাং অমুক পায়খৎপা হৌখি।

ভারতনা নিংথা তম্লবগী তুংদা লম্লকী শা-উচেক অমসুং উমংগী কিন্তম হেন্না শোকচিনলক্লিবা অমসুং মাঙশিনলক্লিবা অসিদগী কনবগীদমক্তা ইংলোক ১৯৫২ দা [১৫] Central Board for Wildlife (মতুংদা Indian Board for Wildlife ওইখি) শিংথখি। মনিপুরদসু লম্লকী শা উচেকশিংবু ঙাক-শেনবা অমসুং য়োকখৎলবগী থাথলসি ভারত সরকারনা কাওরিবা অদুদগী হৌরমদে। নিংথৌ পালশিংগী তৌনা মনিপুরদগী শা-উচেক য়োকখৎননবগী থৌরাং হন্না পায়খৎলম্বনি (অকুপা বারোল পন্থুপ ৬ ওবদা)। মরমসিনা মনিপুরদা ভারত সরকারনা পায়খৎলক্লিবা শা-উচেক য়োকখৎনবগী থৌরাংশিং লৌশিনবদা

---

[১৩] Oryx, Vol. 6 (1961) : E.P. Gee.

[১৪] চেরোলশিংগী

[১৫] Wild life in India (1982): V.B.Saharia.

লাক্লা থোকখি। ইং-শোক ১৯৫৪ দা Deputy Commassioner না Charimain ওইরা The Manipur Board for Wildlife লিংখৎখি অমসুং Board অসিগী তাং ১০-১২-১৯৫৪ গী[১৭] মীফমদা শঙাইশিং মনীং য়ামহৎলে শকখঙবগা লোইননা মখাতানা শিকার তৌবা থিংখি। অদুগা মসিনা লৈরিবা লোক্তাক পাৎকি শরুক খয়া (কৈবুল লমজাউ য়াওনা) মোইরাংদগী ঢোরগা পলেন-গুজনু লমীনা কোল্লিবা, চাওয়ারা মর্ক কিলোমিটর ৫০ মুক্কী লম্বু Protected Sanctuary নি হায়না লাওথোক্লবা বারেপখি। মসিগী মথা তাবা বারেপতা, কনাগুম্বা অমনা শঙাই হাৎলবদি Indian Forest Act, 1927 গী মতুংইন্না থা ৬ জেল শিবা নত্রগা লুপা ৫০০/- ফাইন তৌবা নত্রগা দদি অনিমক পীবগী বারেপসু য়ামখি।

ইংশোক ১৯৬৫ দা কৈবুল লমজাউগী লম, হায়বদি অবাংদা লোক্তাক অমসুং খোয়দাক তুরেল, খাদা ইথাই অমসুং কুম্বী পটাগী লম, নোংপোক্তা ইম্ফাল তুরেল অমসুং পটাগী লবুক অমসুং নোচুপতা থাঙ্গা-কৈবুল ফাওনবা লমীনা চীংমে চীং য়োৌবা অমসুং মদুগী নোংপোক্তা কুম্বী অমসুং কৈরেনফাবী পটাগী লৌকম্না কোল্লিবা শরুকপু Protected forest নি [১৮] হায়না লাওথোকখি। হকুমসি লাওথোকপদা লনাই মীওই নত্রগা co-operative society গী লম শোকই হায়না শিংলরকপা/অয়েংপা মীওই ১৪ বু সরকারগা য়ান্নবা পুন্নজুনা নত্রগা মখোয়গী বাকং ককথৎতুনা, ইংশোক ১৯৭৪ দা বর্গ মাইল ১৩.৩৫ না কোনবা কৈবুলগী লম্বু Reserve Forest নি হায়না লাওথোকখি [১৯]। Indian Wildlife (protection) Act, 1972 গী [২০] মখাদা ভারতকি ষ্টেট অমনা মখোয়গী লমদা যং লিবা/হৌরিবা, ফিভম কথরবা পাম্বী নত্রগা শাশিংবু য়োকখৎনবা/কন্নবগীদমক্তা মখোয়গী লৈফম/ফংফমগী শরুক খয়বু (পাৎ, তুরেল, লম্বী শোয়োক্লচিংবা য়াওনা) Wildlife Sancturay নত্রগা National Park নি লাওথোক্লবগী হেন্না চাওবা শক্তি পিরে। অসিগুম্না reserve তৌরবা মফমদা কনামতনা সরকারগী অয়াবা য়াওদনা মনুংদা চংবা, শা ফাবা/কায়া অমসুং উমংগী পোথোক লৌথোকপা য়াদবগী হেন্না কনবা অথিংবসু থম্লে। ভারত সরকারনা অসিগুম্বা Act অসি মনিপুরদা ইংশোক ১৯৭৩ গী মে তাং ১৫ দগী চৎনবা

---

[১৭] Board কী মীফমদা V.S. Sundram (DC) না Chairman ওইখি অমসুং অতৈ মেম্বর ৪ সু য়াওখি। মখোয়শিং অদুদি—
Shri Lalitamadhop Sharma (President, Manipur state Congress). Shri R;K. Bijoychandra Singh (Forest Officer), Shri Gourahari Singh (Asst. Sec., Home) অমসুং Shri Kunjabihahi Singh (Ed. Ngashi) — Manipur Gazette No. 50, dt 2nd Feb. 1955.

[১৮] Manipur Gazette (Extraordiary) No. 55/10/65— M(pt), dt. 25th Nov. 1965.

[১৯] Manipur Gazette (Extraordinary) No. 171, dt. 25th Nov., 1947.

[২০] The Wildlife (Protection) Act 1972 (53 of 1974). Government of India.

হৌবা য়াখি[১১] অমসুং ইংলোক ১৯৭৪ গী জুনগী তাং ২৭ তগী The Wildlife (prtection) Manipur Rules, 1974 [১২] থবক ওইনা চৎনহনখি। ইংলোক ১৯৭৭ দা কৈবুল লমজাওগী বর্গ কিলোমিটর ৪০ চাওবা লম্বু মপুংফাবা National Park নি লাওথোকখি অমসুং মসিগা লোইননা শঙাই তাক-শেনবগী থৌরাং অমুক্তা হেন্না পাকথোক-চাওথোকখি। National Park শিগী লমথৈদি অবাংদা কৈবুলচীংনগী বারোইচীং অমসুং চীংখি তমখিদুনা তোলোঙ পাং কাওবা; থাদা লুপাইখোঙদগী লুবাংখোং তারগা থঙালবাই, কৈরেনফাবী, চীংমৈচীং অমসুং খুনগী পটাগী লম; নোংপোক্তা চীংখিদগী হৌরগা লকুপাংকী শরুক থরা, কোমলাখোঙ অমসুং তেরাগী পটাগী লম থরা শোক্লগা লুপাইখোঙ কাওবা অমসুং নোংচুপ্তা চীংমৈগী Reserve forest কি লমগী তমখৈ মতুংইন্নগা কৈবুল অমসুং শাগ্রমগী পটাগী লম শোকলগা কৈবুলচীং কাওবনি[১৩] (খুৎয়েক ১বা)। National Park শেগৎলকপদা লমদমশিগী মীওই নত্রগা সোসাইটিগী মীহুৎ ৫০ মুক্তী অয়েংপা লাকখি। অদুবু কৈবুল লমজাওদা শঙাই থবা অমসুং মসিবু য়োকখৎপগী তঙায়ফদবা মরম কয়া খঙনরকপদগী সরকার অমসুং প্রজাগী মরক্তা যানবা পুরকখি। য়েংলখা কয়াগী মনুংদা Objection Case Nos 25/76 অমসুং 33/76 অনিসিমদি মখা মথানা অমুক লৌথোকখি [১৪]। অসুম্না কৈবুল লমজাওগী মরমদা য়েঙনরখা বাকম পুম্নমক লোইশিনখি।

National park কি মনুংদা খোয়দাক তুরেল কৌবা কিলোমিটর ১০ মুক শাংবা খোং অমা চেল্লি। মহৌশাদী তুরেল অসিগী মতেংনা লোক্তাকী ঈশিং চিংথখিদুনা মনিপুর (ইম্ফাল) তুরেলদা তিনখি। তুরেল অসিনা পার্ককী লম্বু চাওরাক্লা শরুক ১/৩ য়োম চাওবা নোংপোক থংবা শরুক অমসুং শরুক ২/৩ য়োম চাওবা নোংচুপথংবা শরুক হায়বা অনি থোক্লা থায়দোকই। নোংপোকথংবা শরুক্তা মরুওইনা শোয়ওপাং অমসুং লকুপাংকি লমশিং য়াওই। মফমশিংশি অয়াম্বা মতমদা ঈশিংগী ইয়ায় বাংনা লৈ অমসুং অতাওবা মথলগী ফুমদিসু মরাং কাই। শঙাইগী য়াম্না মরুওইরিবা পাবোংচীং, তোয়াচীং অমসুং থাংব্রেন য়াংবীদি খোয়দাকী নোংচুপথংবা শরুক্তা লৈ। থাংব্রেন য়াংবীশি চাওরাক্লা মিটর ১০০–২০০ পাকপা, মসিনা পার্ককী নোংচুপথংবা শরুকপু অমুক থা-থাং অনিথোক্লা থায়দোকপা লৈতাবা লমদমনি। মসিগী নাক-য়েংতা লৈরিবা ময়াইদাক, উচেককোন, হামরুহৌবীনচিংবা মফমসি অথাবা অমসুং লৈতাবা ফুমদিনা শরুক হেন্না লৈদুনা শঙাইগী লোংকম, লৈকম অমসুং চাবোককম ওইবদা খুদোংচাহল্লি। অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎ অমসুং ইচাওগী মতমদা শঙাইনা চীংদুমশিংদা কাখৎলি অদুগা অতৈ মতমদদি মথোয়না চীংদুমশিংগী মনাক নকপা মফমগী অথাবা ফুমদি মরাংকায়বা অমসুং মথক্তা তৌ, শিংউৎ-শিংনাং, থোয়মোমনচিংবা অবাংবা

[১১] Gazette of India (Extraordinary) part II, dt. 15th May, 1973.
[১২] The Wildlife (protection) Manipur Rules, 1974 Published in Manipur Gazette (Extraordinary) No. 59, dt. 27th June, 1974.
[১৩] অমসুং [১৪] Manipur Gazette (Extraordinary) No.10, 5th April, 1977.

নাপী কুহনা হৌবা (খুদোংথীবা তারকসু লাইনা চীংথক্তা চেনখৎপা ভমগদবা) মকমশিংনা লেক চাদুনা লৈ।

### ফুমদি করম্না শেম্মখি [২৫]?

কৈবুল লমজাউগী তোপ-তোম্না শক্তম অমদি মসিগী অয়াম্বা মকমদা ফুমদিনা ঈশিং মথক্তা তাওদুনা লৈবা অসিনি। মরমসিনা মকমসিবু পৃথিবীদা অমথক্তা অইবা Floating Sanctuary নি হায়না মমিং চথলি। শাকচাওরবা লোক্তাক পাৎকি শরুক ওইরিবা কৈবুল লমজাউদা ফুমদি শেমখিবগী চাওরাকপা মরম খরা নৈনদুনা য়েংসি। লোক্তাক পাৎতা তারিবা তুরেলশিংশি মনাকনকপদা লৈবা চীংদগী য়াম্না ভম্না ঈশিং চেহ্নরকপা ভাক্তনি। মরমসিনা অকনবা নোংজুগী মতমদা লোক্তাক তম্না চেহ্নরক্লিবা তুরেলশিংগী ইচেল য়াম্না কল্লি অমসুং মতমসিদা ঈশিংনা পুথরকপা উতেক-বাতেক্লচিংবা পোৎচাক অয়াম্বা পাৎ য়ৌরকই। চীংদা পামলৌ উনবা নত্রগা জঙ্গল কোক্লবা লাম্নে থাবগী উৎ-তাঙ্গোয় নত্রগা চাকপা লোইখ্রিবা উনা-বানা, শিংতেক; মরুকোক্লবা (নাপীহৌদ্রবা) চীংথক্তগী নোংগী ঈশিং না পুথরকপা লৈশাক লৈহাও, লৈঙোয়, লৈত্তাংনচিংবা পুম্নমক লোক্তাক পাৎতা য়ৌরকই। ঈশিংদা য়াওরকপা চৈতেক-চৈরাংশিংবু নুংশিৎনা হুমদুনা পাৎকি মচি-মচিদা পৈশিল্লি নত্রগা হাম্না হৌরম্বা নাপীশিংদা পন্দুনা ফাজিল্লি অমসুং মতমগী মতুং ইম্না মখোয়গী মথক্তা নাপী হৌজিল্লি অদুগা হাম্না হৌরম্বা নাপীশিংসু মরু-মরা তাশিন্দুনা উতেক-বাতেকশিংদুবু অমুক্তা হেন্না চেৎনা ফাজিল্লি। মসিনা শন্দোক্লুনা থাবা ককলেনগুম ঈশিং মথক্তা তাওদুনা লৈ। মথক্তা ঈশিংগী পাম্বী নত্রগা শা-ভাশিংগী অপুম-অশাশিং পৈশিন্দুনা হেন্না লৈহাও চেনবা মকম ওইরকই অমসুং নাপীশিংনা হৌবগী চাং হেনগৎলকই। অসুম্না নাপী মরাংকোয়না হৌরবা, উনা-বানা, জীবশিংগী অপুম-অশাগী শরুক য়াওরবা, ঈশিংদা তাওবা শরুকপু 'ফুম' নত্রগা 'ফুমদি' হায়না খঙনৈ। চহি খুদিংগী ঈশিংনা পুথরকপা পোৎচাকশিং হাপচিল্লকপা, অদুগী মথক্তা অমুক নাপী হৌজিনবা থককশিংশিনা লেপতনা চৎথরকপনা মমৈদা ফুমদিগী অথাবা অসুম হেনগৎলক্লুনা হৌজিক ওইরিবা ফিভমসি ওইরকখি। চহি করা কুইখ্রিবা ফুমনা, অপাবা অমসুং অতাওবা মথল অদুগা শেম্নকপা চহি য়ামলবা ফুমনা অথাবা অমসুং লৈতাবা মথল ওই। ফুমদি শেম্লিবা অয়াম্বা পোৎচাকশিংদি উনা-বানাগুম্বশিং ওইবনা, কককুম্না শন্দোক্লুনা লৈরবা ফুমগী specific gravity অমুক্তা হন্থহল্লি অমসুং মসিনা ফুমশিংনা ঈশিং মথক্তা তাওহনবা ঙম্মী।

তৌ, খোয়মোম, ঈশিং-কম্বোংনচিংবা অরাংবা নাপীশিংদি মরু-মরা শাংলা (জুনা) চথলি, মরমসিনা মখোয়না অথাবা ফুমদি শেম্বদা য়াম্না মতেং পাংই। পার্ককী করিগুম্বা মকম থরগী ফুমদি মিটর ২ কাওবা থাবা য়াওরি। মখোয়না মথাদা লৈবা লৈশাক লৈত্রোলগা

---

[২৫] Habitat Devastation threatens Manipur Brow antlered deer (Cervus eldi eldi McClelland, 1842) JBDS, Vol 8(2) 1990, অইবা




খুথয়েক ১ বাঃ নেসনেল পার্কী লমথৈ ।

শম্নদুনা লৈতাবা ফুম শেম্মী। অদুবু অয়াম্বা মফমদদি ফুম্না ঈশিং মথক্তা তাওদুনা লৈ। অসিগুম্বা ফুমগী অম্নাম্বা শরক্তা ঈশিং মনুংদা লৈরগা মদুগী শরক ১/৫ রোমতমক ঈশিং মথক্তা লিথংজুনা লৈ। ঈশিং মথক্তা লিথংতুনা লৈম্নিবা ফুমগী শরককশিদদনি, শঙাই অমসুং অতে শাশিংনা লৈরিবা। অতাওবা ফুম ওইরবসু মদুগী মথক্তা শঙাইনা লৈবদা থক লুপতে। মপুং ফানা চাওরবা শাঙাই লাবা অমনা কিলোগ্রাম ১০০ দগী থরতমক হেন্না লুম্মী অমসুং সেন্টিমিটর ৮০-১০০ ফাওবা থাবা ফুমদিনা মখোয়গী হকচাংগী মরুমদু লায়না পুবা ঙম্মী। অদুগা শঙাইনা ফুমদি মথক্তা পুংথদনা চংপা য়ানবা মখোঙগী খুজিল-লোংখুম অনিদু লৈপাক্তা হেক নেংথবগা ফাক্তোরকই অমসুং মদুনা লৈমায়গী শরক পাক্না কন্দুনা ফুমদিদা পুথহন্দবদা মতেং পাংই। হৌজিক্কী মতমদা লোক্তাক প্রোজেক্তী ঈশিংনা চহীচুম্না মৌথংতুনা লৈবদগী ফুমশিং অসি অসুম পাশিললক্রে অমসুং হান্না লৈতারম্বা ফুম কয়াসু অতাওবা মথল ওইরক্রে। ফিভমসিনা অসুম চংথরক্রবদি, ফুমশিংগী মথক্তা শঙাইনা চংপগী অরুম্বা ভারদু পুবা ঙমলকখিগদ্রা?

ফুমগী মতিক-মগুন য়ুম্না খঙদ্রিবা, মথক্তা অমুক্তা চংত্রিবা মীতোপ মীনৌ অমনা মসিগী মথক্তা পুথদনা চংপা অরাইবা নত্তে। থোক-থোক নোম্নিবা ফুমদিগী তাহ্না চানা খোঙ থাংহৌদ্রবদি মনুংদা অদুমক পুংথবা শোয়দ্রে। থরবু পুংথবা হৌদ্রবদি জর-জর নাহখিদুনা খুউ, কৈগল য়ৌনা হেক্তা পুংখৈ। শঙাইনা ফুমদি মথক্তা চংপগী মরমদা Lieut Col. Wood হায়রম্বা বাফম পান্নদুনা Gee [২৬]না হায়ঃ

> No other animal exist in such swamps ... The action of this deer is very peculiar. Instead of bounding with fore and hind feet coming in to the ground at the same time, it seems to be proceeding on its hinds legs the body being held almost vertical. This action prevents it from sinking in the quagmire ...

মহাক্না অমুকসু মথাতানা হায় "only the most enthusiastic sportsman went after the deer."

Ranjitsinh নসু হায়ঃ

> Walking on Phumdi is an unique experience as if one was walking on the air mattress.[২৭]

ফুমদি শেম্নিবা পোৎচাকশিংগী মনুংদা organic carbon না ৩৬%, মসি নত্তবা অতে organic কি পোৎচাকশিংনা ২৫%, নাইট্রোজেননা ২% অমসুং অতে পোৎচাকশিংনা ৩৭% রোমনি হায়না মরতচন্দ্রনা [২৮] হায়রম্মী।

[২৬] Oryx Vol 6. (1961) —E.P. Gee,
[২৭] JBNHS, (1975), Vol, 72(2): Ranjitsinh.
[২৮] Management plan (1977): Saratchandra.

### কৈবুলদা কংবা পাম্বী অমসুং শা-উচেক

পার্ককী ফুমদি মথক্তা মখল কয়াগী নাপী অদুগা চীংদুমশিংদনা অচৌবা উশিং হৌই। মফমসিদা মরাংকায়না হৌবা নাপীশিংগী মনুংদা ঈশিং-কম্বোং, তৌ মখলশিং, য়েলাং, চুমথাংমানবী, হুপ, টৈব, রাইনুচরা, শীংউৎ-শিনোং, চোমলাং, খোইমোম, হুদং, কাংপাল, য়েনং, শিলহাম, চাওখোঙ অমসুং শম্পকপী মখলশিং পনবা য়াই। চীংথক্তনা খোক, তেরা, চিংথ্রাও, হৈক্রেং, অশিহৈবোং, কাক্রা, হৈমাং, উযুম, উযুমপাম্বী উয়েরোমনচিংবা অচৌবা পাম্বীশিং হৌই। চহি খরগী মমাংদা Forest Department না ফুমদি মথক্তা উযুম পাম্বী (*Salix tetrasperma*) পাক-শন্না থানবগী অচৌবা থৌরাং পায়খৎখি অদুবু মহে য়ানবা ঙমদনা লৈরি। হৌজিক কাওবদা শাগ্রাম অমসুং তোয়া তাবা হীরমগী খোংবান্দা উযুম পাম্বী মচা খরদি হৌরে।

ইংগোক ১৯৮৩-৮৪ দা শণ্ডাইগী মরুওইবা শজিক অমসুং লোৎকেম লৈকম ওইবদা য়াম্না দরকার ওইবা নাপী মখল মাপল, হায়রবদি ঈশিংকম্বোং, তৌ, খোইমোম, শিংউৎ-শিনোং, হুপ, হুদং রাইনুচরা, য়রা-চনিং অমসুং বামানবী-কাংপালগী মরমদা থিজিনখি [২৯]। থিজিনবগী থবকশি খুদোংচানবগীদমক্তা পার্ককী লমদমবু ব্লোক ইয়ুনিট তরেৎ খায়দোক্লগা, ব্লোক খুদিংদা মথকী নাপী মখলশিংনা হৌবগী চাং পুথোকই (১বা টেবল)।

পার্ককী তোঙান-তোঙানবা মফমদা কংবা ফুমদিগী মওং খেন্নে। থাংব্রেনয়াংবীগী অকোয়ব লম, হায়রবদি হাওরৌফুমলক, উচেককোন, ময়াইদাক পাবোং অমসুং তোয়াগী অকোয়বদা লৈবা ফুমদিশিংদি অথাবা মখলনা নম্মী। হায়ক্রহৌবী, পাওনাপল, শুম্বলতাওবী, খাঙাথোং-খুনিংথেক অমসুং খোদাখোঙনচিংবা মফমগী ফুমদিদি অথাবা অমসুং অতাওবা মখল অনিমক শুনা লৈ অদুগা খোরদাক তুরেলগী নাকল য়েৎলোম-ওইরোমগী ফুমদিদি অপাবা অমসুং অতাওবা মখলনা নম্মী। পাবোং, তোয়া অমসুং থাংব্রেন-য়াংবীগী লমদি পুরা লৈতাবা অমসুং অকনবা লৈপাক্লি।

ফুমদিগী মওং-মতৌ অমসুং লৈতাবা ফিভমগী মতুংইন্না মদুগী মথক্তা হৌবা নাপীগী মখল অমসুং মখোয়গী কুংবা-থাবগী ফিভমসু খেন্নে। অয়াম্বা মফমদদি ফুমথক্তা হৌবা নাপীশিংগী মরক্তা মখল অমনা মরুওইবা নাপী ওইরগা (key species) অতে নাপী মখলশিংনা মাগা হৌমিন্নবা (associated plants) পাম্বী ওইবগী ফিভম উৎলি। নাপী মখল মরি, হায়রবদি তৌ, ঈশিং-কম্বোং, হুপ অমসুং রাইনুচরানা মরুওইবা পাম্বী ওইরগা অতে নাপীশিংনা মখোয়গা হৌমিন্নবগী ফিভমসি পার্ককী মফমশিংদা উই।

নাপী মখল কয়ানা পার্ককী মফম শিনথুনা হৌদুনা শণ্ডাইগী চিঞ্জাক (শজিক) চহিক্লা মরাংকায়না ফংহল্লি। খরনা হায়রবা শজি মখলসি শণ্ডাইগা চিঞ্জাক নাপী মখল তিন্নরবসু, মখোয়না শণ্ডাইগী শজিক মরাংকায়না ফংহনবদা অকায়বা থক শিদে। খরনাবুদি

[২৯] Ph.D. Thesis— অইবা মণাগী।

১ বা টেবল ঃ কৈবুলদা শঙাইগী মরুওইবা নাপীমখল মাপলনা হৌবগী চাং (%) ঃ ১৯৮৩-৮৪

| নাপী মখল | ব্লোক | | | | | | | চাচেৎ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | |
| ঈশিং-কমোং | ১৩.২ | ৩.৬৫ | ১৯.৮ | ১৮.৫ | ২.৪ | ২১.৫ | ১৬.২ | ১৮.৩ |
| তৌ মখলশিং | ২৫.২ | ১৬.৯ | ১৫.৫ | ১৫.৩ | ০.৭ | ১৩.৩ | ৯.৭ | ১৪.৪ |
| খোইমোম | ৫.৮ | ৬.৮ | ৮.৩ | ৩.৯ | ০.১ | ৫.৩ | ২.৫ | ৪.৭ |
| শিংউৎ-শিনোং | ৩.২ | ৩.৮ | — | ১.১ | — | — | ৫.৯ | ১.৯ |
| হুল মখলশিং | ১৬.৫ | ১২.৯ | ১২.৭ | ১৭.৯ | ৭৭.৪ | ১০.৪ | ২৬.৩ | ২৪.৭ |
| হুদং | ২.৪ | — | — | — | — | ১৬.৩ | ৮.৩ | ৩.৯ |
| থাইনুচরা | — | — | ১৬.৫ | ১৯.১ | ৮.৬ | ৭.১ | ২.৬ | ৭.৭ |
| য়বাচনীং | ৫.৬ | ৫.৫ | ৫.৯ | ৩.৮ | — | ৫.২ | ৩.৪ | ৪.২ |
| থানামানবী-কাংপাল | ১৩.৮ | ৬.৪ | ৮.৪ | ১৪.৮ | ১১.২ | ৭.৫ | ১৫.৯ | ১১.১ |
| অতৈ-অতৈ | ১৫.৪ | ৯.২ | ১২.৪ | ২.৯ | — | ৯.৪ | ১১.২ | ৮.৬ |

শঙাইনা ওম্মী অদুবু শঙাইনা মখোয়রবুদি খক তাথি-তাওইনা তৌবা উদে। শজিক মরাং কায়না হৌবা লম পাক-চাওনা লৈবনা মখোয়না (খরশা) হান্না শজিক চারম্বা মফমদা শঙাই চংলকলবসু ধমকা অমত্তা তৌনদনা, তুমিননা শাঙাইদগী চৎথোকখি অদুগা অনকপা মফম অমদা করিসু নিঙায়দনা শজিক চাদুনা লৈ। লমওকসু কৈবুলদা শঙাই অমসুং খরশাগা লৈমিন্নে। মখোয়না নাপীগী মরু-মরা ফুক্লগা চাবা পাম্মী। মরমসিনা লমওকশিংনা পার্ককী মচী অমদা নাপী মরু ফুক্তুনা নত্রগা লৈওন্দুনা লৈথোকই। লমওকনসু শঙাই নত্রগা খরশাবু খক তাথি-তাওইনা তৌবা উদে। মখোয়না চংলকপা মতমদা শঙাই অমসুং খরশানা করিসু নাচুংদনা মফম খজিক্তং থৈদোক্লগা শজিক চাদুনা লৈ। মহৌশানা মফমসিগী নাপীশিংনা কুমগী নোং লাকত্রিঙৈ, এপ্রিল-মে থাদা শারেপ হায়ফেং ফানা চাওরবসু, মখোয়না জুলাই-আগষ্ট থাদা লৈ শাৎলি অমসুং সেপটেম্বর-ওক্তোবর থাদা মহৈ য়াম্লি। লোক্তাক প্রোজেক লিংখৎলক্‌নুনা থবক ওইনা চলাইরকপদগী, কৈবুলদা নাপীশিংগী চহিগী খোংচৎ-য়াওনসি খরা-খরা কায়শিনলকলি।

শঙাইনা পামজবা মরুওইবা নাপী মখল খরগী মওং-মতৌ য়েংশি ঃ

**ঈশিং-কম্বোং (*Zizania Latifolia*)** ঃ মপুং ফানা চাওরবা পাম্বী অমনা মিটর ২ ফাওবা বাংই। অদুবু পাম্বীসিগী মউনা চুমথ্রিং চুন্না হৌবা ওমদবনা ফুম মথক্তা মরি চৎপদৌনা হৌই অমসুং মসিনা ফুম থাগৎহনবদা য়াম্না মতেং পাংই। পাম্বীসিগী অনৌবা মতোল (কম্বোংমনৌ) অমসুং মপুংফানা শাৎকায়দ্রীবা লৈ চরোংবু শঙাইনা য়াম্না পান্না চায়। ইকং থাদা অতে পাম্বীশিংগী হানৌ হুন্দ্রিঙৈদা শঙাইনা ঈশিং কম্বোংগী কংলি-কংলিবা মনা অমসুং মখোকসু চায়।

ঈশিং কম্বোংনা অয়াম্বা মতমদা অতে পাম্বীশিংগা তোৎশিন্নদনা মশা মতোমতা মিটর ৫-২০ ফাওবা পাক-শন্না হৌই। পার্ককী অবাং-নোংপোক থংবা শরুক, পাবোৎ অমসুং তোয়াচীংগী অকোয়বদা লৈবা অথাবা অমসুং অপাবা ফুম মখল অনিখক্তা ঈশিং কম্বোং মরাংকায়না হৌই। পার্ক মনুংদা হৌবা নাপীশিংগী মনুংদা ১৮% দি ঈশিং-কম্বোংনি।

**তৌ (*Phragmitis karka*)** ঃ মপুং ফারবা পাম্বী অমনা মিটর ৩-৪ ফাওবা বাংই। শঙাইনা তৌ মনৌসু চায় অদুবু কম্বোং মনৌগুন্না য়াম্না খোয়দানা চাবদি নত্তে (লমওকতি থিনগৎলকপদা ঙায়রিবা তৌ মনৌ য়াম্না পান্না চায়)। শঙাইনা অকনবা নোং-নুংশিৎ, নুংশা অমসুং য়েক্লবদগী মশা কয়োক্লবগীদমক্তা তৌ অমসুং অতে অবাংবা নাপীশিংগী মরুম থুন্নী। পাম্বী মখলসিনা পার্ককী মফম খুদিং শিনবা থুংনা হৌরবসু মসিগী অবাং-নোংচুপ থংবা শরুক; শাগ্রমদগী পাবোৎ তাবা হীরম মরীলগী নাক-য়েৎ; ময়াইদাগ, হাওহৌফুমলক, উচেককোন, থাংব্রেনয়াংবী মরীলগী অথাবা ফুম অমসুং খোয়দাক তুরেল মরিলদা তৌ মরাং কায়না হৌই। তৌনা অয়াম্বা মতমদা খোইমোম, য়বাচনীং, হুপ, লিলহার, চাওখোম,

বানামানবী-কাংপাল, লোকলৈ-পুলেনচিংবা পাম্বীশিংগা চয়েথনবা হৌই। পার্ককী মনুংদা হৌবা নাপীশিংগী ১০.৪% দি তৌনি।

খোইমোম (*Saccharum munja*) : নাপী মখলশিসু তৌগুন্না বাংই, মপালদি চামরগুম জুম-জুম শাথলি। তৌগুন্না পাম্বীশিসু শগাইগী লোংফম-থুপফম ওইবদা কান্নে। মতম অমদা কৈবুলগী মফম খুদিং শিন-থুংনা খোইমোম হৌরম্মী হায় অদুবু হৌজিক্তি লকক-লকক ওইনা হৌরে অমসুং করিগুম্বা মফম অমদসু Key species ওইবা ঙমদ্রে। মসিনা মফম খরদদি অথাবা ফুমথক্ত তৌগা হৌমিন্নবা মরু ওইবা নাপী মখল ওইরি। কৈবুলদা হৌবা নাপীশিংগী ৪.৮% দি খোইমোমনি।

শিংউৎ-শিংনাং (*Narenga prophyrochoma*) : নাপী মখলসিনা পার্ক মনুংদা হৌবগী চাং য়ান্না হইহ্রে। মসিনা ফুমদিগী মফম খরদা লকক-লকক হৌদুনা মফমসিদা হৌবা নাপীশিংগী ১.৫% রোমতমক ওই। চহি ৩০ মুক্কী মমাংদা কৈবুলদা হৌবা অৱাংবা নাপীশিংগী মনুংদা শিংউৎ-শিংনাংসু খ্বাইদগী মরাং কায়বা মখল ওইরম্মী হায়। পাম্বী মখলসিনা হৌবগী চাং হন্থখিবসি শগাইগী লোংফম-লৈফমগী দরকার ওইবা অৱাংবা নাপী মখল অমা বাংলবনি। শিংউৎ-শিংনোংনা মফম খরগী অথাবা ফুমদি মথক্তা তৌগা হৌমিন্নে।

য়ৱাচনীং (*Coix lacrima-jobi*) : পাম্বী মখলসি পার্ককী মফম খুদিংদা শিনবা থুংনা হৌদে। মসিনা পার্ককী খা-নোংপোক থংবা শরুক, থাংব্রেন য়াংবীগী খাথংবা, চীং মৈগী অৱাং-নোংপোক অমসুং তোয়াগী অকোয়বদা হৌবা তৌ, শিংউৎ-শিংনাং, খোয়মোমনচিংবা অৱাংবা নাপীশিংগা তোপ্থনিন্না হৌই। কৈবুলদা হৌবা নাপীশিংগী ৪.২% দি য়ৱা-চনিং নি। নাপী মখলসিসু শগাইগী লোংফম অমসুং মরুম থুপফমগীদমক্তা দরকার ওই।

হুপ (*Lersia hexandra*) : অপাবা ফুম অমসুং খোরদাক মরিলগী ফুমশিংদা হুপ নিংথিনা হৌবা ঙম্মী, মরমসিনা মসিনা পার্ক মনুংদা খ্বাইদগী মরাং কায়না হৌবা নাপী মখল ওইরি। হুপ্না পার্ককী নাপীশিংগী Key species ওইবতা নত্তনা, মসিনা অতোপ্পা নাপী মখল অমগা য়ানশিন্নদনা মশা মতোমতনা মিটর ২০-১০০ ফাওবা পাক-শন্না অমসুং চাং মানন্না হৌই। হৌজিক্কি ফিভমদা পার্ককী মনুংদা হৌবা নাপীশিংগী ২৪.৭ % দি হুপনি। করিগুম্বা ব্লোক খরদদি মসিনা ৭৭.৪ % ফাওবা হৌই। হুপনা অৱাংবা নাপী (তৌগুম্বা) অমসুং অনেম্বা নাপীশিংগা (বানামানবী-কাংপালগুম্বা) হৌমিন্নে। মসিনা চোৎ চোৎ লাওবা ফুমদি মথক্তা চহিচুপ্পা হানৌ চোংদুনা শগাইগী অনৌবা শক্তিক বাংতনা হুনবদা মতেং পাংই।

বানামানবী-কাংপাল (*Capillipedium sps*) : হুপকুন্না নাপী মখলসিসু চহিচুপ্পা শগাইগী অনৌবা শক্তিক পীবদা মতেং পাংই। নাপী মখলসি ফুমগী মফম অমগী key species ওইনা হৌদে অদুবু পার্ক মনুংদা মসিনা হৌবগী চাংদি বাংই, ১১.১% ফাওবা য়ৌই। করিগুম্বা ব্লোক খরদদি মসিনা ১৬% ফাওবা হৌই।

**হুন্দং (*Carex sps*)** ঃ শঙাইনা খ্বাইদগী পাম্বা অমসুং থবাইতানা চাবা নাপীশিংগী মনুংদা হুন্দংসু অমনি। মসিনা পার্ককী মনুংদা মতোমতা য়াম্না পাক-শন্না নত্রগা Key species ওইনদি হৌদে, অনেম্বা অমসুং অবাংবা নাপী মখলশিংগা য়েগ্অদুনা হৌই। পার্ককী খা-নোংচুপথংবা শরুক, থাংব্রেনয়াংবী, তোয়চীংনচিংবা অথাবা ফুম লৈবা অমসুং চীং নাপোমশিংদা হুন্দং মরাংকায়না হৌই। কৈবুলদা হৌবা নাপীশিংগী ৪.০% দি হুন্দংনি অদুবু করিগুম্বা মফম খরদদি মসিনা চাং বাংনা, ১৬.৩% ফাওবা হৌই।

**বাইনুচরা (*Oryza parrenis*)** ঃ নাপী মখলসি শঙাইগী য়াম্না দরকার ওইবা শজিক মখল ওইদে। মসিনা মরুওইনা হৌরিবা অপাবা অমসুং অতাওবা ফুম অদুগা খোয়দাগ মরিলগী লমশিংদা শঙাইনা চংবা য়ানা থোকই। অদুবু পার্ককী মফম খরদদি মসিনা য়াম্না পাক-শন্না হৌই অদুগা মফম খরদনা key species ওইনা হৃপকুম্বা অনেম্বা নাপীশিংগা হৌমিন্নে। পার্ককী নাপীশিংগী ৭.৭% দি বাইনুচরানি।

মথক্কী পাম্বীশিংশি নত্তবা অনেম্বা অমসুং অবাংবা মখলগী পাম্বী কয়াসু পার্ককী মফমশিংদা হৌই। মখোয়না পুনশিন্নগা চাওরাক্লা ৮.৬% নি। চীংগী অকংবা মফমশিংদা অচৌবা উশিং হৌই অদুগা অকোয়বগী চীংনাপোমদনা তৌ, হুন্দং, খোইমোমনচিংবা নাপীশিং হৌই।

কৈবুল লমজাউদা অচৌবা শাহীংচাবা শাশিং লৈতে। লমওক অমসুং খরশাদি মরাংকায়না লৈ। মখোয়শিংদি শঙাইগা চান্ন-চিনম্না লৈমিন্নে। লমহৌদোং, শনম্বা, খৈরোইগুম্বা শা মচা খরদি চীংদুমশিংদা লৈ। খারৌ, লিন্দু, লিলবোব, তাংলৈনচিংবা লিনশিং মরাং কায়না লৈ। মখল কয়াগী ঙা, মরুওইনা উকাবী, ঙক্রা, ঙমু পোরোম, কন্দলা, ঙখা, ফাবৌঙানচিংবা মরাংকায়না লৈ। উরোক-লম্প্রা, উথুম, উরেম্বী, ঙানু মখলশিং মরাং কায়না ফংই। ঙানু কোকঙংবীদি (Pink-headed duck) চহি ৪০ মুক্তি মমাংদগী মফমসিদা উখিদ্রে (৩৩)।

### নেসনেল পার্ক ঙাক-শেনবা

কৈবুল লমজাউবু ঙাক-শেনবা, মসিগী মনুংদা মরি লৈনদবা মী চংদুনা উমংগী পোথোক মাঙহনবা থিংবা; ফুমনচিংবা কক্তুনা ঙা-ফাবা, শজিক-ফানবা, য়েন্নাং মনা-মশিং হেকপা, শীংচনবশিংনা শঙাইগী হেবিটেট মাঙহনবগী থবকশিং থোকহন্দনবা য়েংশিনবা

(৩৩) ঙানু-কোকঙাংবী— উচেকশি হৌজিক খোজুল মুথত্র হায়না লৌনরে। মনিপুরদদি Higgins না ইংলোক ১৯১০ গী ওক্তোবর তাং ২৩ দা লোক্তাক পাংতো অমা কাপখিবা অদুনা অরোইবা record ওইরে। অদুবু অসামদা মহাক্না ইংলোক ১৯২৩ ফাওবা উখি হায়। অদুগা বিহারনদি উচেকসি ইংলোক ১৯৩৫ ফাওবা উখিবগী record লৈ। মনিপুরদা উচেকসি অনিতবা লানজাও মতুং ফাওবা লোক্তাক পাংতো চাঙাবা উরোই হায়নবসু লৈ।




## কৈবুল লমজাউ নেসনেল পার্ক

অমসুং থিংবগী থবক পুন্নমক Forest Department নাইদিন-লাইহ্। মসিগীদমক্তা Assistant Conservator of Forest কী ওফিস অমা থম্মদুনা মহাক্কী মখাদা Ranger, Guards, Field-Stuffs, Boatmen, Canal-watchers নচিংবা মীওই কয়ামরক্তা মতমচুপ্পদা মীকুপ-নাহম শিংনা লৈ। মথোয়না শঙাই ঙাক-শেনবা অমসুং য়েংশিনবগী থবক্তা খুদোং চানবগীদমক্তা পার্ক্কী মফম মাপলদা, হায়বদি শাগ্রম, কৈবুলচীং, খাঙাথোং, খুনিংথেক, খোদাখোঙ-টৈরা, খোরদাক-ইচিল, হাক্রহৌবী, চীংমৈনাতাল অমসুং থাংব্রেন-য়াংবীদা check post অমসুং watch tower অমমম লৈ। অদুবু মফমশিং অসিদা মশাগী কাম্নবা থীবা চংলকপা মপানগী মীশিংনা হেক-হেক শিজিন্না উই। ফুমদি ককথংলগা শেম্বা হীরমশিংসু তোয়না য়েংশিনবা অমসুং শেংদোকপা দরকার ওই নত্রবদি ফুমদিনা য়াম্না থুনা যুনজিনলক্নুনা হী চংবা য়াদবদগী forest guards শিংনা মথৌ পাংথোকপদা অবাবা ওই। পার্ক মনুংদা মীতোপ চংদুনা শা-ঙা হাংপা/ফাবা য়রোই, মফমসিগী পোৎথোকশিংবু সরকারগী অয়াবা য়াওদনা লৌথোকপা নত্রগা পুথোকপা অমসুং শিজিন্নবা য়ারোই হায়বগী অথিংবা কয়া লৈরবসু মসি থাঙ্গৈশেংনা থবক ওইনা পাংথোকপদি বানা থোকলি। কৈবুলগী অকোয়বদা লৈবা খুঙ্গাশিংনা পার্ক্কী লম্বু মথোয়গী লৌফম, ঙাফাফম, শঙ্কিক-ফানফম্নচিং বা লনাইগী ওইবা থবক্তা শিজিন্নবা পাম্মী। মসিদা রাজনিতিগী ঈথিল চংদুনা মীওই খরনা খুদোংচাবা লৌনবা হোংথনৈ অমসুং লৌই। ফিভমসিদা পার্ক ঙাক-শেনবা security force মতিক চানা লৈতবা য়াদে। পার্ক ঙাক-শেনলিবা মীওইদা মতিকচাবা খুৎশু-খুলাই, টেলিফোন, wireless sets নচিংবা পীদুনা মথোয়বু মীৎশিং-নাশিংনা লৈহন্নবা তাই। ইংশোক ১৯৭৯ দা থোকখিবা, কৈবুল লমজাউ মাঙহন্নগে হায়বা মীয়ামগী ইহৌদু অমুক হন্না থোকলকলোই হায়বা কনানা খঙবা ঙমগনি? খুৎশু-খুলায় মতিকচানা পায়দবা stuff শিংনা খুৎলায় পায়বা শাহাৎপশিং থেংনবা বানা থোকই। খুৎলায় পায়দ্রবসু, নোংমৈ পায়রগা শা হাৎলম্বা জবান অনিথকপু থবাই খুবাক্তা হাপতুনা শঙাই কন্নবগীদমক্তা ফুম মথক্তা নমদুনা ফাখিবা তাং ২০-২-৮৪ গী থৌদোক্তা মাইরোং য়াখিবা forest guard কী মীওইশিংদু কয়াদা মথৌনা লৈখ্রবা অমসুং মথৌ মশক খংগ্রবনো?

---

## ২ শুবা পন্দুপ

# শঙাইগী মশক-মতৌ

শঙাই, য়াম্না চিংলেম্বা অমসুং শাবান-মুর্ত্তি যুৎচানা ফজবা, শজি কাংলুপকী শাশিংগী মনুংদা তোমখিন ওইবা শানি। মসিগী থা-মচেৎ মানবা মচীগী মওং-মতৌশিনা অতে শজিশিংদগী তোঙান তাহল্লি। শঙাইনা মনিপুর নত্তনা পৃথিবীগী অতোপ্পা মফম অমদা ফংদে অমসুং মসিনা মৈতৈগী অরিবা সাহিত্য, ইতিহাস অমসুং কালা সংস্কৃতিগী মমল য়াম্লবা মচাক ওইদুনা ঐখোয়গা থাদোক্লবা য়াদবা মরি লৈরক্লি। মৈতৈ খুনায়গী অরিবা লাইরিক্তা শঙাইবু তাইবং মীদগী ওনখিবগী বারি ইরি [১]। শঙাই মকোক্লা মৈতৈগী হিয়াং-হিরেল হিরুবাক্তা অদুগা হিনাওদনা খুমন কাকপগী মকোক থেৎখি। মসিনা মৈতৈনা কুইরবা মতমদগী খুৎশা হৈবগী থবক চাওখৎলম্মী হায়বা তাকই অমসুং

---

[১] শঙাই — সরাংথেম বরমনী সিংহগী মনিপরেং কৌবা লাইরিক্তা ইরিঃ লুবাং পুংতোং-লোইনা* লাইরৌলেম্বী পায়দুনা শেম্বা মীওম্বা কৌবা মচানুপা অমা পোকখি। মহাক্কী মনাওনিপা লুবাংগুরু পুনসিকনা লুবাংশংবমদা নিংথৌ ওইনা পানখি। অহল ওইরদুনা পুংতোংলোই মীৎ নিংখিনা উরমদে। নোংমা মহাক্না শংগাই কৌবা থাংনা পৈয়া শিবদা মীৎ উদবদগী থাংগী মনম্না পয়া শিরম্মী। মদু উবদা মীয়াম্না করেম্নদুনা নোক্লরম্মী। মীয়াম মমাংদা ইকায়বদগী পুংতোংলোইনা মাগী নুপীদা মচানিপা শিম্নরম্লগা লাই নিংখি অমসুং মতমগী মতুংইম্না 'শঙাই' ওনখি।

*পুংতোংলোই নত্রগা পুদাংকোই।

হোঙনেম লুবাং নিংথৌ পুশিবনা কৌবা-ইঙেন-চীংদগী উ য়ানহল্লগা নুংবান বামিংখু খুথৈবা অমসুং বাংমনাও অনিবু বাকয়ে তাম্নহি শাহন্দুনা অহানবদা হি অদুগী হিরুবাক্তা ময়াম্বা পুদাংকোই খুথকোইবনা ওনখিবা য়াওরৌ চীরেন তোম্পোকপগী য়াওরৌ শরূ অকংবনা হাম্না তোংহন্দুনা লুবাংঙৈ তুরেলদা হি তাম্নখি।

শ্রীনিংথৌজম খেলচন্দ্র সিংহগী অরিবা মনিপুর সাহিত্যগী ইতিহাস (১৯৬৯) লাইরিকী 'হিজন (হিজিং) হিরাউ'— লমায় ৪৮।

মৈতৈ-খুমন অনিগী মরক্তা লৈনরম্বা ইতিহাসকা শাগোন্নবা সাহিত্যগী মচাক্তু উৎখি [২]। শঙাইনা কৈবুলদা লৈখিবা অসিসু থাইনগী মোইরাংদা কদেং থাংজহনবা অমসুং তোনু লাইজিংলেম্বীগী শাইওন বারীগা মরি লৈনৈ [৩]

**মীং থোনবা**

থাইনগী মৈতৈ অহল-লমনশিংনা শাসিগী মমিং 'শঙাই' থোন্নম্বসি য়াম্না যুৎচানা, মসিগী শাজং-লিচংপু মমুৎ তানা য়েংদুনা খঙলবা তুংদা থোন্নম্বা মান্নি। শাশিনা (মরুওইনা শঙাই লাবনা) করিগুম্বা অকি-অখং নত্রগা য়েক্লবশিংদগী মশা নাম্বোক্লবা চেন্নকপা মতমদা মরক-মরক্তা হেক-হেক লেপ্পী অমসুং তুং হম্না য়েংদুনা ঙয়হাক লৈ। মসিনা মতুংদা তান্নরক্লিবা অমবু ঙাই-ঙাইনা চেনবগী মওং মালহন্নি। অসিগুম্বা শাশিগী হৈনবী লীচং-শাজংপু মুম্না য়েংলবা তুংদা 'ঙাই-ঙাইনা' চেনবা শানি। 'শা-ঙাই, শাঙাই' কৌখিবনি। শা অসিনা মফমসিদা ফংবা অতৈ শজি মখলশিংদগী তোঙান্নি হায়বসি মহৌশাদগী

---

[২]নোংমা লুবাং গুরুনা উচি মতৈ-মনাও অনিনা শিংনাং কোন্নগা তুরেলগী ঈশিং লানবা উরুবদগী হি শাবগী থাখল পোকখি অমসুং ইঙেল চীংদগী উনিংথৌ (খোইরেন নহা শাফবনা মপা মশক খঙনবা লাইনিংবদগী ওনখিবা উনি। মনি পরেং) য়ান্নগা হি শাখি। হিদু তোংলগা লুবাং গুরুনা শেম্বা মীঙম্বগা লোইন্না ময়াম্বনা ওনখিবা শঙাই থিরকখি। শেম্বা মীঙম্বনা শঙাইবু মপানা ওনখিবা শানি খঙদদুনা তানা লেংখি। লুবাংগুরুনা ময়াম্বনা (শাগে পিবা) ওনবা শঙাইবু হিরুবাক্তা হাপ্লগা পুরকখি অমসুং থৌদোক্তুবু নিংশিংবা ওইনা হিগী হিরুবাক্তা শঙাই মকোক থেৎপা চৎনখি।

মৈতৈ নিংথৌ থবানথাবনা (খৃঃ১১৯৫-১২৩১) খুমন নিংথৌ পুন্সিবগা লান শোক্লবদা মৈতৈনা ঙমদুনা খুমনগী অঙম্বা কাকপা লৈতোন পাম্বগী মকোক কক্লগা হিনাওদা হাপ্তুনা পুরকখি অমসুং নুমিৎতুদগী নিংথৌগী হিয়াং-হিরেলগী হিরুবাক্তা শঙাই মকোক অদুগা হিনাওদনা খুমন কাকপগী মকোক* হাপখি। — মনি পরেং, বরমনি সিংহ, লমায় ১৬।

*"মৈদিংঙউ থবাম্বাবনা মচানুপী চীংখৈ থানবীগী বাথোক্তগী খুমন নিংথৌ পুন্সিবগা লান শোক্লেএ। ঙমএ" চৈথারোল কুম্বাবা। ইবুঙোহল অমসুং খেলচন্দ্রা, লমায় ১২।

লাইরিকসিদা খুমন কাকপগী মকোক কক্তুনা হিদা হাপ্লগা পুরকপগী থাদি পান্নমদে।

[৩] মোইরাংগী খুনুং বারীদা। মোইরাং লৈবাক কুমথি-কুমগাংদুনা য়াম্না বানরবদা, লাইদা শাশিং ১০০ অমসুং ঙাশিং ১০০ নিংথৌনা কৎলবদি লৈবাকী অথাবা কোকনি হায়না মাইথীনা লায়ফাওরম্মী। লায়ফাওসিগী মতুংইন্না নিংথৌনা কদেং থাংজহনবদা শা মশিং ১০০ ফারুনবা হায়খি। কদেংনা তোরবুং মাইকৈদা চৎতুনা শাশিঙ্গু ফারুই অমসুং গর্ভ পুরবী শঙাই অমোম অমা মশানৌ তোনু লাইজিংলেম্বীদা পীনবা তোঙান্না পুরকখি। মহাক্না হন্নকপা মতমদা তোনুদি নিংথৌকোন্দা ওংম্রে খঙবদগী য়াম্না থম্মোয় শোক্না শঙাইবু কৈবুল লমজাউদা থাদোকখি। নুমিৎতুদগী শঙাইনা কৈবুলদা লৈবা হৌখি।

কৌনরকপা 'শজি-শঙাই' হায়বা মীংগৌশিনা তাকই[৪]। থাজেশেংবস্, মৈতৈনা 'শজি' হায়না খঙনরিবা শাশিদি য়েলহৌজেলগী ইরমদমশিদা লৈরক্রবা খরশা *(Axis porcinus)*, শাজন *(Cervus unicolor)* অমসুং শজি অঙাংবা *(Muntiacus munjac)* মখোয় অহমসিবুনি। অদুগা শঙাই হায়বনা কৈবুলদা লৈরিবা Brow-antlered deer অসিবুনি। শঙাইগী অতোপ্পা মমিং অমনা Dancing Deer of Manipur কৌই। মীংশি E.P. Gee [৫] না থোনখিবনি। চীংলেম্বা মচীনা কোকথক্তা লৈতেংবা শা অসিগী তুং থংবা খোঙনা ফুমথক্তা নেংলগা মাংথংবা খোঙ অনি থাঙংতুনা থোক-থোক লোম্বা ফুমদীগা তান চানা নাপী মরক্তা চৎপা অমসুং চেন-চোংববু জগোই শাবগী মওং মাল্লি হায়দুনা Dancing Deer হায়বা মিংথোনসি পিখিবনি। অদুগা কনাগুম্বা মীরৈবাক মচা খরনা শঙাইবু Manipur Thamin কৌদুনা শা অসিগী হৌরকফম অমসুং identity দা চম্মবা অমা পুনশিনলকই। Thamin হায়বসি ব্রহ্মা লোননি। মনিপুরগী শঙাইদি য়েলহৌঙেদগী মনিপুরদা লৈরক্রবা অমসুং 'শঙাই' হায়না খঙনরক্রবা শানি। ব্রহ্মা অমসুং থাইলেন্দা ফংলিবা মখলশিং অদুদগী তোঙানবা মনিপুরগী sub-species অমনি। বিজ্ঞানগী জগৎতা পৃথিবী শিনথুংনা শক খঙনখিবসু শঙাইনা অতৈ sub-species শিংদগী য়াম্না হল্লি।

পৃথিবীদা শঙাইগী sub-species অহুম লৈ। মখোয়শিংদুগী মনুংদা মনিপুরদা ফংলিবা শঙাই অসিনা sub-species অমনি। বৈজ্ঞানিক ওইবা মীংদা শঙাইবু *Cervus eldi eldi* কৌই, ইংলোক ১৮৪২দা John McClelland না থোনখিবনি[৬]। অনিশুবা sub-species অমনা Thailand, Vietnam অমসুং China দা ফংই[৭]। Sub-species অসি *Cervus eldi siamensis* কৌই, Lydekker না ইংলোক ১৯১৫ দা থোনখিবা মিংনি[৮]। Vietnam দা শজি মখলসি হৌজিক ফাওবা হিংলিব্রা হায়বদা চিংনিনিংঙাই ওইরে[৯]।

---

[৪] বিজ্ঞানগী মীথয়েংদা anatomy গী মওং-মতৌ নৈনরগা শজি অমসুং শঙাই খুদিং মক Family *Cervidae* গী মনুং চল্লি। Family অসিগী মনুংচনবা শাশিংদা শাবগী মকোক্তা মরীলফুনবা মচী শাল্লি অমসুং মচীদু চহি খুদিংগী কেন্দুনা অনৌবা মচী অমমুক হৌরকই।

[৫] Oryx Vol.6 (1961): E.P.Gee

[৬] CJNH, Vol.II(1842): McClelland, page 417

[৭] Thailand নত্রগা Siam দা অহানবা উখিবা শানি হায়দুনা sub-species অসি siamensis কৌখি। Sub-species অসি মরুওইনা থাইলেন্দ অমসুং ভিয়েৎনাম ফংই। Combodia, Laos, Vietminh অমসুং Hainam দসু লৈরম্মী। থাইলেন্দা মপুং ফারবা শাববু la-ong অদুগা নত্রা ওইরিবা অমোম্বুনা La-mang হায়না খঙলে। Combodia দদা শজি মখলসিবু La-miang হায়না খঙলে। মতম অমদা থাইলেন্দা শজি মখলসি য়াম্না মরাং কাইরমবসু হৌজিক্তি খোজুল মুংপা য়াবগী ফিভমদা লৈরে।

[৮] E.P.Gee in Oryx, Vol. 6 (1961): page. 104.

[৯] Cal. Ung. B.M. IV(1915): Lydekker, page 100

[৯] List of Deer species and sub-species (1989): P.Grubb. Species Survival Commission.

China দা শাসিবু endangered অমসুং first rank protected species অমনি হায়না সরকারনা লাওথোক্রে। হৌজিক চিনাদা শাসিগী মশীং ১০০ মুক্তা মঙাইরে[১০]।

অহুমশুবা Sub-species অমনা *Cervus eldi thamin* কৌই। Thomas না ইং শোক ১৯১৮ দা থোনখিবা মিংনি[১১]। মসিনা Burma, Tennsserium, Siam অমসুং Malay গী লমশিংদা লৈরম্মী[১২] অদুবু হৌজিক্তি Burma অমসুং Thailand গী শরুক খরদা তাশিন্দুনা লৈরে[১৩]। Burma গী লোন্দা শজি মথলসিবু thameng[১৪] কৌই অমসুং বাহৈসিদগী thamin হায়বা Sub-species অসিগী মীং থোনখিবনি। Burma গী Wild-life Protection Act, 1936 (Amendment Act of 1956) গী মতুংইন্না Thamin বু করিগুম্বা মরম অমদগী ফাবা নত্রগা হাংপা পুমথিং থিংলে[১৫]।

---

[১০]Current Distribution and status of Deer in China (Deer Specialist Group Newsletters No.8,1990): N.Ohtaishi, page 22.

and

A review of the distribution of all species of deer (Tragulidae, Moschidae and Cervidae) in China: Mammal Rev. 1990, Vol.20(2/3): N.Ohtaishi and Y.Gao.

[১১] JBNHS, Vol. 25 (1918): Oldfild Thomas.

[১২] Larger Deer of British India., (part II), JBNHS, 43 page 568.–R.I.Pocock.

[১৩] Oryx, Vol. 6(1961): E.P.Gee অমসুং P.Grubb কি List of Deer species and sub-species (1989) দা thamin deer বু Burma Thailand দা ফংই ইরি।

Blyth কি Mammals of Burma দা *Panolia eldi* বু 'Thamin of Burmes, Sungri of Manipur' কৌরম্মী অদুগা হায় "It inhabits Pegu, and thence northward to the valley of Manipur, and southward to Mergui and the adjacent nothern part of the Malayan Peninsula." JASB, Vol.XLIII (1875): Edward Blyth

মসি Blyth না মনিপুর শঙাই অমসুং Burma গী thamin বু তোঙান তোঙানবা sub-species নি খঙদনা হায়বা মাল্লি। Burma গী thamin না মনিপুর য়েৌনা শন্দোরকপগী বা নত্তে। Thamin দি Arakan Yoma লানবা ঙমদে মরমদুনা Arakan দা Lt. Christisen না উথিবদু *Panolia eldi eldi* ওইগনি হায়বা Tin Yin গী মতসু লৈ :JBNHS, Vol.53 (1956).

[১৪]Oryx, Vol.6. (1961): E.P.Gee.

[১৫]JBNHS, Vol.53 (1955), Page. 460: U.Tin Yin.

ইংরাজীদা Sub-species অহুমকপু Brow-antlered deer নত্রগা Eld's deer হায়না খণ্ডনৈ। Col. Evans[১৬] অমসুং Tin Yin [১৭] অনিমক্তা Burma গী Sub-species বু Thamin অমসুং Brow-antlered deer হায়বা বাহৈ অনিমক শিজিন্নৈ। অদুবু Thamin হায়বা বাহৈসিনা Sub-species অহুমমক্কী মহৎ শিনবদি লানগনি। মরমদি শজি মখল অহুমমকসিগী মশা-মশাগী তোপ-তোপ্পা শক-চু, মচীগী মওং-মতৌ, লৈফম, চিঞ্জাকনচিংবদা খেন্নবা কয়া লৈ। মপানলমগী মীশিংনা মনিপুরগী শণ্ডাইবু Thamin deer হায়না শিজিন্নরিবসি শাশিগী মশক লান্না তাকপা নত্তনা অতৈ করিসু ওইরোই। মরমসিনা হান্নদগী খণ্ডনরপা Eld's deer গী মখাদা, পৃথিবীদা হান্না শকখণ্ডনখিবা শণ্ডাইবু Lieut Eld গী মখাতাবা ইকাইখুন্নবা উৎতুনা eldi, Burma গী thameng বুনা *thamin* হায়বা অমসুং Thailand গী Lo-ong নত্রগা La-mang বু *siamensis* হায়না তোঙান-তোঙান থম্বনা মখোয় অহুমমক্কী মশক তাকপদা তশেং-তশেংগনি।

শণ্ডাইগী sub-species অহুমগী খেন্নবসি মখাগী অসুম্না খন্দোকপা য়াই। Lydekker[১৮] না হায়রম্বা মতুং ইন্না মনিপুর শণ্ডাইগী মখোঙ-খুজেং(pastern) শাংই অদুগা তু হৌদে; Burma গী sub-species না খুজেংদা তু হৌই, মচী মতোন পাক্তে অমসুং Thailandগী মখলসিনা খুজেংদা তু হৌই অদুগা মচী মতোন পাকথোকই। মথক্কী মওং মতৌশিংসিগী মথক্তা মনিপুর শণ্ডাইগী মচীদি পীক্রুগা শাংই, মতোনলোমথংবা মচীগী অয়াম্বা শরুক শিং নাল্লি অদুগা মাঙ অমসুং তুংলোমদা ইম্থোক্লিবা মচীগী তাইনবা কারক্তা পতুমশুম্বা মচী-তুম্বৌ (basal snag ) অমা অহল ওইরবা মতমদা হৌগৎলকই। Burma অমসুং Thailand গী sub-species শিংদা অসিগুম্বা মচী তুম্বৌসি লাবনা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌই অমসুং মশীংসু অনি গুবা য়াই। Burma গী sub-species অসিগী মচীনা অতৈ মখলশিংদগী ঙপ-ঙপ লাওবা হেল্লি। Thailand গী মখলসিদি মশাগী অপাকপা মচীগী মওংসিনা মনিপুর অমসুং Burma মখন্দগী তোঙানহল্লি[১৯]। মচী মতোন পাকথোকপগী মওংসি thamin deer দসু মরক-মরক্তা য়াওই। অদুগা মনিপুর শণ্ডাইগী মরক্তদি মসি পংনা উবা ফংদে। ইংশোক ১৯৮৩ দা কৈবুল লমজাউগী শণ্ডাই লাবা অমনা কেল্লম্বা মচীদু হায়ফেৎ পাকথোকই[২০] (semipalmate ওই) অমসুং মচী অসিগী মওং-মতৌ য়েংলগা খণ্ডবদি অসিগুম্বা শণ্ডাই লাবদু য়ামদ্রবদা চহী ১০ দগী তাদনা অহল ওইরবা শা ওইরমগনি (শণ্ডাইগী মচী-ময়াগী মওং-মতৌদগী শাগী চহী লেপ্পগী বাফম মখাদা নৈনরক্তনি)।

---

[১৬] Ibid, Vol.9 (1895), Page. 326: G.H.Evans.

[১৭] Ibid, Vol. 53 (1955), page. 460: U.Tin Yin.

[১৮] Nature (1901): Lydekker. Page. 257.

[১৯] JBNHS, Vol. 43 (1943) : R.I. Pocock. Page 571.

[২০] Ph. D. Thesis: অইবগী, Plate; XII.

Sub-species অহুমগী থেন্নবা অমসুং মীং থোনবগী মরমদা Thomas[২১] না য়াম্না কুপ্না নৈনরম্মী। মসিগী মরমদা শমলগা বারোল খরা য়েংসি। মহাক্না (Thomas) শঙাইগী sub-species অহুমবু A,B অমসুং C হায়না খায়দোক্রম্মী।

Sub-species A: খুজেংদা (pastern) তু হৌদে। শা মখলসি মনিপুরদা ফংই। Lydekker না মসিবু *'frontalis'* মখলনি হায়রম্মী।

Sub-species B: খুজেংদা তু হৌই। মচী মতোন পাক্তে। শাশি পেগু, ব্রহ্মানচিং বা মফমসিংদা ফংই। মসিনা *'eldi'* মখলনি।

Sub-species C: খুজেংদা তু হৌই। মচী মতোন্দা পাকথোকই। মসি Siam অমসুং Hainan দা ফংই। মসিনা 'Platyceros' মখলনি।

Sub-species অহুমমক্কী মীং থোনখিবগী বারী অমসুং মীংশিং নৈনরগা খঙবা ঙম্মী, মদুদি ব্রহ্মা অমসুং থাইলেগী sub-species শিংদা কৌখিবা মীং পুম্নমক মনিপুরগী শঙাইদা কৌরম্বা মীং ঙাক্তনি। মসিগী অচুম্বা বারোলসি McClelland না মনিপুরগী শঙাইবু 'Non-descript Species of Deer'[২২] হায়দুনা কন্না অমতনা মশক খঙদ্রিবা অমসুং মমিং থোদ্রিবা শজি মখল অমনি হায়না ইংশোক ১৮৪১দা ফোঙলকখি। মতুংদা মহাক্না Lieut Eld না ইরকপা চিঠি অমসুং অয়েকপা লাই উরগা *Cervus eldi* অমসুং Capt. Guthrie না মনিপুরদগী পীরকপা শঙাইগী মকোক উরগা *Cervus* (Rusa) *frontalis*[২৩] কৌখিবনি। Gray না *Panoila acuticornis*[২৪] কৌখিবা অদুসু McClelland না ইংশোক ১৮৪২ দা Culcutta Natural History গী চেফোং অমদা মনিপুর শঙাইগী মরমদা ইরকপদু নৈনরগা থোনখিবনি। Schiz না *Cervus lyratus*[২৬] কৌখিবা অদুসু McClelland গী 'Non-descript Species of Deer' দা য়ুম্ফম ওইরগা ইখিবনি। Blyth না *Panolia acuticuta*কৌরম্বসু *acuticornis* গী মহুৎনি। Lydekker না *Cervus eldi cornipes*[২৮] কৌখিবসু Major C.S. Cumberland না পীরকপা মখোঙ অমসুং মকোক য়েংলগা থোনখিবনি। মসিগী অচুম্বা মরমশিংদি কুপ্না নৈনরগা Thomas না হায়ঃ

---

(২১) JBNHS, Vol. 25 (1918): Oldfild Thomas.

(২২) CJNH, Vol.I (1941): John McClelland, page 501-503.

(২৩) Ibid Vol.II (1942): John McClelland, page 417

(২৪) Ibid Vol.III (1943): John McClelland, page 401.

(২৫) List. Mamm B.M (1843): Gray, page 180.

(২৬) Syn. Mamm. II (1845): Schinz, page 395.

(২৭) P.Z.S. (1863): Blyth. page 370.

(২৮) Nature, LXIV (1901): Lydekker, page 257.

"The Whole of these names without exception refer to the Manipur stag, and to that alone. Consequently it is A, and not B, which should bear the name *eldi*, while *frontalis*, *acuticornis*, and other names refered to are synonyms of it. For this animal also we may adopt the vernacular name Sangnai and to avoid the term thamin, which belongs exclusively to the next species. " i.e. B. For B, the Pegu thamin, unspotted brown in the adult, with hairy pasterns and non-palmated horns, there appears to be no name available, and I would suggest that it be called *Rucervus thamin*."

" With regard to C, the plamated horned Siamese and Hainan form, our knowledge is very imperfect ... the animal is sufficiently distinct to have a name. This, if Rucervus is recognised as a genus, should be species platyceros, ..."[২৯]

## শণ্ডাইবু Cervus eldi eldi কৌখিবগী বারী

ইং কুমজা ১৮৩৯ দা Captain Guthrie কৌবা বেঙ্গলগী ইনজিনিয়ার অমনা কছারদগী মনিপুর তাবা লম্বী অমা শেমনবগী থবক শিন্নরম্মী। থবকসিগা মরি লৈননা Guthrie না মনিপুর তম্পাক্কী লম survey তৌরকপদা মচী 'থা মচেৎ শানা কোনবা' পানবা শজি মকোক অমা ফংখি। মহাক্না অমুক্তা উখিদ্রিবা শজি মকোকসি কলকটতা লৈবা John McClellad দা থাখি। মতমদুদা ভারত্তা কোঙবা বিজ্ঞানগী চেফোংদা Culcutta Journal of Natural History হায়বসি অথোইবনি। John McClelland দা য়াম্না মরুওইবা অমসুং অতাঙবা পোৎশক অমা ওইখি, মরমদি অসিগুম্বা য়াম্না চীং-লেম্বা মচী পানবা শজিসি মতমদুদা পৃথিবীদা কনা অমত্তনা মশক খঙনদ্রিবা/উনদ্রিবা অনৌবা শানি। মরমসিনা চেফোংশিগী ইংশোক ১৮৪১ গী অহানবা ভোলুমগী ৫০১ শুবা লমায়দা "Indication of Nondescript Species of Deer" হায়না ফোঙখি। মহাক্না চেফোঙসিগী কোপী অমা Lieut Eld দা থাখি অমসুং শণ্ডাইগী মরমদা পুহং-পাওহংবা চিঠি অমসু খি। মরমদি Lieut Percy Eld হায়বসি মতমদুগী অসামগী Commissioner গী Principal Assistant নি, মহাক্না মনিপুরদা লৈবা British Residency দা মতম কুইনা লৈদুনা, মফমসিগী লমিৎ-তুমিৎনচিংবা মমুৎ তানা খঙবা British মচানি। McClelland গী চিঠিগী পাওখুমদা Lieut Eld না ইরকখিবা চিঠিদু ইংশোক ১৮৪২ গী Culcutta Journal of Natural History গী অনিশুবা ভোলুমদা মথাগী অসুম্না মীংথোলগা ফোংখি।

" Further notice of a Nonderscipt Species of a Deer indicated in the 4th Number of the Cal. Jour. Nat, Hist, extracted from a letter of Lieut Eld, Assistant to the Commissioner to Assam, dated 21st May 1841, with a drawing of the Horns, plate XII."

---

(২৯) JBNHS, Vol. XXV (1918): Oldfild Thomas Page 364.

**চেকোংসিনী মনিপুরী অনুবাদতি ঃ**

"Culcutta Journal National History গী ৪শুবা চেকোঙবু থাওচরি, অমসুং মসিনা ঙসিগী পোষ্টা য়াওরকপদা ঐনা য়াম্না নুংঙাইজে। ঙসিগী পোষ্টা য়াওরকপ-শিংগী মনুংদা ঐনা য়াম্না মরু ওই হায়না লৌরিবদি শজি অমগী অনৌবা শকম য়াওরকপা, মদুনা মনিপুর অমসুং কছারগী মরক্তা লৈ হায়বা; মদুগী মচীগী specimen অমা অকোনবগী মফমসিদা Captain Guithrie না ফংখি হায়বসিনি। য়েক্লিবা লাইদু উবদগী ঐনা খঙলে মদুদি মদুদা পল্লিবা শজি মখলদু ঐ ইশামক্তা ইংশোক ১৮৩৮ গী হৌগৎলকপদা মনিপুর তম্পাক্তা ফংখিবা অদুনি, অমসুং চহি অদুমক্তদা ঐনা Captain Guithrie দা মচী জুরা কয়ামরুম পীখিবনি। মতমদুদা ঐনা শজিদুগী মওং-মতৌসি journal অমদা ফোঙদোক্নে খল্লম্বনি অদুবু মদুগা মান্নবা শজি মখল অমা অবাং-নোংচুপকি জঙ্গলশিংদা ফংই হায়না (কনাগুম্বনা) হায়রকখি। অদুবু মদুগী ফিভমদু তঙ তাম্রবনিনা ঐঙোন্দা হাম্না লৈবা শজিসিগী অশেংবা মচী জুরাদগী য়েকথোকপা লাই, ঐগী sporting diary দগী লৌথোকপা শাশিগী account নচিংবা পুন্নমক নঙোন্দা থারবনি; অমসুং নংনো মদু নংগী অপাম্বগী মতুং ইন্না শিজিন্নবদা ঐনা হন্নাওনা য়ারবনি।

মফমদুগী মীশিংনা শঙাই নত্রগা মনিপুরগী অচৌবা শজি কৌবদু মনিপুর তম্পাকী মফমতমক্তা ফংবনি, অমসুং মদুনা কছার নত্রগা কবো তম্পাক্তা নত্রগা মনিপুরগী অকোয়বদা লৈবা নগাচীংগী মফম অমতদসু ফংদবনি। মহাক্না পামজবা লৈফমদি মনিপুর তম্পাকী নোংচুপথংবা মাইকৈদা লোক্তাক খোংবান গী চোং-চোং লাওবা অমসুং অনেম্বা নাপী মরাংকাইনা হৌবা অমসুং চীংখোংগী চোং-চোং লাওবা মফমশিংনি। মখোয়দি শনলুপ নাইনা পুন্না লৈবনি অমসুং কুমগী অকুংবা নাপী লাম্নেনা তুন্না চাকখিবা মফমদা মখোয়গী মশিং ২০০ অমসুং ৩০০ গী শঙ্গু-শঙ্গু লৈবা ঐনা তোয়না উখি। লাবগী মচুদি, নভেম্বর থাদগী মে লোইরকপা ফাওবসি য়াম্না হকচিনবা কাংচেৎ মচুনি, হেক য়েংবদা মুরৈনবা মচু ওইনা উবনি, অমসুং মখোয়গী মশাদু খুউ তাং ফাওবা চবৌ-চবৌবা, ইঞ্চি ৪ দগী ৮ ফাওবা শাংবা মতুনা কুপশিনবনি।

মঙকী মতুদি কুঙনা হৌবনি অদুগা হায়ফেৎ শগোল মশোং মানবনি, অমসুং শাওরবা মতমদা লাবশিংগী ভকশমগী মতুনা চপ-চপ য়ুমখৎতুনা উৎলকপা শকফম, মসিগী মখক্তা season মতমসিদা মখোয়গী হকচাংদগী শিথোরকপা অয়াকপা মনমদু, ফুট ৪০-৫০ ফাওবা লাম্না নশী, অসুকী মতিক অকিবগী শঙঙ্গি মদুদি ঐনা খনবদা থৌনা ফরবা শামুনা ফাওবদা মনাক্তা নকশিনবা হজোয়গনি। জুন থাদা লাবশিংদগী মচী কেনবা হৌবনি অমসুং অনৌবা হৌগৎলকপা মচীনা নভেম্বর থা ফাওবগী মনুংদা শরেপ ফানা চাওখৎপনি। অদুবু মপুং হেক ফাবা হায়বদুদি ফেব্রুয়ারী মার্চ থাশিংদনি; জুন থাদগী মখোয়গী মচুসু হোংলকপনি, চবৌ-চবৌবা মতুদু কেনখ্রগা ইঞ্চি মথারমুক্তা শাংবা শিং নাম্না ফজবা কোনা মচুগী মতুনা কুঙনা হৌগৎলকপনি। ফিরেপ চুন্না পিকতক্না পানবা কোক অমসুং চুং-কিয়ান চাবা ফিভম-মুর্তী, অপৌবা মতু কেনখিবগী শিন্নকপা মতুনা শারেপ ফারকপা, মতমসি ঐগী মোক্তা শজি মখলসি খারদগী ফজৈ অমসুং চীং-লেশ্মী।

মপুং ফানা চাওরবা শঙাই লাবা অমনা চাংচংতা খুৎ ভরামাথোইম্নখায় ৱাংই, অমসুং অমোম্না মদুদগী ইঞ্চি ৩ নত্রগা ৪ হৈ। অকোনবগী মচুদি চহিচুম্না হোংবা নাইদে, হায়বেৎ কোনা মচুদা ফজে, অদুবু নোংজু থাদদি অতে মতমদগী থরা পাম্লোকই। শঙাইনা অতে শজিশিংদগী খেন্নবা মরমশিংগী মনুংদা মরুওইবা অমদি, মসিগী মথাথংবা (মাঙলোমদা ইম্লোকপা) মচীগী তোপ তোম্না মওংশিনি। মসিনা কোকথক্তগী হৌরকপা মচীদগী করিগুম্বা angle অমদা লোংথোকপগী মহক্তা মাঙলোমদা পরিং অমদা ইম্লোকখি, অমসুং মীৎকি মথক্তা থা মচেৎ শানা লৈদুনা শজিক চাবা নত্রগা চংপা মতমদা মীৎপু লোথশিন্দুনা থম্নগুম তৌই, অদুগা চুম্না য়েংবদা মাঙলোমদা ইম্লোক্লিবা মচীগা তুংলোমদা ইম্লোক্লীবা মচীগী শরুক্তা অনিশি তোঙান-তোঙানবা মচী জুরা অনি লৈবগুম উহল্লি। মহৌশানা মচীশিংদা মশা মচা ৬ তগী ১০ ফাওবা লোংই, অদুবু ঐনা হাৎখিবা য়াম্না অহল ওইরবা শাকোক অমদি তশেংনা মশা ১৬* পাল্লি।

অহিংবা শা অমতং ফাদুনা মদু ইয়ুরোপতা থাবা গুম্নবদি কাম্নগনি খল্লি, অদুবু মদু ফংনবা হোৎনবদা য়াম্না লুবা সমৈস্য ওইগনি খল্লুবদা অকিবা পোকই। শঙাই মচা ফারগা য়োকপা মতুং থা কয়ামরুম হিংলগা চহি ফারকপগী অদুবাইদা শিগ্রিবা থৌদোক কয়ামরুম ঐনা থেংনরে, অদুগা করিগুম্বা খুদম অমদদি শঙাই মচা অমা মপুং-মরে ফাবা ফাওবা হিংখি, তৌবতবু অদুবু মশাগী পোক্লফমগী ঈশিং-নুংশিৎতা হিংখিবনি, অদুনা শা অসিবু সমুদ্রগী লম্খেলদা পুবদা হিংবা গুমগনি হায়বসি থাজবা য়াম্না বাৎলি। ঐনা তম্পাক্তা লৈবা মরুপ অমদা মপুংফাবা শরু-শয়াং অমসুং শঙাই মউল থাবিরক্লবা চিঠি ইম্রে, মহাক্লসু ফংবা গুম্নবদি থারক্লনি হায়না য়াম্রে, অদুবু মদু ওইথোকপা য়াগনি হায়বদি থাজদ্রে, মরমদি হৌজিক শজি মথলসি মশিং হন্থখিবগুম তৌরে, অমসুং কনা অমতনা হাংপা য়াদবা ফিভমদা লৈরে।'

Percy Eld

Captain Guthrie গী মমাংদা Lieut Eld না শাঙাইবু মনিপুর তম্পাক্তা হাম্না থেংনদুনা, শাশিগী মওং-মতৌ, শাজৎ, লৈফম্নচিংবগী ফিভম খঙলম্নে হায়বসি মহাক্কী চিঠিসিনা ময়েক শেংনা তাক্রে। মরমসিদগী McClelland না ইংশোক ১৮৪২ দা শাঙাইগী বিজ্ঞানিক মিংথোন তম্বদা, species কি মিংদা Eld গী ইকায়খুম্নবা উৎতুনা *eldi* থোনখি। মতুংদা মনিপুর, ব্রহ্মা অমসুং থাইলেন্দগী মফমশিংদা ফংলিবা শঙাইগী শক্তমদা খেন্নবা থরা লৈরিবশিং খঙনরকপদগী মফমশিংশিদা ফংলিবা শাশিংবু তোঙান-তোঙানবা sub-species

---

* নাকল অমমমগী মচী চীদোল ৮+৮=১৬ নি। অদুবু হৌজিক্কি মতমদা beam অমদা মশা অনি লোংবা, ময়াইগী মচী তুথৌ থারগা পুম্না নাকল অমমমদা মচী চীদোল ৫+৫=১০লোংবা য়াওই অদুগা য়াম্না তোইনা উবা মচীদী নাকল অমমমদা চীদোল ৩+৩=৬ লোংবসিনি।

অমমমনি হায়না লৌনখি। মনিপুরদা Lieut Eld না অহানবা থেংনখিবা অমসুং পৃথিবীদা অহানবা শাক্তাকখিবা শঙাইবু Eld গী মখাতাবা ইকায়খুম্নবা উৎতুনা sub-species সু *eldi* হায়না খঙনরে। মরমসিনা শঙাইগী মপুংফাবা মিংদি *Cervus eldi eldi* McClelland, 1842 না ওইরে। অদুগা Thomas [৩০] না মসিবু *Rucervus eldi* অমসুং Pocock [৩১] না মসিবু *Panolia eldi* হায়নসু কৌরম্মী। ব্রহ্মাদা ফংবা শঙাই মখলবুনা মফমদুগী মীং লৌরগা sub-species গী মিংনা thamin ওইখি অমসুং মপুংফাবা বৈজ্ঞানিক মিংনা *Cervus eldi thamin* Thomas, 1918 ওইরে। থাইলেন্দা ফংবা মখলনা siamensis থোনখি অমসুং মসিগী মপুং ফাবা বিজ্ঞানিক মিংনা *Cervus eldi siamensis* Lydekker, 1915 ওইরে।

### শঙাই কদায়দা ফংই (হৌপ্রবা অমসুং হৌজিক)

হৌজিক শঙাইনা মহৌশাগী ওইবা ফিভমদা মনিপুরগী কৈবুল লমজাউদা লৈরি। মিংদি কৈবুল লমজাউনি অদুবু সরকারনা শঙাইগীদমক্তা কল্লিবা লমদি বর্গ কিলোমিটর ৪০ খক্তনি অমসুং মসিগী মনুংদা শঙাইনা home range ওইরিবনা বর্গ ১৫ রোমদনি। মনিপুরগী বাংমদা শঙাই লৈরম্মী নত্রগা লৈম্বা য়াই হায়বা বাফম খর লৈনদুনা য়েংসি।

> Pocock [৩২] না হায় : "Pandia eldi, McClelland (locality of type-Manipur)" না Manipur, Burma, Malay Peninsula,Siam, Annam অমসুং Hianan দা ফংই। অদুবু মসি করম্বা sub-species নো হায়বদি মহাক্না তশেংনা তাক্রমদে।

> Tin Yin [৩৩] না হায়: " The Arakan Yoma is a natural barrier. Thamin from Minbu Forest Division could not possibly have crossed over the Yoma into Arakan. It is therefore, possible that the 'Thamin seen by Lt.General Phillip Chrstisen may be Panolia Eldi Eldi McClelland which had wandered into Arakan from East Pakistan".

মথক্কী quotation অসিদা species, subspecies অমসুং authority গী মিং চুম্না পীরবনিনা Philip Christisen না উই হায়রিবা শাশি মনিপুরগী শঙাইনি হায়বা তাকই। (শঙাইগী genus অ Cervus কী মহুৎতা Panolia হায়বা বাহৈসি, Pocock, Thomas নচিংবা কয়ানসু শিজিন্নৈ)। মনিপুর শঙাই অমসুং ব্রহ্মাগী Thamin অনিগী মরক্তা য়াম্না মান্নবা মওং-মতৌশিং লৈবনা মখোয়গী মিৎয়েংদু কয়াম্না কুপাশিনলমগদগে?

---

(৩০) JBNHS, (1918) Vol. XXV: Oldfild Thomas.

(৩১) Ibid : 1943 Vol. 43: R.I.Pocock, page 566.

(৩২) Ibid : R.I. Pocock page 567.

(৩৩) Ibid, Vol. 53(956): U. Tin Yin, page 462.

অদুবু Tin Yin না মসিমসু হায় ঃ

Lt. General A.F.Phillip Christisen and Lt. Col. Edgerby were suprised to come across thamin on two or three occasions during the campaign in Arakan from the autumn of 1943 to May 1945.

Lt. Col. Edgerby who knows the thamin well, thought it strange to find it on the west coast."

McClelland না হায় ঃ

Both Capt. Guthrie and Eld, appear to think that the species is strictly confined to the Moneypore valley, but Mr. Henry Inglis informed me that it is found, through rarely, in the kasyah mountains (a part of the same chain) in the winter season, at elevations I think of four or five thousand feet." [৩৪]

মনিপুরগী মনুংদদি তম্পাক্কী মফম কয়ামরুমদা শঙাই ফংলম্মী হায়বগী বারী-শিংবুন অমসুং খুদম চাংতম কয়ামরুম লৈ। মসিগা মরি লৈননা চৈথারোল কুম্বাবদা [৩৫] ইরম্বা খরা য়েংসি।

চন্দ্রকীর্ত্তিনা (১৮৩৪-১৮৪৪) যুবরাজ ওইরিঙেদা "১৭ নি ইরাইতা পাওপিতেকতা কৈ ১, ওক ১, শঙাই ৭ সু য়াওনা শ্রীযুৎ মহারাজনা ফায়এ"।

"২ নি লাংমাইচিংতা চাওপোকতা কৈ ১, শঙাই ১ খরিশা ৪ যুবরাজনা ফায়এ" — লমায় ২৫৫।

অদুগা নিংথৌ ওইরবা মতমদা (১৮৫০-১৮৮৬) "২ নি ইরাইদা লাংখোংদা * শঙাই অমোম অমা ফাই"— লমায় ৩১৮।

---

[৩৪] J. McClelland (1943) : Description of the Sangnai Cervus (Rusa) forntalis, McClell, a new species of Deer inhabiting the valley of Moneypore, and brought to notice by Captain C.S.Guthrie, Bengal Engineers. Col. Jour. Nat Hist. Vol. III.

[৩৫] চৈথারোল কুম্বাবা (১৯৮৯): লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ অমসুং নিংথৌজম খেলচন্দ্র সিংহ।

* লাংখোং — হৌজিক নিংথু কাঙ্গর লম্বীদা, 41 miles লম্বী খরা চঙশিল্লগা লৈবা, খেন মরাং কাইবা চীংগী খুল অমনি।

মৈদিংঙু নরসিংহ (১৮৪৪-১৮৫০) সনা হাকতক্তা ময়াং লৈবাককী বরকাতারিনা মরৈবাক চৎখিবদা ২৭ নি লৈপাকপোকপাতা শঙাই অচঙবা অমা ফারগা পিখি — লমায় ২৭৫ (শঙাই ফারকপা মফমদি পল্লমদে)। নিংথৌশিংগী হকতা, ১৯ নি নিংথৌকাবদা কোনুংদা শঙাই অমা ফায় হায়নসু ইরি লমায়— ২৮০।

মহারাজ চূড়াচান্দসিংহ কেঃ সিঃ এসঃ আইঃ না (১৮৯১-১৯৪১) পানবা, ২৫ নি থাংজদা** লমফেল্লশোইদা শামু তোংদুনা শা তানবদা কৈ অমা অমসুং শঙাই ১ ফারকই হায়না ইরি— লমায় ৫৪২।

মহারাজ বোধচন্দ্রসিংহনা (১৯৪১-১৯৫৫) নোংমাইখোংদা লেংবদা, ১৪ লৈপাকপোকপতা পাঙম্না হিংনা শঙাই অমা ফারগা শ্রীযুৎতা কৎলি হায়না ইরি — লমায় ৬৫৯।

মনিপুরদা মীশিংনা অসুম হেনগৎলকপদগী লৌউ-শিংউবগী লম পাকথোকরকপা, অনৌবা লম্বী-থোং শেমগৎল্লবগী নারক-মোংশোং কোকথোকপা অমসুং চাওখৎ-থোং থাংগী থবক কয়া অরেপ্পা লৈতনা পায়খৎলকপদগী শঙাইগী লৈফম অসুম পীকশিল্লক্লুনা হৌজিক লৈরিবা কৈবুল লমজাউদা অরোইবা চংজফম ওইনা তঙায়ফদনা লৈখিবনি। কৈবুল লমজাউবু সরকারনা Wildlife Sanctury নি হায়না লাওথোকপা মতমদু ফাওবা শঙাইনা মনিপুর তুরেলগী (ইম্ফাল তুরেল) বাংমা লাম্না, খোইদুম লমজাউ মাইকৈ ফাওবদা লৈরম্মী। Gee নসু হায়রম্মী ঃ

> It is possible that this species may have formerly ranged over a large area, including grassy undulating land at the foot of the hills, before being driven by increasing population and extending agriculture on to the *Phumdi* of the Loktak lake, which may after all be its present habitat by necessity and not of original choice."(৩৬)

Pocock না হায়ঃ

> It seems to me to be probable, moreover that in Manipur there exist or existed. Thamin frequenting less marshy districts than those in which the type *Cornipes* was shot and having feet intermediate in structure between the two extremes". (৩৭)

---

** ২৫ নি থাংজ, তাং ২১-২-১৯০৩ নি, মফমনা হৌজিকী লমফেল্লদনি।

(৩৬) Oryx, Vol.6 (1961) :E.P.Gee.

(৩৭) JBNHS, Vol.43 (1943), : R.I. Pocock.

Wilson না শঙাইবু মনিপুর তম্পাকী চোৎ-চোৎ লাওবা মফমশিংদা লৈবা পাম্বা শানি হায়না শিংথাদুনা হায় ঃ

> This deer is evidently a local variety of the Burmese thamin (*Curvus eldi*). The latter however is found miles away from water whereas the Manipur deer never is." (৩৮)

পৃথিবীদা শঙাইবু অহানবা শকতাকনবা হোৎনরম্বা Eld না হায় ঃ

> " The Sungraee, as it is called by the natives, or large Deer of Manipore, is only to be found in the valley of that state, but neither in Cacher, nor the Kabo Valley, nor in any of the Nage hills surrounding Munipore. Its fevourite haunts are low grass and swamps round the edge of the logta (lake) at the western end of the valley, and the marshy ground at the foot of the hills." (৩৯)

**শঙাই মশক**

মপুং ফানা চাওরবা শঙাই লাবা অমনা সেন্টিমিটর ১২৫ অদুগা অমোমনা সেন্টিমিটর ১০৫ ফাওবা ৱাংই; লাবগী কোক্তগী মমৈ মৈরু ফাওবনা সেন্টিমিটর ১৪৫ ফাওবা শাংই অমসুং কিলোগ্রাম ৯৫ দগী ১১০ ফাওবা লুম্মী। শঙাইগী মখোঙ তনাপ-তনাপনা শাংতক তৌই, লোংখুম অমসুং খুজেং (pastern) শাংই, খুজেংদা মকু-মকুবা অকনবা উনশানা কুপশিল্লি অমসুং তু হৌদে। মখোঙ লোংখুম্না রবরগুমনা মশীঙ কায়, য়াম্না উই অমসুং পেক পেক তেকন্দে। শঙাইনা ফুমদি মথক্তা চৎপা মতমদা খুজিল লোংখুম অনিদু ফন্দোকনদুনা হকচাংগী অরুম্বদু ফুমদিদা পুৎথদনা থম্বা ঙম্মী। শক্তিসি অকংবা মফমদা লৈবা অতৈ sub-species শিংদা লৈতে। তু হৌদবা, অশাংবা খুজেং অমসুং ফন্দোকপা ঙম্বা খুজিল লোংখুমগী মওংসি শঙাইনা ফুমদি-হাওদি মফমদা লৈবদগী মফমদুদা হিংবা ঙম্নবা তঙাইফদনা ওইরকখিবা ফিভম ঙাক্তনি। মসিনসু শঙাইনা তোঙানবা sub-species অমা ওইবগী মরমনি। ৱাফমসি শৌগৎতুনা Wilson না হায় ঃ

> "… a provision of Nature to prevent the animal from sinking too deep in the mud." (৪০)

---

(৩৮) Sport and Service in Assam and Elsewhere (1878): Lt. Col. Alban Wilson, page 719.

(৩৯) CJNH, Vol. II (1942) : Lieut Percy Eld.

(৪০) Sport and Service in Assam and Elsewhere (1878): Lt. Col. Alban Wilson, page 179.

## মতু অমসুং কুচু

শঙাইগী মশা অপুম্বা অপৌবা অমসুং তরন-তরন হৌবা মতুনা কুপশিল্লি। লাবগী মতুদি চহিগী খতু খেন্নবগী মতুংইন্না হোংই অদুগা অমোমগীদি থোইদোক্না হোংবা নাইদে। নিংথম অমসুং চাবোকথাশিংদা লাবগী মতু শাংই, চবৌ-চবৌই অদুগা লননা-লননা হৌই। মতমসিদা লেঙতাবমখে নোয়-পেল্লবা লাবগী গুকশমদা অশাংবা মতুনা জুম-জুম হৌই। মসিবু হেক য়েংবদা শগোলগী মশোং কাবদু হায়ফেৎ মাল্লি। মতমসিদা হকচাংগী কুচুসু কাংচেৎ মচু মাল্লা মুরৈনে। নোংজুথাদা হকচাংগী মচু খরা পাম্লোকই, ভাংলৈন্না উই অদুগা নজল, নিংগোং অমসুং ফাইনালগী মথকথংবা শরুক্তা ফুট থিনবগুম অঙৌবনা দাগ-দাগ লাংই। দাগশিংশি শঙাইনা মচা ওইরিঙেদনা হেন্না ময়েক শেংই। কালেম্বাদা অশাবা নুংশা খাঙনবা মখোয়না (মরুওইনা শঙাই লাবনা) ককঈ-থাংবা ঈশিং নত্রগা অনৈবা ঈশিংদা লুন্না নত্রগা লৈওনবদগী হকচাংগী মচু য়াম্না হকচিন্না মুশিনবা ওইনা উই। হকচাংগী পুকথংবা শরুক, শেত্রাক, খদাং, খৌরী, থবাক, নামনুং অমসুং মমৈগী মথাথংবা শরুক্তা অঙৌবা মতু হৌই অদুগা মৈরুদগী য়াংলেন শরু পরেংদা অমুবা মতু হৌই। গুকশমদগী হায়থরকপা, মাংথংবা খোঙগী খুউ তাং ফাওবা, মাই (মরু ওইনা মিৎপান) অমসুং চিন্বাল কারকী মচু মুই। শঙাই অমোমগীদি হায়রিবা মফমশিংগী মচু খরা পাম্লোকই। শঙাইগী অতোনবা মমৈদু চারম ঙাক্তা ঙায়বগুম উই।

## য়া শিনবা

শঙাইগী মকোকসি ময়ুংনা শাংতমক তৌনা য়েংবদা য়াম্না ফজে। মসিনা চহি মরি শুবা মতমদা হকচাংগী ফীরেপ মপুং ফারে অমসুং মীওই-মিতৌ শুরে। অসুন্না শঙাইনা য়াম্না ঙম্না (চহি নৌনা) শরু মপুংফানা চাওখৎপগী তঙাইফদবা মরম খরা লৈ। শঙাই লাবনা চহি খুদিংগী অরিবা মচী কেন্দুনা মথং চহিগী চাবোকথা ফওবগী মনুংদা নৌনা হৌবা মচীনা অমুক শরেপ ফানা চাওখৎপা তাবনা, অতৈ শরু-শয়াং শেমগৎপদা কান্নগদবা চিঙ্কাকী মচলশিংদু মচী চাওখৎহনবদা শিজিন্নবা ঙমহল্লি। শঙাই অমোসু য়াম্না ঙম্না, চহি মরিতা শুরকপদা মচা পোকপা হৌই, অদুগা চহি খুদিংগী মচা অমমম পোকপা ঙম্বা শা ওইবনা মখোয়গী চিঙ্কাক্তা য়াওবা মচি ওইবা পোৎচাকশিংনা শরু-শয়াং শেমগৎপদা শিজিন্নথোকপগী মহৎতা পুকনুংদা নাওপুরিবা মচাবু চাওখৎনবা মচাক ওইনা শিজিন্নবা ঙমহল্লি।

খোমথকপা অতৈ শাগুম্না শঙাইগী য়ারিদা ময়া মখল মরি হৌই। মখোয়শিংদুদি য়ামাংয়া (incisor), হুইয়া (canine), য়াপংমাং য়া(pre-molar ) অমসুং য়াপংয়া (molar) নি। অদুবু য়াথক অমসুং য়াখাগী য়ারী অনিমক্তা য়া মখল মরিমক শুনা থক হৌদে অদুগা লাবা অমসুং অমোমগী য়ারীদা হৌবা য়াগী মখলসু খেন্নে। মপুং ফারবা শঙাই লাবগী ওই নত্রগা য়েংথংবা য়াথকী য়ারী তম্বায়দা মথাগী য়া মখল অমসুং মশীংশি হৌই। য়ামাংয়া হৌদে, হুইয়া অমা*, য়াপংমাং য়া ৩ অমসুং য়াপংয়া ৩; নাকল অম্রদা য়া ৭ অমসুং

নাকল অমগীগা পুন্নগা য়াথক্তা য়া ১৪ হৌই। য়াথাগী য়ারী তথ্বায় অমদা মথংশিংনা য়ামাংয়া ৪, হুইয়া হৌদে, য়াপংমাং য়াং ৩ অমসুং য়াপংয়া ৩ হৌই; নাকল অমদা য়া ১০ অমসুং নাকল অনিমক পুন্নগা য়াখাদা য়া ২০ হৌই। মরমসিনা য়াথক অমসুং য়াখা পুন্নগা শণ্ডাই লাবগী য়া ৩৪ পাল্লি। শণ্ডাই অমোমগী য়াথক্তা য়ামাং য়া অমসুং হুইয়া অনিমক পান্দে। য়াথাগী য়া মথল অমসুং মশিংদি লাবগীগা মান্নে। মরমসিনা অমোমগীদি পুন্না য়া ৩২ তমক পাল্লি।

শণ্ডাই লাবা অমসুং অমোম অনিমক্তা হৌবা য়াগী মথল, মশিং অমসুং পানফম মখাগী dental formula শিংনা উৎলি।

লাবগী : য়ামাংয়া $\frac{০}{৪}$ হুইয়া, $\frac{১}{০}$, য়াপংমাং $\frac{৩}{৩}$, য়াপং $\frac{৩}{৩} = \frac{৭}{১০} + \frac{৭}{১০} = \frac{১৪}{২০} = ৩৪$

অমোমগী : য়ামাং $\frac{০}{৪}$ হুইয়া, $\frac{০}{০}$, য়াপংমাং $\frac{৩}{৩}$, য়াপং $\frac{৩}{৩} = \frac{৬}{১০} + \frac{৬}{১০} = \frac{১২}{২০} = ৩২$

শণ্ডাইনা নহা ওইরিঙেদা হৌবা য়া (milk teeth) অমসুং অহল ওইরগা হৌবা য়া (permanent teeth) হায়না য়ারোল অনি গুই। অঙাং ওইরিঙেগী য়াশিং তেকস্রগা অহল ওইবগী য়াশিংনা মহুৎ শিল্লি। শণ্ডাইনা চহি অনিমখায় শুবা মতমদা য়া শিনবা লোইরে।

## শণ্ডাই মচী

Family Cervidae কাংলুপকী মনুংচনবা শজি খুদিংমক্তা লাবগী কোকথক্তা মরীলফুনবা মচী হৌই অদুগা অমোমদনা হৌদে*। শণ্ডাইসু কাংলুপসিগী মনুং চল্লি, অদুনা লাবশিংদমক্তা মচী হৌই। শণ্ডাই মচীগী হৌরকফম, মসিগী মওং-মতৌ অমসুং মসিনা অতৈ শজিশিংদগী খেন্নবা মরম খরা য়েংশি।

(১) শজি খুদিংমক্কী মচীনা কোক্কী শরু তুম্বাদগী হাকথেংননা থক হৌরক্তে। অহানবদা মীৎকী মপা (মথক) ওইরম্বা কোক্কী শরুদগী মচী চৈথোক অমা থিনগৎলকই। মসিবু pedicle কৌই। Pedicle দগী অমুক মচীনা তাঙ্কক অমা নাইনা শনদোকখি। Pedicle গা মচীগা শন্নফমদা তৎতুনা চহী খুদিংগী মচীনা অমুক অমুক কেল্লি।

শণ্ডাইগী pedicle অনিদু মীৎকি ময়াই মপাদগী চপচানা হৌরকপা ওইনা উই,

---

* হুইয়া : শণ্ডাই লাবনা য়াম্না অহল ওইরবা মতমদা য়াথক্কী য়ারি নাকল অমমমদা হুইয়া অমমম হৌই। শণ্ডাইনা মচা (অঙাং) ওইরিঙেদা হুইয়া হৌদে।

* Reindeer হায়বা ইয়ুরোপলোমগী শজি মথল অমদি লাবা অমসুং অমোম অনিমক্তা মচী হৌই।

CNH, Vol X: Mammalia (1968): F. Beddard. page 291.

অদুগা মখোক অনিদুসু কোক-তোন লাওবা মাগ্রে। অতে শজিশিংদি মখোক অনিদু মখোঙদা খুরগা মতোন্দা ফাক্তোকই। শন্ডাইগী pedicle অমনা সেন্টিমিটর ৩০-৪৫ ফাওবা শাংই।

(২) শজি খুদিংমক্কী pedicle দগী তুংলোমদা ভমথিবা অচৌবা মচীদা মশা মচা পাল্লি, মদুবু beam কৌই। Beam দগী মাংলোমদা মশা অমা অমুক লোংথি। মদুনা tineকৌই। Beam না tine দগীহেন্না শাংই। শজিনা অহল ওইরক্লগা beam দগী মশা মচা-মচা কয়ামরুম লোংলকই। শন্ডাইগী মচীদা beam অমসুং tine মশা অনিসি শাংবা য়াম্না খেন্নদে। মশা অনিসি অমনা অমদগী লোংথোকপনি হায়বা খঙদনা, মচৈ অমতগী মচীনা pedicle গী মথক্তা লীরুংগুম্না কোনবা মাল্লি। মসিনি শন্ডাই মচীনা অতে শজি মচীশিংদগী তোঙান্না হায়রিবা। শন্ডাইনা মকোক নোম্বদুনা লৈবা নত্রগা মরাই থাঙৎতুনা চৎপা মতমদা কোকথক্কী মচীনা পীগুম মথক্তগী থিনগৎলকপা ওইনা উই। মচীগী মউ ওইরিবা beam দগী অতে মশা মচা-মচা লোংলক্তুনা পুম্না মচী চীদোন ৬ তগী ১০ ফাওবা শুই। Tine দগী অতে মশা মচা অমতা লোংদে। শন্ডাইনা অহল ওইরবা মতমদা tine অমসুং beam গী শন্নফম, pedicle গী মপাদগী মাংলোমদা খরা চংশিল্লগা মশা মচা অমা চোংথৎলকই।

## মচী শকলোন

শন্ডাই মচানা চহি অমা মপুং ফারগা অনিশুবা চহি চংলকপদগী মচী হৌবা হৌরে। মতুংদা মচীনা চহি খুদিংগী চাওবা, শাংবা অমসুং মপুং ফাবা হেনগৎলকই। চহি খুদিংগী হোংলক্রিবা শন্ডাই মচীগী শকমদি ঃ

চহী ০ — ১ শুবা লাবা ঃ মচীনা কোকথক্কী pedicle মতোন্দা খজিক্তং তোঙখৎতুনা লৈ। মতু ফাক্তোক্তুনা য়েংগ্রবদি খংবা ভমদে হেক য়েংবদা উবা মচীদি চহি মতাংসিদা হৌগ্রি।

চহী ১ — ৩ শুবা লাবা ঃ চহি মতাংসিগী লাবদা মচিন তুম্বা অমসুং কোনতক তৌবা মচী অনিথক pedicle দীগ তুংলোমদা ভমথনা হৌই। মসিবু হামেং মচী (spike antler) কৌই। মচী অমনা মিলিমিটর ২০২ রোম শাংই অদুগা গ্রাম ৯০ মুক লুম্মী।

চহী ৩ — ৪ শুবা লাবা ঃ অহানবা চীহৌগী হামেং মচীনা কেনখিদুনা মথংগী অনিশুবা চীহৌদগী মাংথংবা tine অমসুং তুংথংবা beam হায়না অনিথোক্লা থাইদোক্রে, অদুবু মচীগী মশা অনিশিনা pedicle গী মপাদা শন্নদুনা কোনতক তৌবা শিংতেক অমগুম উহল্লি। Tine অমসুং beam মশাশিং মথংশিংনা মিলিমিটর ১৫৫ অমসুং ৩০০ রোম শাংই অদুগা মচী অমনা পুম্না গ্রাম ১৪৫ রোম লুম্মী। Tine গী মশানা মাংলোমদা ইম্রোকই অমসুং মখারোমদা খরা কোম্বরগা অমুক থেক্কৎলকই। Beam গী মশানা তুংলোমদা ইম্রোক্তুনা মপানলোমদা খরা ফাক্তোকই অদুগা ময়াই চবুকরাইদগী অমুক থেক্কৎলকই। (২শুবা খুৎয়েক, ক)

চহী ৪ — ৫ শুবা লাবা : চহি মতাংশিদা মচীগী চাওবা, শাংবা অমসুং লুম্বা হেনগংপা নত্তনা, মওং-মতৌদি শিংথানিংঙাই ওইনা হোংদে। মচী অমনা পুন্না মিলিমিটর ৮৩০ রোম শাংই (tine না মিলিমিটর ৩৩০ অদুগা beam না মিলিমিটর ৫০০ রোম্নি) অদুগা গ্রাম ৩৯০ শুম্বা লুম্মী।

চহী ৫ — ৬ শুবা লাবা : চহি মতাংশিগী মচীনা মমাংগী চহিগী মচীগী চাওবা শাংবো খরা হেনগংলি। মচী অমনা পুন্না মিলিমিটর ৯০০ রোম শাংই অদুগা গ্রাম ৪৪০ রোম লুম্মী। Beam গী মতোন ওইরপনা মশা মচা অমা লোংই অমসুং মচী মতোন্দু 'Y' মওং মাল্লি। Beam গী মতোন অনিদু খরা নকশিন্নহল্লি (২শুবা খুৎয়েক, খ)।

চহী ৬ — ৭ শুবা লাবা : চহি মতাংশিদা মমাংগী চহিগী মচীগীগ থোইদোক্না অহোংবা লৈতে, শাংবসু থোইনা হেনগংতে অদুবু মচী নোয়থোকপদি (চাওথোকপা) খরা হেনগংলি। মচী অমনা গ্রাম ৬১৫ রোম লুম্মী।

চহী ৭ — ৮ শুবা লাবা : মতাংশিদা শণ্ডাই মচী চাওবা-শাংবগী অয়ৌবী থাক য়ৌরে। মতমসিদা মচী অমগী অশাংবসি পুন্না মিলিমিটর ১২৫০ ফাওবা য়োৎই (tine মশাগী মিলিমিটর ৪৩৫ অমসুং beam গীনা ৮১৫ রোম্নি) অদুগা গ্রাম ১৪৪৫ রোম লুম্মী। Beamগী কোনশিনলকপগী চাং ১৬৫ ডিগ্রদগী ১৭০ ডিগ্রি য়োৎই অদুগা tine অমসুং beam গী মতোন অনিদু অমুক্না হেন্না নকশিন্নরকই (৩শুবা খুৎয়েক, ক)।

চহী ৮ — ৯ শুবা লাবা : চহী মতাংশিদা শণ্ডাই মচী চাওবা-শাংবা লেপলে অমসুং খরা হন্থরকপগুম তৌরে। মচী অমগী অশাংবা পুন্না মিলিমিটর ১০৪৫ অদুগা অরুম্বনা গ্রাম ৯৮০ তা ওইরে।

চহী ৯ দগী হেনবা লাবা : চহি ৯ — ১০ শুরবা শণ্ডাই অমবু অহল ওইরবা শানি হায়বা য়ারে। মতাংশিদা মচীগী চাওবা শাংবা পুরা লেপপ্রে, অশাংবা অমসুং অরুম্বগী চাংসু য়ান্না হন্থপ্রে।

শণ্ডাইগী থা-মচেৎ শাবা মচীগী মওংশি মশাগী চহি মতাংগী মতুংইন্না থেন্নে। মসিগী অহানবা চীহৌগী হামেং মচীনা কেনবদা চহি অমামখায় রোম চংই (অহানবা হামেং মচীনা কেনবদা মশাগী চহি অনিমখায়-অহুম শুরে)। মসি কেনপ্রবা মতুংদগীদি চহি খুদিংগী অককনবা মতমদা মচী হেক-হেক কেল্লি। অহানবা চীহৌগী মচী কেনখিদুনা অনিশুবা চীহৌদগীদি শণ্ডাইগী তোপ-তোন্না মচীগী মওং লৈরে (মাংলোমদা ইহোকপা tine অমসুং তুংলোমগী beam তোঙান-তোঙান্নে)। অনিশুবা চীহৌনা শাগী চহি ৪-৫ শুরকপদা কেনবা অদুগা অহলকশুবা চীহৌনা মহৎশিনবা; অসুন্না মথং-মথং চংথরকপনা ৫শুবা চীহৌ হায়বদি শণ্ডাই লাবনা চহি ৭-৮ শুবা মতমদা মচীগী শারেপ মপুং ফারে অমসুং মওং -মতৌ মর্ত্তি লেপ্রে। মসিগী মতুংদগীদি মচীগী মওংদা অমসুং চাওবা-শাংবদা খরা কায়রক্রে।

(ক)




(খ)




খুখরেক ৩ ওবাঃ (ক) চহি ৩-৪ ওরবা লাবাগী মটি।
(খ) চহি ৫-৬ ওরবা লাবাগী মটি।







পুৎলেক ৪তমা: (ক) চহি ৭-৮ ওরবা লাবাণী মচি।
(খ) মতোন পাকথোকপা মচি অমা।

মপুং ফারবা শঙাই মচী অমনা মিলিমিটর ১২৫০ ফাওবা শাংই, অদুবু Higgins [৪১] না মিলিমিটর ১৩৩১ শাংবা অমসুং Barron না [৪২] মিলিমিটর ১৩২০ শাংবা মচী থেংনখি হায়।

চহি খুদিংগী শঙাই মচীনা জুলাই থাদগী আগষ্ট ফাওবগী মনুংদা কেন্নি। Prater [৪৩] নদি আগষ্ট থাগী ময়াই চান্নকপদা কেন্নি হায়রম্মী। অদুগা শায়োকশংদা ফাজিন্দুনা খুৎশেমগী চিঙাক পীজদুনা য়োক্লম্বা শাগিংদদি চহিগী মচী কেনবগী মতম চাং নাইদে। ইরোইশেম্বা শায়োকশংদা শঙাই লাবগী মচীনা জুনদগী সেপ্টেম্বর থা ফাওবগী মনুংদা কেন্নি।

মচী কেনগ্রবা নুমিৎ ১৫ নিগী মতুংদা অনৌবা মচীনা হান্নগী মফমদা অমুক হৌগৎলকই অমসুং মসিনা মথং থা ৪-৫ গী মনুংদা মশাগী চহী মতাংগা চান্নবা মচীগী মওং-মতৌদা চাওখৎপা ঙম্মী। অসুম্না নৌনা হৌগৎলকপা মচী খুদিংমক্তা মোন-মোন লাওনা রেশোমগুম্বা (velvet কৌই) উনশানা কুপশিল্লি। চহিগী নোংজু লোইরকপদা (সেপ্টেম্বর-ওক্তোবর) মচীদা কুপশিল্লম্বা রেশোমগী কুয়োমশি মশা মতোমতা কেনখি অমসুং মদুগী মনুংদা ফুমদুনা লৈরম্বা মচীগী অনৌবা শরুক্দু নুংশিৎ-নুংশা লাংদুনা তপ্না-তপ্না কনশিল্লকই। শজি মথল খরদদি মচীদগী রেশোমগী কুয়োম্না কেনখিবসি মশা মতোমতা তাখিবা ঙমদে, মরমসিনা শা অদুনা মনাক্তা লৈবা নাপী, মোংশোং, উনচিংবদা হেক-হেক তকই। শঙাইগীদি হায়রিবা কুয়োমশি কেল্লমদাইদা মশাদা থোইদোকপা নুংঙাইতবা ফাওবা উদে। কুয়োমদু তাখিবগী মতম য়ৌরকপদা মনুংদা চেল্লিবা ঈচেলদু লেপখিদুনা উনশা কংশিনলকই অমসুং মতম খরগী মনুংদা উনশাদু মতোমতা তাখি। রেশোমগী কুয়োম্না কেনখিবা মতুং নুমিৎ ৩০ - ৪৫ ফাওবগী মনুংদা মচীনা মপুং ফানা কনশিল্লি। মতমসিদা মচীনা খ্বাইদগী ফবা খুৎলাই ওইদুনা শঙাইনা কনাবুসু কিদে অমসুং মসিগা লোইননা চহিগী চাবোকথা (জনুয়ারী-মার্চ) ওইদুনা লাবনা অমোম থিবা কোইনা চৎলি।

## শঙাই চহী লেপ্পা/খঙবা

শঙাইগী মকোক্কী শরু, মচী-ময়া অমসুং মখোঙগী শরুশিংগী মওং মতৌ ফিভমচিংবা য়েংলগা শা অদুগী চাওরাকপা চহী অমসুং লাব-অমোমগী ফিভম খঙবা ঙম্মী।

(১) শঙাইগী কোক্কী শরু তুম্বা ঃ অমোমদা মিলিমিটর ২৫২-৩০৭ অদুগা লাবনা মিলিমিটর ২৮০-৩৪০ ফাওবা শাংই। অমোমদা কোক্কী অশাংবনা অপাকপগী শরুক অনিমথায় অমসুং অথাবগীনা শরুক মরি ওইবা মতমদা লাবগীনা মথংশিংনা শরুক ৩

[৪১] JBNHS, Vol 37 (1934): J.C. Higgins, page 307.

[৪২] Ibid, Vol XXI (1914): A.H.D. Barron, page 655

[৪৩] The Book of Indian Mammals (1980): S.H. Prater, page 288.

অমসুং ৫ ওই। চহি মতাংগী মতুংইমা কোকী শরুগী অপাকপা অমসুং অশাংবগী লৈনবা মরি (ratio) হোংই। অমোমগী কোকী অশাংবনা অপাকপগী শরুক অনিমথায় অমসুং অথাবগীনা শরুক মরি ওইবা মতমদা লাবগীনা মথংশিংনা শরুক ৩ অমসুং ৫ ওই। চহি মতাংগী মতুংইমা কোকী শরুগী অপাকপা অমসুং অশাংবগী লৈনবা মরি (ratio) হোংই। হায়রিবা ratio সি শঙাইনা চহি ফারকপদা ০.৫৫০ ওইরম্বদগী চহি ৭ শুবা, হায়বদি মপুং ফানা চাওবা মতমদা ০.৩৯০ দা হৱ্রে। মসিগী মাল্লবা মওংদা কোকী অথাবা অমসুং অশাংবগী ratio সু ০.২৬৩ দগী ০.২২৩ দা হৱ্রে [৪৪]। নত্রগা ওইরিবা শঙাইগী কোকী শরু তুম্বা শেম্লিবা শরু মচেৎশিংগী তাইনফমগী হোরাই ময়া শাবদু (suture) হিকোম-হিকোম্মী অদুগা শানা অসুকী মতীক অহল ওইরগা শরু মচেৎশিংদু চেৎনা ফাজিল্লবা হেল্লি।

(২) য়াথাগী য়ারীগী অশাংবা, য়ারীগী য়া হৌদবা অহাংবা মফম (diastema) অমসুং য়ামাং-য়া নত্তনা অতে য়াশিংনা হৌরিবা য়ারীগী অশাংবা; মখোয় অহমসিগী লৈনবা মরি য়েংলগা শঙাইগী চাওরাকপা চহি অমসুং লাবা অমোমগী ফিভম খঙবা ঙম্মী। শঙাই অমোমগী য়াথাগী য়ারীসি মিলিমিটর ১৮০ - ২২৫, অদুগা লাবগীনা মিলিমিটর ২৩০-২৫৮ ফাওবা শাংই। লাবা অমসুং অমোম অনিমক্তা য়ারী অমসুং diastema না চহি ৭-৮ সুবা ফাওবদি খরা-খরা শাংদোকই অদুগা য়া হৌরিবা য়ারীগী শরুক্না অরেম্বা ওইনা লৈ। মরমসিনা diastema অমসুং য়ারীগী অশাংবগী ratioসি শঙাইনা মচা ওইরিঙৈদা ০.৩২৪ ওইরম্বদগী অহল ওইরবা অমোমদা ০.৩০৬ অদুগা লাবদনা ০.২৯৭ তা হৱ্রে। মসিগা মাল্লবা মওংদা য়াহৌরিবা য়ারীগী অশাংবা অমসুং য়ারীগী অপুনবা অশাংবগী ratioনা মচা ওইরিঙৈদা ০.৩৭৭ ওইরম্বদগী অহল ওইরবা অমোম অমসুং লাবদা মথংশিংনা ০.৩৯২ অমসুং ০.৩৬৪ ওই [৪৫]।

(৩) শঙাইনা চহি অনিমথায় শুবা ফাওবা য়াপংমাং য়ানা মশুং ৩ শুই। মসিনা হায়রিবা য়া মখলসি শিল্লি হায়বা তাকই। য়াপংমাং য়ানা মশুং অনিখক্তা ঙায়রবদি য়াশিনবা লোইহল্লে হায়বা তাকই [৪৬]।

(৪) শঙাই অমোমগী য়াথকী য়ারিদা য়ামাংয়া অমসুং হুইয়া মখল অনিমক হৌদে অদুগা অহল ওইরবা সাঙাই লাবগী য়াথকী য়ারীদা হুইয়া পাল্লি [৪৭]।

---

[৪৪] অইখোগী Ph. D Thesis

[৪৫] Ibid.

[৪৬] Ibid.

[৪৭] হুইয়া : য়া মখলসি শঙাই লাবনা অহল ওইরবা মতমদতা য়াথকী য়ারিদা হৌই। শঙাই মকোক ১৩ য়েংবগী মনুংদা মকোক ৯ গী য়াথকী য়ারীদা মিলিমিটর ১১.৪ রোম শাংবা হুইয়া পানবা থেংনৈ। W.Graf অমসুং L. Nichols Jr. (JBNHS, Vol. 63, 1966) অমসুং H.A Fooks (JBNHS, Vol. 45, 1945) নসু অহল ওইরবা শজিশিংদা হুইয়া পাল্লি হায়রম্মী।

(৫) শঙাই অমোমগী কোক্কী শরুদা pedicle য়াওদে অদুগা লাবগীদি য়াওই। চহী মতাংগী মতুং ইন্না লাবগী থা-মচেৎ মানন্না কোনবা মচীগী মওং খেন্নে। Tine অমসুং beam মতোন অনিগী কারক্কী অরান্না, tine মতোন্দগী pedicle ফাওবগী অরান্না, অমসুং tine ময়াইচবুক্তগী beam গী ময়াইচবুক্কী অরান্না; পুন্নমক চহীগী মতুংইন্না খেন্নে অমসুং মখোয়সিগী মতুংইন্না শাগী চাওরাকপা চহী খঙই। শঙাইনা চহী ৪-৫ শুবা ফাওবা beamদগী মশা মচা লোংদে। অহল ওইবা মচীগী ময়াইদা অতেনবা মশা মচা অমা হৌরকই (৩ শুবা খুৎয়েক, খ)

---

## ৩ শুবা পন্দুপ

# শঙাইগী হৈনবা শাজৎ-লিচৎ

মহৌশাদগী শাঙাইনা মনিপুর তম্পাক্কী মফম কয়াদা লৈরম্মী হায়বগী মচেৎ-মকায় ওইবা খুদম-চাংতম অমসুং ৱারী কয়া লৈরবসু, বৃটিশকী লোইলম সাসনগী ঈথক ঈপোম্না মনিপুর য়ৌরক্লুনা, মখোয়না মফমসিগী লৈঙাক-সাসন্দা খুৎ থিংজিনবা হৌরকপদগীদি মনিপুরগী শঙাইনা কৈবুল লমজাউ অমসুং মসিগী অকোয়বদা লৈবা ফুমদি-হাওদি মরাং কায়বা মফমশিংদা ফংই হায়বসি অইবা ওইনা লৈরে। মসিগী খুদমদি Eld [1]না ইংশোক ১৮৩৮ দগী হৌনা মহাক্না লোক্তাক মপালগী চোৎ চোৎ লাওবা মফমদা মশক খঙদ্রিবা শজি মখলসি উখ্রে হায়না McClelland দা ইখিবা চিঠি অদুনি। অদুগা ইংশোক ১৯৫০ দা মনিপুরদা শঙাই লৈত্রে, খোঙ্গুল মুৎখ্রে হায়না সরকারনা লাওথোক্লবা ফাওবদা E.P.Gee না লুচিংবা কাংবু অমনা থিজিনবদা শঙাইবু কৈবুল লমজাউদা লৈরম্বা থেংনখি।

Wilson নসু হায় :

> "In the heavy grass alongside one shore of the Loktak were deer peculiar of manipur. They were as big as red deer of this country. They had peculiar C-shaped horns, brow antler being very long and curving forwards and upwards ..." [2]

মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহদা (১৯৪১-১৯৫৫) নোংমাইখোংদগী পাঙম্না শঙাই অমা ফারগা কথলি হায়না চৈথারোল কুম্বাবদা ইরিবা মফমসিসু লোক্তাক পাৎকি শরুক্কি।

শঙাইনা কৈবুল লমজাউদা লৈরিবসি মহাক্না পামজনা য়েলহৌঙেদগী লৈরকলব্রা নত্রগা মীওইবনা মরম ওইদুনা তঙায়ফদনা লৈখিব্রা হায়বগী মরমদা চয়েৎনবা অমসুং ফল তাদবা মোত শরদি লৈতবা নত্তে। অদুবু শঙাইনা অৱাংবা চীংগী অঙম্বা চীংচেপ অমসুং অশুকপা উমং-ৱামংদা লৈবদি হৈনরমদে। মখোয়না চীংখোংগী নারক-মোংশোং মরাংকায়বা

---

[1] CJNH, Vol II (1842 : Lieut Percy Eld, page 415

[2] Sport and Service in Assam and Elsewhere, Lt. Col. Alban Wilson. লাইরিকসিগী অহানবা খুৎলম ইংশোক ১৮৭৩ নি। মরমসিনা শঙাইনা মতমসিগী মমাংদগী হৌনা লোক্তাক মপান্দা লৈরে হায়বসি তাকই।

অমসুং ঈশিং বাৎতবা অইংবা তম্পাক্তা লৈরা হৈনবা শাদি ওইরম্মী। মীওইবগী মীওৎ-মীনে কয়াদগী মখোয়না তঙায়ফদনা কৈবুলদা লৈখিবনি। মসিগী অরাইবা খুদমদি, কৈবুল লমজাউনা Wildlife Sanctuary ওইহল্লিদ্রবদা শঙাইনা ইম্ফাল তুরেলগী বাংমদা অরাম্বা খোইদুম লমজাউ ফাওবদা লৈরম্মী। মতুংদা লৌউশিংউবগী লম্না অসুম পাকথোরকপগা লোইননা লৈফম অসুম পিকশিনখিদুনা অকোনবদা বর্গ কিলোমিটর ৪০ তমক চাওবা কৈবুলদা লৈখিবনি।

শঙাইনা কৈবুলদা তঙাইফদবা মরম খরদগী লৈখিবা ওইরবসু মসিনা মফমসিগী ঈশিং-নুংশিৎ অমসুং ফুমদি হেবিটেটতা পুরা লৈবা হৈনবা, মচা-মশু পোক্তুনা ধারা-নালা শন্দোকপা ঙম্বা শা মখলদি ওইরবনি। শঙাইগী sub-species অহমগী মনুংদা মনিপুরগী শঙাইনা ফুমদি মথক্তা লৈবা হৈনবা অদুগা ব্রম্মা অমসুং থাইলেন্দগী sub-species শিংনা অকংবা মফমদা লৈবা হৈনখিবসি থোইনা ঙক্লিংঙাই ওইদে, মরমদি মীওইবগী খুৎশেম নত্রগা প্রকৃতিগী য়াওন্দা species অমগী sub-species শিংনা তোঙান-তোঙানবা হেবিটেটশিংদা লৈবসি অতৈ শাশিংদসু অদুমক থোকই। খুদম ওইনা Barasinha (*Cervus duvauceli*) * হায়বা শজি মখলদুগী race অহমগী মনুংদা অনিমদি চোৎ-চোৎ লাওবা মফম অদুগা অমনা অকংবা মফমদা লৈ [৩]।

শা অমগী হৈনবা লমচৎ-শাজৎ নৈনবা অমসুং খঙবা হায়বসি অরাইবা নত্তে, য়াম্না মতম চংই অমসুং খাঙবা-কনবা দরকার ওই। শায়োকশংদা নত্রগা লমহাংগী মচি অমদা শম্বল খাজিন্দুনা থম্লিবা শা অমনা উৎলিবা লমচৎ শাজৎতু মশাগী original নি হায়না পুরা লৌবা য়ারোই। তৎতনা তম্বীবা অমসুং তঙায়ফদবদগী শাশিংগী চিঙ্গাক, লৈফম অমসুং লমচৎ-শাজৎ য়াম্না হোংহল্লি। তমথিরবা লমল্লকী শা-কৈ, নোংশা, শামুনচিংবা ফাজিন্দুনা থম্লবদি মখোয়গী 'লমশা' ওইবগী লমচৎ-শাজৎ থাদোক্তুনা মীওইবনা অপাম্বা মওংদো তপ্না-তপ্না ওনশিনলকই।

লাইরিকসিদা পীরিবা শাঙাইগী হৈনবী লমচৎ-শাজৎশি হৌজিক-ওইরিবা কৈবুলগী ফিভমসিদনি। লাইরিক্কি ভোলুম চাথোক্তনবা শাশিগী লমচৎ-শাজৎ নৈনবগী methodology [৪] পনজগ্রে।

---

* মচী চীদোল ১২শুবা শঙাইগা য়াম্না মান্নবা শজি মখলনি। মসি হৌজিক্তা মরুওইনা Madhya Pradesh কী Kanha National Park তা লৈ।

(৩) JBNHS, Vol 79(1982): C.P. Groves.

(৪) অইবগী PH.D. Thesis দা শঙাইগী লমচৎ-শাজৎ নৈনবগী methodology কুপনা নৈনরি।

## শঙাই শল্লুপ

কৈবুলদা শঙাইনা অয়াম্বা মতম্মদা মখোয় ২ নত্রগা ৩ তমক পুন্না লৈমিন্নে। শাকোক ১০-২০ য়াওবা শঙ্গুদি পঙনা উদে। নুংথিলদা তোঙান-তোঙানবা মফমদা শজিক চারুবা শাশিংনা নুমিদাংবাইদা মতা চারুবদগী মফম অমদা থেংনদুনা, মখোয় ময়াম অহিংদুমা য়ারেকমিন্নরবসু মথংগী অয়ুক অঙনবদা মানা মানা থোকপা মাইকৈদা শজিক চাবা চংনখি। অতৈ শজি মখল খরদা শঙ্গু শঙ্গু নাইনা লৈবগী হৈনবীদু শঙাইগীদি লৈতে। করিগুম্বা মতমদা মখোয় ৪-৫ পুন্না লৈমিন্নরবসু, মদু মতা চারুদুনা শজিক চাফম তিন্নরুবা অমসুং পোংথামিন্নরুবদগী শেমখিবা ঙহাক্কী ওইবা শঙ্গুনি, তুংকোইনা লৈমিন্নবা শঙ্গু নত্তে। মরমসিনা অসিগুম্বা শঙ্গুদা য়াওবা শাশিংদু লাবা, অমোম অমসুং মচাগী থোইদোকপা অককনবা মশীং নত্রগা মফম লৈতে। মতম-মতমগী থেংনরুবা শাশিং পুনশিন্নগা শেম্বনি, মখোয়গী থবক্তু লোইরগা অদুমক চংখিনি, অথিংবা অমসুং পুক্লিংগী অপাম্বা লিপুন লৈতে। অদুম ওইনমক শঙাই লাবগী মশীংনা হেন্না য়াওবা শঙ্গুনা চাওরাক্না ৪৩%, অমোম্না মশীং হেনবা শঙ্গুনা ২৪ %, লাব নত্রগা অমোম ওইরবসু মতোম-মতোমতা লৈবা শানা ২৫ % অমসুং মচা ঙাক্তা ঙায়বা কাংলুপ ৮ % নি।

চহীগী তোঙান-তোঙানবা থাশিংগী শঙ্গুদা য়াওবা শা মশীং অমসুং লাবা অমোমগী ফিভম থেন্নে। থা-থাগী শঙ্গুদা য়াওবা শঙাই মশীংবু চহীগী ওইবা চাংচংতা ওহোকলবদি শঙ্গু অমদা য়াওবা মশীং ২.৮ ওইগনি। অদুগা চহী অমগী জনুয়ারী থাদগী মার্চ্চ ফাওবগী শঙ্গুদা য়াওবা শা-মশীংনা অপুনবা মশীংগী ১.৮ -৪ ফাওবা ওইগনি অমসুং লাবা, অমোম অদুগা মচাঙবা শঙ্গুদা য়াওবা শাকোক ২.৩ - ৬.৩ ফাওবা য়াওই। তেনগ্রবা থা ৪ গী মনুংদা শঙাই শঙ্গুদা য়াওবা শাকোক মশীং অমসুং মখল য়ান্না থেন্নে। মরমদি মতমসি শঙাইগী চাবোকথানি। মার্চ্চ থাদা লাবা-অমোম লোইতান্নবগী খমথেংবা মতম্নি। মরমসিনা লাবা-অমোম ওবা শঙ্গু মশিংনা খ্বাইদগী য়ান্না উই। মথং এপ্রিল থাদদি লাবা-অমোম পুনবা শঙ্গুগী মশীং অমুক হন্নরে অদুবু চাবোকপগী থবক্তি মখা চথরি। মার্চ্চ থাদা শঙাই অমোম ঙাক্তা ওইবা শঙ্গু ইউ-উদে। মসিনা তাকপদি মতমসিদা মপুং ফারবী অমোম খুদিংমক লোয়তান্নবদা য়াওগ্রে হায়বনি।

শঙাই লাবনা শঙ্গু শেম্বদা য়াওবসি মতম খরতগী ওইনা অমোমশিংগা তিন্নদুনা চাবোক থবক্কীদমক্তা ওইনা তৌই। মাগী অপাম্বদু হেক থুংবগা শঙ্গু থাদোক্লগা চংখি। মসিগা মরি লৈননা তাং ১৪-৩-৮৪ কী [৫] থৌদোক মতেক অমা য়েংসি। নুমিদাংবাই পুং ১৫৪৫ তাবা মতম্মদা শঙাই লাবা ৩ গা অমোম ১ গা থংব্রেন-য়াংবীগী মফম অমদা লৈবা উই।

---

[৫] অইবগী Ph. D Thesis

পুং ১৫৪৫ : অমোমদু কুম্লগা লৈ। লাবা অচৌবা অমা অমোম্দুগী মনাক্তা লেপ্লী, অদুগা খরা শোনবা মানবা লাবা অনিনা থাগ্না লৈ। খুদোংচাবা ঙায়দুনা লৈবা মাল্লি। মখোয় অনিমক লাবা অচৌবদুগী মনাক নকশিনবা কিবা মাল্লি।

পুং ১৫৪৯ : লাবা অচৌবদুগী মনাতোল্লা অমোমদা ঙহাক লৈতনা ইল্লি।

পুং ১৫৫৫ : লাবা মচা অনিদু মিনিট ৩ রোম বাইনৈ। অগুম্বা খঙনবা বাইনবা নত্তে। মতম ঙাইবগী মওংনি। হন্দোক্লরগা লেপতুনা লৈ।

পুং ১৬১৫ : লাবা অচৌবদুনা অহানবদা মনাতোম্না অমসুং মতুংদা মচীনা অমোমদা ইল্লি। লেপতুনা লৈবা লাবা মচাদু মখোয়রোমদা খরা চংশিলকই। লাবা অচৌবদুনা মকোক নোম্বরগা মচীনা মঙোন্দা ধমকা তৌই। মচাদু মখা তানা চংশিনবা ঙমদে।

পুং ১৬৩৭ : অমোমদু হৌগথলে, লাবা অচৌবদুনা থুনা চংশিন্দুনা মথক্তা চোং-খথলি অদুবু মায় পাক্তে। অমোমদু অশোংবা নাপী মরক্তা চেনশিনখি, লাবা অচৌবদুনা মতুং ইন্নখি অদুগা মচা অনিদুদি ঙহাক লেপতুনা লৈরগা নাপীমরক্তা চংখি।

কৈবুলদা শঙাই শঙ্গু-শঙ্গু নাইনা লৈতবগী মরুওইবা মরম খরদি।

(১) শঙাইগী লৈফম্না থোক-থোক নোম্বা ফুমদিমথক ওইবনা মখোয় ময়াম পুন্না লৈমিন্নবদা খুদোং চাদে।

(২) শঙাই মশীংগা লমগী পাক-চাওবগা য়েংনবদা লম্না ঙমতক লৈবা অমসুং চিঙ্গাক নাপী মরাং কায়বা। শাকোক অমনা চাওরাক্লা লম হেক্তর ৫.৮–৬.৩ ফাওবা লৈফম ফংই।

(৩) শাহিং চাবা অচৌবা শাশিং লৈতবনা মখোয় নাইতোম নত্রগা মশিং ২-৩ তমক লৈমিন্নদুনা শাদানবগী মীথয়েংদগী লায়না নাম্বোকপা ঙম্মী। মসিগী মথক্তা মীওইবনা পার্ক মনুংদা অতৎপা লৈতনা চংদুনা ঙহাক লৈতনা চায়খায়বদগী মখোয়না শঙ্গু নাইনা লৈবগী খুদোংচাবা ফংহন্দে।

## শঙাইগা অতে শাশিংগা লৈমিন্নবা

কৈবুলদা লৈবা শাশিংগী মনুংদা শঙাইগা লৈফম, চাফম, লোৎফম অমসুং চিঙ্গাক (শজিক) মখল তিন্নবদি খরশা অমসুং লমওক অনিসিনি। মখোয় অহমসি লৈমিন্নবদা অমনা অমদা থোইদোক্লা অয়েৎপা অমসুং অকায়বা পীনদে, য়াম্না চান্ন-চীনম্না লৈমিন্নবগী মওংনি। মসিগী মরুওইবা মরমদি মখোয়না লম পাক-চাওনা অমসুং চিঙ্গাক মরাং কায়না ফংবাগা মরি লৈনৈ। National Park কী মফম কয়াদা শঙাই অমসুং খরশা পুন্না লৈমিন্নরম্বা অমসুং য়ারেকমিন্নরম্বগী খুদম য়াম্না থেংনৈ। শা অনিমক্কী মথী মফম অমদা পুন্না তামিন্নরম্বা থেংনৈ*। হকথেংননা মাইয়োক্নবা মতমদদি শঙাইনা খরশাবুদি ঙম্মী। মসিগী খুদম অমদিঃ

* শঙাইগী মথীদি শাংতক তৌবা হবাই মরুগুমই অদুগা মচুসু পাম্বোকই। খরশাগী মথীনা হবাই চনা মরুগুম তাশিল্লি অদুগা মচুগু মুই।

তাং ২৪-২-৮৪ ইংগী পুং ১১৪৫ তাবদা পাবোৎচীংগী খা-লোংপোক থংবা মফম অমদা খরশা লাবা অমগা অমোম অনিগা পুন্না অশোংবা নাপীমরক্তা পোংথাদুনা লৈরম্মী। মথারোমদগী শঙাই লাবা অনি মখোয়না লৈরিবা মাইকেরোমদা চঙশিনলকপদা মখোয় অহমক ভগনা হৌগৎলগা চৎথোকখি অমসুং মিটর ১০ লাপনা চৎথোক্লগা অশোংবা নাপী মরক্তা অমুক কুহ্মখি [৬]।

লমওকনা লৈপাক্তগী থিনগৎলকপদা ভায়রিবা নাপী মতোন অমসুং মরু-মরা ফুক্লগা চায়। পার্ককী মফম কয়াদা মখোয়না লৈপাক্তগী নাপীমরু হোৎতুনা চাখিবগী মফম কয়ামরুম লৈ। লমওকনা নাপী মরু-মরা চারিঙৈদা শঙাই নত্রগা খরশা চৎলকল্লবসু মখোয়না মনাক্তদি খক নকশিনলক্তে খরা থাম্না মফমদগী অদুমক থৈদোকলগা চৎখি। লমওকনা শঙাই অমসুং খরশাগী শজিক চাফমদা চৎলকপদা অকোনবগীশিনা করিসু নাচুংদনা তপ্না চৎথোকখি। করিগুম্বা মতমদা লমওক্লা মখোয় তাহ্নোকলগা মফম মুলহৌবসু য়াওই। মসি লমওকনা শঙাই নত্রগা খরশাবু হাৎকে তৌবদি নত্তে।

## শঙাইনা কল্লিবা (লৈরিবা) লমথৈ

বর্গ কিলোমিটর ৪০ পাকপা নেশনেল পার্ককী মফম শিনবা থুংনা শঙাইনা লৈতে। মখোয়না লৈবদা খুদোংচাবা, দরকার ওইবা মচাক শুনা ফংবা লমগী শরুক খরতমক লৈ। মসি শঙাইগী home range [৭] ওইবা মফন্নি। মফমসিদা শঙাইনা কোয়না চৎতুনা শজিক চাবা, পোংথাবা, চেন-চোংনা শান্নবা অমসুং চাবোকফম ওইবদা য়াইখায়থিনগাইবা কয়া থোক্তে অমসুং খুদোং চাই।

---

[৬] অইবগী PH.D. Thesis

[৭] Home range গী মরমদা :

Burt না হায় " ... the area normally occupied in the feeding, resting and escape activities of the animal. It is an area within which the youngs are born, and in which they often remain through the first two years of life." W.B. Burt (1943) : Journal Mammalogy, 24.

Dice : " the area an animal covers in its day-to-day travels." L.R. Dice (1952): Natural Communities.

Dice and Clark, and Calhoun and Casby described the home range as the proportion of activity with the given radius from a given centre of activity.

L.R. Dice and P.J. Clark (1953) : Contribution of University Michigan, Laboratory of Vetenary and Biology. 62.

চহীগী ঋতু অহুম হায়বদি কালেনথা (February-June), নোংজুথা (June-October) অমসুং নিংথমথাদা (October-February) শণ্ডাইনা কল্লিবা home range গী পাক-চাওবা খেন্নে। কালেনথাদা শণ্ডাইনা অৱাংদা পাবোৎচীং অমসুং খাদা তোয়াচীং ফাওবা য়ৌদুনা লম হেক্তর ১১ (বর্গ কিলোমিটর ৭.৫) পাক্লা খ্বাইদগী চাওবা home range গী ওমখে কল্লি। থাংব্রেন-য়াংবীনা home range গী ময়াই চবুক ওইরগা, অৱাং-নোংচুপতা শরুক ৩/৫ অমসুং খা-নোংপোক্তা শরুক ২/৫ ওই। খোঙগং-খুৎকংবা অমসুং চাবোকথা মতম ওইবনা লাবশিংনো অমোম থীবা কোয়না চৎপা অমসুং লোয়তান্নবগী থাক ৱাংবা, অসিনচিংবনা মতমসিগী home range চাওবগী মরুওইবা মরমনি। নোংজুথাদা পাৎকি ঈশিং ঈমায় হেনগৎলকপগা লোয়ননা শণ্ডাইনা মথক্কী লমখৈসি য়ৌনা চৎথোক চৎশিন তৌবা ওমদে। মরমসিনা মতমসিগী home range দি লম হেক্তর ৯.১ (বর্গ কিলোমিটর ৫.৯) তমক চাওই। নোংজুথা লোইখিদুনা নিংথম চৎলকপগা লোইননা ঈশিংগী ঈমায় অমুক হন্থখি অমসুং শণ্ডাইনা খরা পাক-চাওনা চৎথোকপা ওম্মী। মরমসিনা মতমসিগী home range অমুক খরা চাওথোক্তুনা লম হেক্তর ৯.৫ (বর্গ কিলোমিটর ৬.২) ফাওবা কল্লি [৮]। মহৌশাদি শণ্ডাইগী home range না খোরদাক তুরেল ৱাংমা লান্না পাক-চাওরন্নবসু হৌজিক্কী ফিভমতদদি মসিনা খোরদাক লান্না শন্দোকপা ওমদ্রে। শণ্ডাইগী home range মকম লেপ্পসি ফুমদিগী অপাবা-অথাবা ফিভমদা নত্তনা মফমদুদা হৌরিবা নাপী মখল, পাৎকী ঈশিং ইমায় অমসুং চাবোকফম খুদোং চাবগী মতুংসু ইল্লি।

কালেন থাদা শণ্ডাইগী শজিক (নাপী) য়ান্না মরাং কায়। অসিগুম্বা কালেম্বা লোইখিদুনা নোংজুথা অমুক চৎলকপসি শণ্ডাইগী পুক্তি য়াওন্দা মচি ওইবা চিঙ্গাক মরাং কায়না ফংহনবা মথৌ তাই অদুগা পোৎচাকশিং পুন্নমক কৈবুল লমজাউনা শণ্ডাইদা পীরি। মতমসি শণ্ডাই লাবানা চহীগী মচী কেনখিবদগী (June-July) অমুক হৌগৎলক্তুনা মচি ওইবা চিঙ্গাক খ্বাইদগী হেন্না ফংবা তঙাই ফদে, অদুগা মার্চ-এপ্রিলদা গর্ভ পুখিবা অমোমশিংগীসু পুকনুংদা মচা চাওখৎপগী মচি ওইবা চিঙ্গাক মরাং কায়না চংবা মতন্নি। অক্তোবর-নভেম্বর থাদা পোকখিবা মচাশিংসু থা অমামখায়দগী অনি ফাওবগী মনুংদা শজিক য়ান্না চানিংবা মতম ওইবনা মখোয়গী চিঙ্গাক মরাংকায়না ফংহনবদা খুদোং চাহল্লি। নোংজুথাদা অনেম্বা নাপীশিং ঈশিংনো থুমজিনখিদুনা শণ্ডাইগী শজিক মরাং কায়বা ৱাৎলবসু মখোয়না য়ান্না থুনা অমুক মতোন চোংখৎতুনা অনৌবা শজিক ফংহনবদা শরক শিহন্দে। নোংজুথা লোইখিদুনা নিংথমথা

---

J.B. Calhoun and J.U. Casby (1956) : U.S. Public Health Service Mnogr. 55.

Darling, Differentiated between the home range and territory with the former being physiological and the later being psychological.

F.F. Darling (1937) : A herd of Red Deer.

[৮] অইবগী Ph. D. Thesis

অমুক চংলকপদগী নাপীশিংনা মপান্ন শাৎতুনা শঙাইনা য়াম্না পামজবা অপোম্বা নাপী মপান (মরু ওইনা ঈশিং কম্বোংগী অপোম্বা মপান) খৌবোম থম্না চাবা ফংই। অসুম্না শঙাইনা কৈবুলদা লৈবদা মফমসিগী ঈশিং-নুংশিং অমসুং চিঙ্গাকক্কী ফিভমগী য়াম্না চাশিন-চুশিন্নবা হায়বদু ওইরে।

করিগুম্বা মতমদা শঙাইনা লৈরিবা ফুমদিগী অকোয়বদা ঈশিংনা থুমজিল্লকপা নত্রগা মপান অকোয়বদু অপাবা ফুমদি ওইখিদুনা চখোক চৎশিন্দা কয়া খুদোং চাদবদগী মফমদু মখোয়না 'কন্নবা লম' (territory) ওইনা শিজিন্নে। অদুবু মসি অতৈ শক্তিশিং হায়বদি Roe deer [৯], Rosevelt Elk [১০], Axis deer [১১] নচিংবগী লাবাশিংনা মশাগী territory কনবা অদুগুম্বদি নত্তে। মখোয়গীদি য়াম্না তশেংনা কন্নিবা লমগী ওমখৈ খঙনবা, মখোয়গী মমায়, মচী-ময়ানচিংবনা উদা, নাপীদা, হাবুংদা তক্কুনা নত্রগা মমুং হানজিন্দুনা, লৈপাক খোতোক্নুনা 'sign-post' কি খুদমশিং থম্মী। অসুম্না খুদম থন্নবা লাবা অমগী territory দা অতোপ্পা অমা চংলকলবদি মহাক্কা কন্না থাইনে।

## সেন্টর ওফ একটিভিটি

Home range গী ওমখৈ মনুংদা য়াম্না তোয়না লৈগনবা, শক্তিক-চাফম, লোৎফম, শান্নফম অমসুং মখল কয়াগী নোংমগী তৌগদবা মথৌ মতম পাঙথোকফম ওইরিবা মফমবু সেন্টর ওফ একটিভিটি কোই। মতম অহমগী home range দা য়াওবা সেন্টর ওফ একটিভিটিগী মফম থেন্নে। খুদম ওইনা নিংথম থাগী home range দা শঙাইগী সেন্টর ওফ একটিভিটি মফমসি খুৎয়েক মরিগুবদা উৎলিবা '+' থারিবা মফমসিনি। মফমসি পুথোকন্নবগীদমক্তা কৈবুল লমজাউগী Intensive Stuey Area বু [১২] মান্নবা ইয়ুনিট কয়ামরুম থোক্না খায়দোক্লগা করম্বা ইয়ুনিটতা শঙাইনা খ্বাইদগী মরাংকায়না ফংবগে হায়বগী খুদম-চাংদম (মরু ওইনা শঙাই মথী তারম্বা, পোৎথারম্বা অমসুং শক্তিক চারম্বা মফমশিং) কয়ামরুম্না য়ুমফম ওইরগা অয়ুংবা (খা-অবাং) ইয়ুনিটকি মফম ৪.৯৮ অমসুং অথেম্বা (নোংপোক-নোংচুপ) ইয়ুনিটকি মফম ২.৮ অনিগী ককনবা মফমনি। মফমসি পার্ককী মনুংদা থাংব্রেন-য়াংবীগী অবাং-নোংচুপ

---

[৯] P.S. Bromley (1970) : Journal Reported. Fert. Suppt, II

[১০] W.Graf (1966) : Journal Mammalogy. 37 (2)

[১১] W.Graf and L. Nichols Jr. (1966): JBNHS,63 (3)

[১২] Intensive Study Area (ISA) : কৈবুল লমজাওগী মনুংদা শঙাইবু খ্বাইদগী মপান থোক্না উবা অমসুং মখোয় লৈরম্বগী খুদম-চাংতম ফংবা মফমশিংবু খঙজিন্নগা, মফমশিংদুবু ভাবনা শাবা লৈইনা শমজিন্নরগা কোনবা-কোনজিন নাই। মরমসিনা য়ারিবমখৈ মসি খোক্তনবা, শঙাই উখিবা মফমবু খ্বাইদগী নম্নবা check post অদুনি হায়না লৌই। অসুম্না শেমজিন্নবা Intensive Study Area গী লমখৈদি সাগ্রম, খাঙথো-খুনিংথেক, থংব্রেন-য়াংবী, চীংমৈনাতাল অমসুং হামরুংহৌবী check post শিংনি। Area অসিগী শাক-চাওবা বর্গ কিলোমিটর ১৮.১ রোম্নি।

থংবা, অথাবা অমসুং অতাওবা যুমদি মরাংকায়না লৈবা মরাইদা অমসুং হাওরো যুমলকী লম্মি। মথকী নিয়মশিগী মতুংইয়া নোংজু অমসুং কাফেন খতুশিংগী সেন্টর ওফ একটিভিটিসু মথংশিংনা খা-অবাং ইয়ুনিট ৬.১ অদুগা নোংপোক নোংচুপ ইয়ুনিট ২.৩ ককনকম, অমসুং খা-অবাং ইয়ুনিট ৫.৭৮ অদুগা নোংপোক-নোংচুপ ইয়ুনিট ২.৯ ককনকম মকমশিংনা ওই। কনাগুম্বনা খিন্নরবদি খঙগনি, মদুদি মকমশিংসি থাংব্রেন য়াংবীগী নাক-য়েংথকি লমদম্নি। মরমসিনা থাংব্রেন য়াংবীসি শজাইগী য়াম্না মরু ওইবা মকম ওইরি।

সেন্টর ওফ একটিভিটিদগী শজাইনা শজিক চাবা নত্রগা করিগুম্বা মরমগীদমক্তা তত্তনা চথোক-চংশিন তৌরিবা অয়াম্ববু Activity radius কৌই। চহিগী তোঙান তোঙানবা মতম অহমদা শজাইগী activity radius সি অবাংদা মিটর ১০০০ - ১৭০০, মখাদা মিটর ১০০০ - ১৫০০, নোংচুপ্তা মিটর ৫০০ - ৬০০ অমসুং নোংপোক্তা মিটর ২৫০-৩০০ ফাওবা লাম্নী। কালেন্থাদা শজাইনা খা অমসুং অবাংদা হায়কেং লাম্ন মায়া চংলি, নিংথমথাদা মসিনা অবাংলোমদা অদুগা নোংজুথাদা খাগ্রোমদা হেন্না থাগ্না চংলি। মসিনা নোংপোক অমসুং নোংচুপলোমদা চংপগী চাংদি চহিচুম্না ইমান-মাগ্রে।

থাংব্রেন-য়াংবী অমসুং অসিগী মনাক নকপা লমদমবু শজাইগী Centre of Activity মকম ওইরবগী মরুওইবা মরম খরদি ঃ

(১) থাংব্রেন-য়াংবী অমসুং মসিগী অকোয়বগী লম ময়াইদগী, হাওরোযুমলক অমসুং হামরুহৌবীগী লমদমশিংদা পুন্না লৈতাবা নত্রগা অথাবা যুমদি মরাং কায়। পাংথকি ঈশিং ঈমায় খন্না হেনগংপনদি মকমশিংশি লায়না থুম্বা ওমদে। মরমসিনা শজাইগী কিলম্নিংঙাই ওইবা home range দি ঈশিং মরাংকায়না ফংবগা লোয়ননা অথাবা যুমদিসু মরাংকায়বা মকম ওইগনবনি।

(২) মকমসিদা মখল কয়াগী নাগী, অনেম্বা (শজিকীদমক্তা) অমসুং অবাংবা (লোংকম-লৈকমগীদমক্তা) মরাংকায়না অমসুং ওনা হৌই।

(৩) মকমসি য়ৌনা যুমশাশিং (যন অমসুং ইরোই) চংবা খন্না বাই। মরমসিনা শজাই অমসুং যুমশাশিংগী মরক্তা শজিক মুন্নবগী বাকম লৈতে।

(৪) মাইকে অহমদা পাবোং, তোয়া অমসুং চীংমৈচীংশিং লৈদুনা মদুদগী হেক য়েংলকপদা উবা মকম্নি। শাগ্রম, থাংব্রেন-য়াংবী অমসুং হামরুহৌবীনচিংবা মকমশিংদা Watch tower শাগংপদগী শজাই য়েংশিনবগী থবক্তা অমুক্তা হেন্না থুনোং চাহন্নি।

মথকী মরমশিংসিদগী ঐখোয়না খঙলে মদুদি, নেসনেল পার্ককী মনুংদা থাংব্রেন-য়াংবী হায়বসি শজাইগী 'শঙায় যুম্মগী' মশক ওইবা থাইদগী মরুওইবা অমসুং দরকার ওইবা মকম ওইরি। মরমসিনা মকমসিগী ecology বু মাঙহনবনা শজাইগী কিতম ফংথহনবদা য়াম্না চাওবা চৈকু অমা পীগনি।

### সোসিয়েল বিহেভিয়র

মীওইবা সমাজদা ইমুং-মনুং লিংদুনা, মমা মপানা মচাশিং য়োক থাজুনা মখোয়বু ঙাক-শেনবগুম্বা শাশিংগী মরক্তসু অসিগুম্বা লমচৎ-শাজৎশি পোকপদগী লোইনরকপা মতিক-ময়াইনি। তৌবতবু অসিগুম্বা গুণ চেনবসি শা খুদিংমক্তা চাং মান্নদে। শজি-শঙাইগী মরক্তসু White-tailed deer, Roe deer, Sika deer, Red deer, Barasingha নচিংবা মখল খরদা অসিগুম্বা মতিক-ময়াইসি চেনবগী থাক রাংই অমসুং মখোয়গী থাজুমক য়ৌনা শঙাইগীদি চেন্দে। মথক্কী শজি মখলশিংনো অচৌবা শঙ্গু শঙ্গু নাইনা লৈবগুম শঙাইগীদি লৈতে। করিগুম্বা মতমদা শঙাই মশিং ৫-১০ পুনশিন্না লৈরবসু মদু ঙহাক্কী ওইবা অমসুং মতা চারুদুনা থেংনরুবদগী পুনশিন্নগা শেম্বা শঙ্গুপ ওইনা তৌই। মসিগী প্রমাণ্দি কৈবুলগী অপুনবা শঙাইগী ৩২% দি লাবা অদুগা ১১% না অমোম ঙাক্তা তোখায় তানা লৈ। অদুম ওইনমক শঙাইনা শঙ্গু ওইনা লৈবা মতমদি মখোয়গী অপাম্বসি mixed herd হায়বদি লাবা, অমোম অমসুং মচাশিং গুনা লৈমিন্নবনি (শজি অরাংবা Axis deer দা অমোম্না মচাশিংগা লোইন্না শঙ্গু শেম্বা পাম্মী)।

### পোৎথাবা অমসুং ভুম্বা

অয়ুক্তা কোয়না চৎতুনা শজিক চারুবা শঙাইনা নুংশা কনখৎলকপা মতমদা অরাংবা নাপীমরক্তা পোৎথাদুনা (কুন্দুনা) লৈ। য়েখায়-থিনগায়রবা লৈতবা মতমদা মখোয়না য়াম্না জ্ঞান তানা, পোৎথাবা নুংঙায়গদবা মফম খন্নি। অদুবু করিগুম্বা অকি-অখঙদগী মশা নাম্বোরুবগীদমক্তা মখোয়না অফংবা, অশোংবা নাপীমরক্তা লোৎনবা হোৎনৈ। পোৎথাবা মতমদা শঙ্গুরক্তা য়াওদবা শা ওইরবসু য়েংবদা উনবা মফমদা লৈবা শা মখৈদি পুম্না মফম অমদা কুনমিন্নে। পোৎথাবা মতমদা অমোম্না নহাওইরিবা শাশিং তাম্বোকপা, লাবনা অশোনবশিং তাম্বোক্তুনা মখোয়না অপাম্বা অমসুং নুংঙাইগদবা মফম খনবগী থৌদোক তোইনা থোকই(লোবনা অমোম তাম্বোকপা অদুগা অমোম্না খোমজিংলিবা মচা তাম্বোকপদি উদে)। নুমিদাংবাইদা পোথারুবদগী শজিক চাবা চৎথোকলমদাইদা খোমজিংলিবী মমানা অয়াম্বা মতমদা মচাবু খোম পীথক্লগা অশোংবা নারক্তা লোৎলম্মী। লৈফম হোৎবগী মওংদা মফমদু থাদোক্তুনা চৎপা মতমদদি মচা পুই। মসিগা মরি লৈনবা থৌদোক অমা ঃ

> "তাং ১৪-৩-৮৪ নি। শঙাই অমোম অমনা নৌরিবা মচা অমগা লোইননা মখারোমদগী লাকই অমসুং চীংমৈদগী তোয়া তাবগী ফাৎলিবা হীরমদু লান্নবা হোৎনৈ। মপীদু হীরম বাংমা লান্না চোংখ্রে, মচাদুদি চোংবা ঙমখ্রে, চোংনবা হোৎনবদা ঈশিংদা তাশিন্ন্রে। মতুংদা য়াম্না বানা হোৎনেদুনা অতোম্না খোংবাল য়ৌদুনা লাম্বোক্রে। মতমসিদা মমানা মচা লাম্বোরকপা ঙায়দুনা লৈ। মতুংদা মমানা মাং চিংলগা মখোয় অনীমক অশোংবা নাপী মরক্তা চংখি অমসুং অদুমক মশক উখিদ্রে (পোৎথাখিমানে খন্নি) "[১৩]

---

[১৩] অইবগী Ph.d. Thesis

টেবল - ২ শন্তাইগী মীপায় খোঙজেল-লমজেল (১৪)

| তারিখ | শা-মশিং অমসুং লাবায়অমোম | ১ বা তাঙ্কক (মিটর) | ২ শুবা তাঙ্কক (মিটর) | ৩শুবা তাঙ্কক (মিটর) | ৪ শুবা তাঙ্কক (মিটর) |
|---|---|---|---|---|---|
| ২৭-২-৮৪ | লাবা ২ + অমোম ৫ | ৮০-১০০ | ৬০ | - | - |
| ২৮-২-৮৪ | লাবা ৩ | ৮০-১০০ | ৮০-১০০ | - | - |
| ১৩-৩-৮৪ | অমোম ৩ | ১৫০ | - | - | - |
| ২৫-৩-৮৪ | অমোম৩ | ৫০ | - | - | - |
| ১৫-৩-৮৫ | লাবা ৩ + অমোম ৩ | ১৫০ | ৮০-১০০* | ৮০ | ৫০-৮০ |
| ১৫-৩-৮৫ | লাবা ৩ | ১০০ | ১০০ | ১০০ | - |
| ১৫-৩-৮৫ | লাবা ২ | ৫০-৮০ | ৫০ | - | - |
| ১৭-৩-৮৫ | অমোম ৪ | ২০০ | - | - | - |
| ১৭-৩-৮৫ | লাবা ১ | ২০০ | - | - | - |
| ১৭-৩-৮৫ | অমোম ২ | ১৫০ | - | - | - |
| ২৩-৮-৮৫ | লাবা ২ | ১০০ | ৪০-১০০ | ৫০ | - |

(১৪) অইবগী Ph. D. Thesis

* লাবা অমসুং অমোমগী শঙ্গু অনি থোক্রে। মখাতাবা record সি অমোমগী শঙ্গু অদুনি।

করিগুম্বা খুদোংথিবা য়াবা থৌদোক নত্রগা অকি-অখঙ মতমদা শঙাইনা শন্নু থাদেক্লগা মগা হিন্নবা ঙমৈ। অসুম্বা মগা হিন্নবগী পাংথকনা চেনবা অসিবু 'মীপাম খোঙজেল নমজেল (Fright -Flight Run) কৌই। মতমসিদা শঙাই অমোম্বা মচা যেপোক্লুনা চেনথকসু খুদোংথিনিঙাই লৈত্রবা মতমদা মচা থীবা হায়রগী মকমদা অমুক হন্নকই। অসিগুম্বা মীপাম খোঙজেল-নমজেলদা শা অমনা কয়া লাম্বা চেনবগে (Fright -Flight Run) অমসুং মরক্তা হৌজ-তাকক কয়ারক লেম্নগে হায়রবসি লাবা অমসুং অমোম অনিদা থেঙৈ। মসি মখোয়না কিবগী চাং অমসুং লোংকম-থুপকম ওইগদবা নায়ক-মোংশোং লৈবগীসু মতুং ইন্নি। মীপাম খোংজেল-নমজেল চেন্নিঙৈদা শঙাইনা মরক-মরক্তা লেপত্লুনা তুং হন্না ঙহাক্তং য়েংলগা লৈ (মসিদগী 'শঙাই' হায়রবা মীংশি থোনখিবনি হায়)। শঙাইনা খোঙজেলশিগী অহানবা তাকতা থন্না শাংনা, অনিগুবদনা থন্না তেনশিন্না, অসুম্বা মথং-মথং তেনশিনলক্লুনা অত্রোইবদা লোংকম-থুপকম নাপীমরক্তা চংখি (টেবল - ২গুবা)। মখোয়না কিবগী চাং অদুক হান্না কত্রবদি অহানবা তাককী খোংজেলদা লোইশিনবসু য়াওই অদুগা য়াম্না কিন্নবা মরম অমগী খোংজেলদি কিলোমিটর অমমথায় কাওবা মরক্তা সুংলেপ লেপ্লুনা চেনবসু য়াওই। মীপাম-নমজেল চেন্নিঙৈদা লাকনা অমোমদগী হেন্না মরক-মরক্তা লেপ্নী। অমোমশিংদি থন্না হেন্না পাংথকাওবনা মখা তাবা খোঙজেল চেহ্‌দনা নায়ক্তা লোকনবা হোথনৈ অদুগা লাকনা মরক-মরক্তা লেপ্লুনা থৌদোক্লুগী অশেংবা মরম থঙনবা হোথনৈ।

অকি-অখঙ লৈত্রবদি শঙাইনা নুমিদাংবাই পুং ১৪৩০-১৫০০ ফাওবা লিপাংশিনা কৃপুনা লৈ অদুগা নুমিৎ লেমথক্লগা শজিক চাবা থোয়কই। শঙাইনা পুংকমসিদগী তনথকনা নত্রগা থেংথনা পোংথাবগী মতম লোইশিনবা হায়রবসি নুমিৎতুগী অইং-অশা, লোংজুনচিংবা কিঙমগী মতুং ইন্নি।

অমুক-নুংথিলগী পোথাকমশীদমক্তা শঙাইনা য়াম্না চেকশিন্না, খুদোংথিবা থোকলোইদবা অমসুং লৈবদা নুংঙাইনদবা মকম থন্নি। য়াম্নিমখে অশোঙবা মকম য়েংলগা পোংথানবা হোথনৈ। নুমিদাংগী তুম্ফমশীদমক্তদি মখোয়না লৈবরা মকমদা হেক্তা কুপ্পে, অশোংবা নাপীগী মরম দয়কায় লৈতবগুম তৌই। তৌবতবু কুনবা মতমদা মখোয়না নুংশিংথকি মায়য়োক্‌দি য়েংই, নুংশিং-শিংলকপা মাইকৈদা মাই ওনশিন্নি।

### মমানা মচা নুংশিবা

শঙাইনা মচানিংবগী চাওয়াকপা বায়ম মথক্তা পনয়ে। কৈনুল নতবা নাপী মরাং কায়দবা ইত্রোইশেবা শাত্রোকপাংদা কাওবা কনাগুম্বা অমনা পোকপগা তায়রিবা শঙাই মচা উবা অয়াইবা নত্তে। মরমদি শঙাইনা মচাবু য়াম্না চেকশিন্না অমসুং লুনা নাপীমরক্তা লোংপা ওবগী শক্তি লৈ। মমানা লোংত্লুনা থম্নিবা মচাগী মনাক্তা মরক-মরক্তা লাক্লুনা মখোম পীথকই। থোম পীথক্লিঙৈ নত্রগা উরুমদা পোংথারিঙৈদা মমানা মচাবু লেকপী। মপীনা মচা লেকপসি য়াম্না পীক্লিঙৈদনা হেন্নি, চহি হেন্নবা মচাদদি লেকপগী চাং হন্নকই

অদুগা মমা অমনা অতোপ্পগী মচাবুদি খক নুংশিনা লেক্লে। চহিগী খতু খোঙকাপ লাকপবা অমোম অমনা মচা অঙাং অহল থিদনা অতৈ শাশিং অমসুং লাবা ফাওবদা লেপ্পুনা ইরাং তৌবা হৌই। অদুবু অয়াম্বা মতমদা চাবোকপগী ইরাংদি লাবনা হান্না অমোমদা হৌই। চাবোকথাদা অমোম থিবা কোয়না চৎলিবা লাবনা থেংনবা অমোম খুদিংমক মনম নম্মী অদুগা লেকই (মরুওইনা ঈশিংখোংদা লেকই)। মপীনা মচাবু লেকপসি নুমিদাংবাইদনা অতৈ মতমদগী হেল্লি।

## ই-পাও ফাওনবা

শঙাইনা খুদোংথিবা কয়াদগী মশা ঙাকথোক্নবা মখোয় মশেল পাও ফাওনবগীদমক্তা খোঞ্জেন তাবা, মনম লৌবা অমসুং উবগী থবক তৌরিবা কয়াৎশিংগী মথৌ চাং হায়ফেৎ মানন্না তৌমিন্নে। করিগুম্বা খুদোংথিবা য়াবা অমগী ইংগিৎ হেক ফংবগা শঙাইনা শজিক চাবা লেপতুনা, মঙক বাংনা থাঙ্গৎলগা মনা অনিনা মাংলোমদা থুপলগা, ইংগিৎ লাকথিবা মাইকৈদা মুন্না য়েংদুনা লৈ। অসিগুম্বা মতমদা মঙক ফরা-ফরা হাই অদুগা মমৈসু তোয়না-তোয়না থাঙ্গৎতুনা ঈশিং (য়ুং) পিৎ-পিৎ চিৎলি। মসি শঙাইনা য়াম্না মিথশিং-নাশিংনা লৈ-হায়বা তাকপা শক্তম্নি (Alert posture)। ফিরেপশিদা লৈবা শঙাইনা (মরু ওইনা শঙাই লাবানা) মরক-মরক্তা মখোঙ খুমাং বাংনা থাঙ্গৎলগা খুজিল লোংখুন্না চপয়ুংনা 'তক' লাওনা লৈপাক্তা থাদদুনা অতৈ শাশিংদা ই-পাও তাকই। অসুন্না মীপায়রবা শা অমনা 'cri-a-k' হায়বা খোম্নোক্তা তেন্না খোংলম্মী অদুগা 'মীপায়-খোঙজেল-লমজেল' চেনবা হৌরকই। শঙাইনা য়াম্না কিনা চেনবা মতমদা 'ye-k, ye-k' হায়বগুম্বা খোঞ্জেলসি তোয়না তায়। মসি নত্তবা শঙাই লাবানা চাবোক থাদা 'cri-e-ye- a-k' হায়বা খোম্নোক্তা শাংনা-শাংনা চিংলগা খোংই। মসিবু শঙাইগী rutting call কোই। চাবোকথা নত্তবা অতৈ মতমদা শঙাইনা (মরুওইনা নুমিদাংদা) rutting call গী খোম্নোকগী খরা তেনশিন্না অমসুং থুজিন্না খোংবা য়াওই। মসি খংহৌদনা নোংজু-নুংশা অমসুং অইং-অশাগী ফিভমদা হোংগদৌরে তাকপা খোম্নোক্লি। মসিগী খুদম অমদি তাং ৬-৮-৮৪ গী নুমিদাংদা খোম্নোকসি তারবা মতুং ইকুই কুইদনা অকনবা নুংলৈ-নুংশিৎ থোকখি। অদুবু খোঞ্জেলসি শঙাই লাবা নত্রগা অমোম্না খোংব্রা হায়বদি অশেংনা খঙদ্রি [১৫]।

শঙাইনা খোঞ্জেল তাবগী শক্তি য়াম্না কল্লি। মখোয়না মিটর ৩৫০-৪০০ থাম্না মফমদা ঙাফাবশিংনা লাংবা মিটর ২০ মুক লাম্না মফমদগী ফোটো cemera গী মখোল তাবা ঙম্মী। শঙাইনা খুৎশেমগী অমসুং মহৌশাগী খোঞ্জেল অনিগী খেন্নবা লায়না খঙই। নুংশিৎকী অকনবা খোঞ্জেল, উচেক শঙ্গুনা অমুক্তদা পায়খৎপগী অহৌবা মখোন, তিন-কাং, হঙোইনা খোংবগী খোঞ্জেন তারগা করিসু নাচুংদনা লৈ অদুগা অরাম্না মফমদা মীনা চৎপগী খোংথাং মখোল অমসুং লোকখুবগী খোঞ্জেল তাবদি মঙক থাঙ্গৎতুনা

[১৫] অইবগী Ph.d. Thesis

Alert posture দা লেপতুনা লৈ।

শঙাইনা খোঞ্জেন তাবগী শক্তি কনবগুম মনম লৌবগী শক্তিসু কল্লি। মপুংফাবা লাবাশিংনা য়াম্না তোয়না নাপী নত্রগা লৈপাক্তা মনম শুৎ-শুৎ নম্মী। নাপীদা নত্রগা লৈপাক্তা পকহৌবা অতোপ্পা শঙাই অমগী ঈশিং (য়ুং) মনম নম্লগা শাদুগী মশক (চাবোকপগী ইরাং লৈরবা অমোম নত্রগা অতে মখল) খঙবা ঙম্মী। শঙাইনা হিদাকমনা মৈচাকপগী মনম লায়না খঙবগুম তৌই। মসিগা মরি লৈনবা থৌদোক অমদা ঃ

> "তাং ১৫-৩-৮৫ দা থাংব্রেন-য়াংবীগী অশোংবা নারক অমদগী শঙাই লাবা অমা ফোটো নমনবা ঐখোয় অনি চোরফোন মচুগী কোট অমা কুপশিন্দুনা শক লোৎলগা লৈ। শঙাই লাবাদু শজিক চানা-চানা করিগু নাচুংদনা ঐখোয় তম্না চংশিনলকই। ঐখোয় লৈবদু মহাক্না তশেংনা উদে হায়বা খঙই। মতমদুদা ঐগী লোইনবদু চুরুট থকই। চুরুট থকপগী মঙাল শঙাইনা উথিনি হায়দুনা মৈ মুথৎলে, অদুবু মনমদি লৈহৌই। শঙাইনা মিটর ২০ মুক্তা লাপ্নরবা মতমদা ঐখোয় লৈবা মাইকৈদা মঙক থাঙ্গৎতুনা মনম শুৎ-শুৎ নম্বগী ফিভমদা ঙহাক লেপতুনা লৈ অমসুং cri-a-k হায়বা খোঞ্জেনগা লোয়ননা অদুমক চেনখ্রে।"

শঙাইনা অরাপ্পদা লৈবা পোৎ উই অদুবু মখোয়না লেংদনা লৈবা পোৎশিংগী মচু খন্দোকপগী শক্তিদি বাৎলি। ঙা ফাবশিংনা পৈখৎলম্বা ফুমদি মপৈ অমসুং শক লোৎতুনা লৈবা মীগী মুর্ত্তি খন্দোকপা ঙমদবগুম তৌই। অনকপা মফমদগী শঙাই ফোটো নম্বদা চোরফোন মচুগী ফী শিজিন্নবনা অতে মচুগী ফী শিজিন্নবদগী নুংঙাইবা হেল্লি।

শঙাইনা উবা, তাবা অমসুং মনম লৌবগী কয়াৎশিং মপুংফানা, মথৌ ফজনা তৌবা ঙম্লিবসি মানা লৈরিবা কৈবুল লমজাউদা মীওইবনা ঙহাক লৈতনা চংদুনা লাংবা অমসুং য়েখায়-থিনগায়বা পিবদগী মখোয়গী তঙতাদবা পুক্নি মরেলশিংগা মরি লৈনৈ। মহৌশানা অগুকপা জঙ্গলগী শাশিংনা মীৎনা উবদগীদি মনম অমসুং খোঞ্জেন তাবগী শক্তিনা হেল্লি। ঐখোয়গী শঙাইসু অরাপ্পা মফমদগী পাও লৌনবগীদমক্তদি মনম অমসুং খোঞ্জেল তাবগী কয়াৎনা হেন্না মরুওইবগুম তৌই। য়াম্না নকশিনলকলবতদা মীৎকী শক্তিনা খুদোংথিবদুগী মশক খঙবা ঙম্মী।

শঙাইনা নুংত্তিগী পাঙথোকপা মথৌ

নুমিৎ খুদিংগী শঙাইনা অয়ুক অঙম্বা নুমিৎ থোকত্রিঙেদগী শজিক চাবা হৌই অমসুং মখোয়গী লমচৎ-শাজৎকি শরুক ওইরিবা নুংতিগী তৌগদবা মথৌশিং মথং-মথং পাংথোকই। শঙাইনা নুংত্তিগী পাঙথোকপা মথৌশিংগী মনুংদা চিঞ্জাক থিবা (চাবা), পোৎথাবা, মতুলেকথোকপা অমসুং হাকজবা হোৎপা, কোইচৎ-চৎপা, শান্নবা, অশাও-শক্রোন উত্থুনা কিহনবা, খৎনবা, মীপায়-শক্রোন উৎপা অমসুং য়েকনবদগী মশা কন্থোকনবা হোৎনবশিং য়াওরি। চাবোকথাদা লাবা-অমোম লোইতান্নবা অমসুং মসিগা মরি লৈনবা

থবক পুন্নমক নুংত্তিগী তৌগদবা থবকনি। চহি লেংগা খুদিংমক্কী শন্ডাইনা থবকশিংশিবু চপ মান্নবা হৈনিংবা উত্তে, করিগুম্বা থবক অমবু অককনবা চহি মতাং অমগী শানা য়াম্না পামজবা নত্রগা তৌদবা য়াদবা মথৌ ওইরবসু অতোপ্পা চহি মতাং অমগী শাগিদি মথৌ তাদে। খুদম ওইনা, চেন-চোংনা শান্নবসি চহি ১দগী চহি খরা হেনবা ফাওবগী শন্ডাইনা পামজবা মথৌ ওই অমসুং নুংত্তিগী পাঙথোকই, অদুগা অহল ওইরশিংগীদি শান্নবগী অপাম্বা উত্তে। মতৌ অসুম্না শন্ডাই লাবা অমসুং অমোম্ন খেন্নবগী মতুংইন্না থবকশিংশি তৌবা মথৌ তাবা নত্রগা তাদবা য়াই। শন্ডাইগী নুংত্তিগী পাঙথোকপা থবকশিংগী মফম, মতম অমসুং মওং-মতৌগী চাওরাকপা খরদি ঃ

(১) চিঙ্গাক থিবা অমসুং চাবা (Trophic)ঃ নোংমগী মনুংদা শন্ডাইনা খ্বাইদগী পাম্না চিঙ্গাক থিবা অমসুং চাবগী মতম অনি লৈ । অমনা অয়ুক্তা, চাওরাক্লা অঙনবা অয়ুক্তগী পুং ০৭০০ তাবা অদুগা অমনা নুমিদাংবাইদা, চাওরাক্লা পুং ১৫০০ দীগ হৌরগা য়াচংবা পুং ১৮০০ ফাওবনি। মতম অনিসিদসু অয়ুক্কী পুংফমশিনা অমুক্তা হেন্না থবকসিদা মায়পুনৈ অদুগা নুংথিলগী পুংফমসিদি অতৈ থবকশিংগসু ওৎশিননৈ। মরমসিনা অয়ুক্তা অপুনবা শাগী ৭৫%-৮০% না শজিক চাবদা মাইওনশিনবা মতমদা নুংথিলগীদি ৫৪%-৬৪% তমক্তা ওই, অদুগা মসিগী মনুংদসু অমোম্না ৪৭%, লাবানা ৩০%, চহি অমদগী হেনবা মচানা ১৫% অদুগা চহি ফাগ্রিবা মচানা ৮% নি। অদুম ওইনমক, নুমিৎতুগী অইং-অশা, নোংজু অমসুং পার্ক মনুংদা মী চংবগী মতুংইন্না শন্ডাইনা শজিক চাবগী মফম-মতমনচিংবদা অহোংবা (অকায়বা) হেক-হেক পী।

(২) পোৎথাবা (Resting) ঃ অয়ুক্কী শজিক চাবা লোইরগা নুংথিলগী অশাবা মতম (চাওরাক্লা পুং ১০০০-১৫০০ ফাওবা) শন্ডাইনা অরাংবা নাপী মরুমদা কুন্দুনা লৈ। মতমসিদা কৈবুলদা লৈবা শাগী ৮৫%-১০০% ফাওবা পোৎথাদুনা লৈ।

(৩) মতু লেকপা অমসুং হাকজবা হোৎপা (Grooming and Scratching ) ঃ শন্ডাই মপীনা মচা লেকপা অমসুং লাবানা অমোম লেকপগী ব্বা মথক্তা পনখ্রে। শন্ডাইনা মশাগী মতু লেকপা অমসুং হাকজবা হোৎপদা মরৈ-ময়া, মচী অমসুং তুংথংবা খোঙ শিজিন্নৈ। নুংথিল পোৎথারুরগা নুমিদাংবাই শজিক চাবা হৌগৎলকপদা মখোঙ অমসুং য়াংলেন তিংথোক্লুনা তিংলি-য়াংলিবগী মওং উৎলি।

(৪) কোইচৎ-চৎপা (Moving) ঃ কৈবুল লাজাউদা শন্ডাইনা সেন্টর ওফ এক্তিভিটিগী মফমদগী থোয়না লাপ্পা চৎতে। লম্লক্তা লৈবা শাশিংনা নুংত্তিগী চৎথোক-চৎশিন তৌবগী মরুওইবা মরমশিংগী মনুংদা চিঙ্গাক অমসুং লোংফম-লৈফম থিবনা মরুনি। শন্ডাইগীদি মরুওইরিবা মরম খুদিংমক শুনা অমসুং মরাং কায়না লৈ, মরমসিনা মখোয়না লম থাপ্পা চৎথোক-চৎশিন তৌবগী মথৌ তাদে। চৎপা তারগনা য়েক্লবশিংদগী মশা নাম্বোক্লবা চেনবা অমসুং লাবানা অমোম য়ুম্বান্নবা থীবা মরমশিংদগিনি। মসিদি চাং নাইনা, নুংত্তিগী

পাঙথোকপা থবক নত্তে। থোইদোক্না অকি-অথঙ লৈতবা মহৌশাগী ফিভম কায়দবা নুমিৎতা শঙাইনা কিলোমিটর অমগী লম ফাওবা লাপনা চৎতে।

নোংমদা শঙাইনা য়াম্না তোয়না চৎথোক-চৎশিন তৌবসি অথেংবা অয়ুক অমসুং অঙনবা নুংথিলগী মতমদনা হেল্লি। মসিগী মরমদি অহানবগীসিনা অয়ুক শজিক চারুরগা নুংশা শাগৎলকপগী পোথাফম থিরকপা মরি লৈনৈ অদুগা অকোনবগীসিনা পোথারুবদগী অমুক শজিক চাফম থিরকপা অমসুং ফশাগী কান্নবা থিবা মীওইশিংনা নুংথিলগী পার্ক মনুংদা চংলকপগা মরি লৈনৈ। শঙাই লাবানা অমোমদগী হেন্না থাপ্না চথোক-চৎশিন তৌই। খুদম ওইনা মিটর ৫০০ দগী হেন্না লাপ্না চৎলিবা শাশিংগী মনুংদা লাবানা ৫৬%, অমোম্না ২০%, চহি হেল্লবা মচানা ১৩% অমসুং চহি ফাদ্রিবা মচানা ১১% ওই।

অতৈ শজিশিংনা তৌবগুম শঙাইগীদি চহিগী কুম হোংবগী মতৃংইন্না য়ুম হোংদে। চহিগী নোংজুথা হৌদ্রিঙৈদগী ঈনিলগুবা ফুমদি মথক্তা মখল কয়াগী হানৌ মরাং কায়না চোংই। মরমসিনা চাবোকথাদা লোইতান্নবা শঙাই লাবা-অমোম্না খরা পাক-শন্না চেনবা নত্তনা অতৈ শাশিংদি অয়াম্বা মতমদা মফম ইরেং লেংদনা শজিক চাদুনা লৈ। চহি চুপ্পা পার্ককী মফম পুন্নমক্তা শজিক অমসুং ঈশিং চাং মানন্না ফংবা অমসুং মীওইবগী শউম তাবনা শঙাইনা য়ুম হোংবগী মথৌ তাদবনি।

(৫) শান্নবা অমসুং বাইনবা (Playing and Fighing) ঃ পাঙ্গল ফরবা অমসুং অকনবা মচী পানবা শঙাই লাবাশিংগী মরক্তা করিগুম্বা মরমদগী মরুওইনা অমোম হাকন্নবদগী কম্না বাইনৈ। অসুন্না বাইনবসি কুইদে, মিনিট ১-২ তনি, অদুবু অঙম্বদি খঙনৈ। অঙম্বনা মায়থীরবা অমবু কম্না তাপ্নে অমসুং ফংলবদি মচীনা লেংদুনা হাৎপা ফাওবা য়াওই। মায়পাক্লবা লাবা অমনা মঙক বাংনো থাঙ্গৎতুনা গুহাক লেপ্পী অমসুং লৈপাক্তা ময়ুং হানজিন্নগা মখোঙনা খোৎলি।

শঙাই মচা অমসুং অমোমশিংসু মরক-মরক্তা বাইনৈ। অদুবু মখোয়গী বাইনবদি অঙম তান্নদে। মিনিট ১-২ বাইনরগা অমুক হন্দোক্লদুনা শজিক চামিন্নে। মরমসিনা অসিগুম্বা বাইনবদি শান্নবগী মওংনি। অদুগা থাঙ্গৈশেংনা শান্নবদি শঙাই মচা চহি ১-২ ফাওবগী মরক্তা তোয়না থোকই। মখোয়না পৈশিন্দুনা লৈবা ফুমদি মপৈ, নাপী অমসুং হাবুং মোং-শোংনচিংবগী অকোয়বদা কোয়লৈ-লৈনা চেল্লি, তাপ্নে অসুন্না নুংশিৎতা মখোং ফ্রং-ফ্রং কাওই। করিগুম্বা মতমগা শঙাই মচা অমনা হাবুং মরুমদা পাকথদুনা লৈ, 'কেকু-লোৎপি' শান্নবগী মওং মাল্লি। অসুন্না শান্নবদা লাবা -অমোম অনিমক পুন্না শরুক য়ামিন্নবা য়াই, করিগুম্বা মতমদা লাবা ভাক্তা নত্রগা অমোম ভাক্তা শান্নবসু য়াওই। অহল ওইরবা শাশিংগী মরক্তা অসুন্না শান্নবসি উদে। শান্নবদা শরুক য়ারিবা শাশিংগী মনুংদা ৫৪% দি চহী অমা মখায়-অনি গুবা, ৪১% না চহী অমগী লেঙ্গা অমসুং ৫% না অহল ওইরবা শানি।

পাঙ্গল কনবা লাবশিংগী মরক্তা অহৌবদা শান্নবগী মওংদা বাইনরবসু অকোনবদা

শাওনরক্তুনা অঙম তান্নরকপা য়াওই। করিগুম্বা মতমদা অকনবা লাবানা অশাও-শকলোন উৎতুনা, ফি-ফি কামলগা মুক্তনা লৈ (display)। শঙাইনা অশাও শক্তমসি মওং কয়া থোকনা উৎপা উই। করিগুম্বা মতমদা মকোক খংনা থাঙৎলগা য়ারী হীগৎতুনা ময়া উথলি (head up dispay), করিগুম্বা মতমদনা মস্তক নোম্বরগা মকোক্না নাকল অমরোমদা পৈথোক্তুনা মচী মতোলনা মাং ওন্দুনা ফি-ফি কামলগা শিংনবগী মওংদা লৈ। ফিভমসিদা লম্বা ওইরিবা শাদুনা কিদ্রবদি মহাকসু মসিগা মান্নবা শকম উথলি অমসুং মতুংদা মখোয় অনি হোৎচিন্নদুনা খাইনৈ। অসুম্না খাইনবসি য়াম্না কল্লি, অঙম্বা খঙদ্রিমখৈ তোকনদে। মথক্কী শক্তমসি উৎতুনা শিংনবদা মতিক চাবা লাম্বা ফংদ্রবা লাবানা নাপী, মোংশোং, ফুমদি মপৈনচিংবদা য়াম্না কম্না হায়দথলি অমসুং মসিগা লোয়ননা ময়ুং হানজিল্লগা মখোঙনা লৈপাক্তা খোথলি। অসুম্না নাপী হায়দংপা অমসুং ময়ুং হানজিন্দুনা লৈপাক খোংপশি মখোয়না কোম্লিবা লমগী গুমখৈ খঙনবা খুদম থম্বা নত্রবসু মকমদুদা অকনবা লাবা অমা লৈ হায়বা খঙনবা খুদন্নি।

(৬) মীপায় শকলোন উৎপা (Anti-Poaching) ঃ কৈবুল লমজাউদা শঙাইগী য়েক্লবা শহিংচাবা অচৌবা শা লৈতে। অদুবু শঙাইদি মতম চুপ্পা জ্ঞান ইতা-তাদনা, তথক-তথক মীথয়েংদা য়েংদুনা লৈ। মসি মীওইবনা মতম চুপ্পদা পার্ক মনুং চংদুনা শঙাইবু তাথি-তাওইনা তৌবা অমসুং মখোয়গী ecology থুগায়বগা মরি লৈনৈ। মসিগী প্রমাণ্দি নোংমগী মনুংদা শঙাইনা মীপায় শকলোন উৎপসি অয়ুক্কী পুং ০৬০০-০৮০০ ফাওবা অদুগা নুংথিলগী পুং ১৫০০-১৬০০ ফাওবদনা চাং য়াম্না খাংই। হায়রিবা মতমসি পার্ক মনুংদা মী লৈবগী চাং খ্বাইদগী হেল্লি। মরমসিনা অয়ুক্তা অপুনবা শাগী ১৫%-১৮% ফাওবা অদুগা নুমিদাংবাইদা ২৫% ফাওবদি শকলোনসি উথলি। শকলোনসি উৎপা শাশিংগী মনুংদা ৫৮% অমোম্নি ২৫% লাবানি অদুগা ১৭% না অতৈ মখলগী নহা ওইরিবা শাশিংনি। মসিনা তাকপদি শঙাই অমোম্না লাবাদগী হেন্না মীপায় চাওই অদুগা নহা ওইরিবশিংদি মখোয়গী শান্নবা পাম্বগী হৈনবী লীচৎনা মরম ওইদুনা অসিগুম্বা লিচৎসি কাওথোকপগুম তৌই।

---

## ৪ শুবা পন্দুপ

# শঙাই চাবোক অমসুং মশীং

শঙাইনা চহি অমদা মচা অমুক্তগী হেন্না পোক্তে। মপুং ফারবী শঙাই অমোম্না মচি ওইবা চিঞ্জাক মরাং কায়না ফংলবা, মফম চাবা অমসুং য়েথায়-থিনগায় লৈতবা চাবোকফম লৈরবা অমসুং অতে পা-পী তিন্নবগী নিতি-নিয়ম কায়ত্রবদি চহি খুদিংগী মচা অমমম পোকপা ঙম্মী। শোক ১৯৫৪ দগী কৈবুল লমজাউবু শঙাইগীদমক্তা কন্দুনা মফমসিদা কনা অমতা চংবা অমসুং শঙাই হাৎপা য়ারোই হায়বা অকনবা Wildlife Profection গী নিয়ম চৎহনস্রে। অদবু হৌখিবা চহি ৪০ মুক্কী মনুংদা চহি খুদিংগী মচা পোকপা ঙম্বা শঙাইনা হেনগৎলিবা মশীংসি পুক্লিং থৌগৎনিঙায় ওইরিব্রা? ইংশোক ১৯৫১ দা E.P. Gee না মাঙখিরমগদবা শঙাইবু অমুক হন্না থিজিনবদা কৈবুল লমজাউদা শঙাই মশীং ১০০ রোম লৈ হায়খি। মহাক্না পীরিবা মশীংসি য়াম্না বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা থিরগা পীবা মশীং নত্তে। মরমদুনা মতমদুদা শঙাই মশীং ১০০ ফানা লৈরমদবসু য়াই। অদুবু মপুং-মরে ফারবা শঙাই জুরা অমখক্তা লৈরম্লবসু অমোম অমনা চহি খুদিংগী মচা পোকপা হৌরবদি হৌজিক কৈবুলদা লৈবা য়াবা শঙাই মশীংসি অচম্বা অকগী নিয়ম্না পাবদা মশীং ১০০ দগী য়াম্না হেন্না হেনগৎকনি। হায়রিবা মতসিংগী মনুংদা কনবা ঙমদবা লায়না-লায়চং থোক্তুনা শঙাই পাক-শন্না শিখিবগী মরমসু লৈতে। অদু ওইরবদি অশোংনা কৈবুলদা লৈরিবা শঙাই মশীং, হেনগৎলিব্রা? লমলক্তা মনিং-মখা তম্না লৈবা শা কাংলুপকি মশীং ১০০ ফাদবা অমনা পৃথিবীদা করম্না হিংবা ঙম্বা কাংলুপ ওইগনি? শঙাইশি কৈবুলদা মমি-শামলবা (dying population) ওইখ্রিব্রা? শঙাইনা মচা পোকপগী মওং অমসুং চহি ৪০ মুক্কী মনুংদা মসিগী হেনগৎলিবা মশীং নৈনরগা মসিগী পাওখুম ফংব্রা য়েংশি।

### শঙাই পা-পী তিন্নবগী শাজং

চহিগী চাবোকথা (Feb-March) য়েৌরকপদা মরেং তারবা অমসুং অকনবা মচী পানবা শঙাই লাবানা পার্ককী মফম কয়াদা অমোম থীবা কোইনা চৎতুনা লৈ। মতমসিদা মখোয়না কনাবুসু কিরুদে, লম্বীদা লৈরম্বা হাবুং অমসুং ঙা ফাবশিংনা পৈখৎলম্বা ফুমদি মগে মচীনা হায়গায় (রাইখায়), মখোঙনা লৈপাক্তা খোৎলি অমসুং লম্বীদা অহানবা থেনেবা অমোমগী ঈশিংথোংদা মনম নম্মী (মরৈনা লেকপসু য়াওই) অদুগা মচীল ঝাংনা থাংগৎতুনা য়ারী হিগৎলকই। অসিগুম্বা শক্রোনসি শঙাই অমোমদি থক উৎতে।

চাবোকপা য়াবগী ফিভম গুরে খঙলবা অমোমগী মনাক্তা লাবানা চঙশিল্লি। লাবগী চহি মতাং অমসুং পাঙ্গলগী মতুংইন্না শঙাইনা অমোমগী মনাক্তা চংশিন্নবগী মওং তোঙাল্লি। খ্বাইদগী কনবা (শনলুপ পুবা) লাবাদি অমোমগী মনাক্তা য়াম্না তপ্না অমসুং চীং-লেন্না চংশিল্লি অদুগা অশোনবা লাবাশিংনা 'ফংলিঙেদা অমুক্তা খুদোংচাবা লৌগে' হায়বগী মতাওম য়াম্না ফিংনা অমসুং থুনা চেনশিল্লি। শনলুপ পুবা লাবানা মহাক্কী অশাওবা শক্লোন উংতুনা মুক্কুনা লৈ। ফিভমসিদা চংলকলিবা লাবাদুনা হন্দোকখিদ্রবদি মহাক্কী অকনবা মচীনা বাইনবা হোৎনৈ। অসুম্না অমোম হাকন্নবদা লাবাশিংগী মরক্তা অকনবনা অশোনববু লাহংপসি অতে শাশিংগী মরক্তসু লৈ [১]।

চাবোকথাদা, মশাগী ঋতু খোঙকাপ লৈরবা অমোম থেংনরবদি লাবানা মদুগী মনাক্তা হকতিন্নবা ফংদ্রিবা ফাওবা লৈ অদুগা পা-পী তিন্নবগী থবক হেক লোইবগা লাবানা অমোমদু থাদোক্কুনা অতোপ্পা অমোম অমমুক থিবা অতে শঙ্গুদা চৎথি। অসিগুম্বা পা-পী তিন্নরমদাইদা অমোম্না কয়া পামদ্রবদি কোয়চেন চেল্লি অমসুং লাবানা মদু থিংনবা হোৎনৈ। করিগুম্বা মতমদা অমোম অমগী মতুংদা লাবা কয়া কোয়ইন ইন্দুনা লোইতাম্লে। লোইতান্নবা মতমদা শল্লুপ পুবা লাবনা অশোনবশিং তাম্থোক্নবা হোৎনবদা শোইখিদনা মচীনা লেংদুনা শিবা য়াওই।

### চাবোক থা

থাংব্রেন-য়াংবীগী অকোয়বদা লৈবা লম-ময়াইদাক, হাওরৌকুমলক অমসুং উচেকলোনগী লমদমসি শঙাইগী চাবোকফম ওইবদা খ্বাইদগী খুদোংচাই হায়বা মথক্তসু পনগ্রে। শঙাই লাবাগী চহিগী মচী য়াওলগা (antler-cycle) অমোমগী ঋতু খোঙকাপ লাক্কুনা চাবোকথা ওইরকপগা মতম চপ চানহন্দুনা প্রকৃতিনা চীং-লেম্নবা শা অসিবু মনিপুর তম্পাক্তগী মাঙখিদনবা শিনবিরম্লে। অদুবু ঐখোয়গী চেকশিনবা অমসুং মীনুংশি বাৎপদগী শা অসিগী ফিভম নোংম-নোংমগী শোকচিনলক্লি।

শঙাইগী চাবোক থা খঙনবগীদমক্তা লাবাগী মচীদগী 'রেসোমগী কুয়োম' কেনখিবগী মতম খঙবা দরকার ওই। মহৌশানা রেসোমগী কুয়োম কেনখিবা মতুং নুমিৎ ৩০-৪৫ ফাওবগী মনুংদা মচীনা মপুং ফানা কনশিনবা ঙম্মী অমসুং মসিগা লোইননা চাবোকথাসু হৌই। শঙাই অমোম্না ঋতু খোঙকাপ লাকপগী ইরাংশি জনুয়ারী থা

---

[১] "This natural rank order or dominance hierarchy seems to be an important factor in deciding the repridictive success of the male and hence act as a biological regulator in the population."

P.C. Tak and B.S. Lamba, 1984: Records of the Zoological Survey of India. Page 77.

লোইরকপদগী হৌই অদুগা এপ্রিলগী অহৌবা শরক ফাওবা উই। অদুগা লাবা-অমোম লোইনদুনা পুন্না লৈমিন্নবা (mixed herd শেম্বা) অমসুং লোইতান্নবদি ফেব্রুয়ারী-মার্চ থাদা অয়াম্বা ওইনা উই। মরমসিনা জনুয়ারী অমসুং এপ্রিলগী নুমিৎ খর খর য়াওরগা শঙাইগী চাবোক থাশি পুন্না থা অহমগী মতমনি হায়না লৌবা য়াই [২]। চাবোকথা মতম তেন্নবসু কৈবুল লমজাউদা শঙাই পা-পী তিন্নবদি কজনা মায় পাকই অমসুং চহি খুদিংগী চাবোকপা য়ারবী অমোম খুদিংমক লাবাশিংগা তিন্নবগী খুদোংচাবা ফংই। মসিগী মরমদি :

(১) কৈবুল লমজাউদা লৈবা শঙাই মশীং য়ামদে। মফমসিদা শাশিগী চাবোকফম ওইবদা খুদোংচাবা লৈতাবা লমসু অদুক হাক্লা পাক্তে। মরমসিনা চাবোকপগী মতম থা অহমগী মনুংদা মসিগী লাবা অমসুং অমোম খুদিংমক উনবা য়াবগী ওইথোকপা লৈ।

(২) কৈবুলদা শঙাইগী লাবা অমসুং অমোমগী মশীং ratio চাওরাক্লা ১:১ গী ফিভমদা লৈ নত্রগা অমোমগী মশীংনা লাবগীদগী হেল্লি [৩]।

মফম অমদা তোখায় তানা লৈরিবা শঙাই মশীংনা য়াম্না য়ামদ্রবা লাবাগী মশীংগা অমোমগী মশীংগা হায়কেৎ মান্নরবা population অমগী চাবোকথা মতম তেনবদা থোইনা ওক্লিংঙাই লৈতে। করিগুম্বা শা থারা অমবু তোঙান-তোঙানবা মফমদা লমলক্কী শা ওইনা থাদোক্লুনা থম্নবদি, লৈফম পাক-চাওবা মফমদা মশীং হেন্না লৈবা কাংবুনা চাবোকথা মতম শাংদোকপা য়াই। হৌজিক থা অহমলোতমক [৪] চাবোকথা ওইরিবা Barasingha হায়বা শজি মথলশিনা Central India গী মফমশিংদা মরাং কায়রিঙেদা চাবোকথাগী মতমসু শাংলম্মী [৫]। শঙাইগী চাবোকথা ওইরিবা জনুয়ারী-মার্চ ফাওবসি নুংথিলগী পুং ১৮০০ দা নুমিৎ তাদুনা মমলে, অদুগা শঙাইগী পা-পী তিন্নবগী শাজৎ লিচৎতি নুমিদাং বাই পুং ১৭০০-১৮০০ ফাওবদা খ্বাইদগী তোয়না উই (অপুনবা শাশিংগী ১৭% দি ফিভমসিদা উই)। মরমসিনা শাশিগী পাপী তিন্নবগী থবকসি মথাতানা য়াচংবা মতুংফাওবা চৎথরম্বা য়াই।

---

[২] Corbett National Park তা Axis deer গী চাবোকথা জুনদগী ওক্তোবর থা ফাওবনি : P.C. Tak and B.S. lamba (1984) Records of the Zoological Survey of Imdia, page 75.

Kanha National Park তা Barasingha গী চাবোকথা ডিসেম্বর থাখায়দগী মার্চ ফাওবনি : C. Martin (1975) JBNHS, 74, Page 100.

[৩] ইংলোক ১৯৮৩, ৮৪, অমসুং ৮৫ দা কৈবুলদা লৈবা শঙাই লাবা ১০০ খুদিংগী অমোমগী মশীং মথংশিন্না ৭৫, ৭৯.২ অমসুং ৮১.৪ ওই। অইবগী Ph.D. Thesis

[৪] C.Martin (1975) : JBNHS, 74.

[৫] J. Forsyth (1889) : The Highlands of Central India, London.

## নাওপুবা অমসুং চাবোক শক্তি

লম্নক্তা লৈবা শা অমগী নাওপুবা মতম হাকথেংনবা খুৎথেক্লুনা পাবা ওইথোক্তে (মরমদি অমোমদুনা গর্ভ পুবা হৌখিবা মতম তশেংনা খঙদে)। মরমসিনা শঙাইগী নাওপুবগী মতমসু হাকথেংনবা নুমিৎ পাবগা হায়বদি গুমদে অদুগা খরা নাকোয়নবা পারগা নুমিৎ মশীং হায়বদি গুম্মী। মথক্তসু পনম্রে, শঙাই লোইতান্নবা অমসুং পা-পী তিন্নবগ থবকসি ফেব্রুয়ারী থাথায়দগী মার্চ থাথায় ফাওবনা খ্বাইদগী তোয়না উই। শায়োকপং অমসুং কৈবুল অনিমক্তা ওক্তোবর-নভেম্বর থাদা শঙাই অয়াম্বা মচা পোকই। লোইতান্নবগী চাং খ্বাইদগী বাংবা মতমদগী মচা পোকপগী চাং খ্বায়দগী বাংলিবা দাগ অনিগী মরক্তী নুমিৎ মশীংবু নাওপুবা (gestation) মতম হায়না লৌবা য়াই। শঙাইগীদি হায়রিবা মতমসি নুমিৎ ২৪৫-২৭৩ [৬] ফাওবা শাংই (E.P.Gee না শঙাই নাওপুবা মতম নুমিৎ ২৩৯-২৫৬ ফাওবনি হায়রম্মী)। ইরোইসেম্বদা শঙাইনা ডিসেম্বর ফাওবদা মচা পোকপা য়াওই। মসিনা শাশ্বিবু ফাজিন্দুনা খুৎশেমগী চিঙ্গাক পীজবনা নাওপুবগী মতম নুমিৎ ৩০০ ফাওবা শাংদোকই তাকই।

লম্নক্তা শঙাই অমোম অমনা চহি কয়া গুরকপদগী মচা পোকপা হৌবগে হায়বা তশেংনা খঙব্রি। শজি অরাংবা (Axis deer) অমোমদি য়াম্না অঙাং ওইনা থা ৩-৪ খক্তা ঙায়রিঙৈদা মচা পোকপা গুম্মী [৭]। শঙাইসু শজি অরংবগুম্না য়াম্না গুয়া মচা পোকপা গুমব্রা হায়বদি অশেংনা খঙব্রি। ইরোইশেম্বদা ফাজিন্দুনা থম্লিবা শঙাই অমোম মচানা খ্বাইদগী গুম্না মচা পোকখিবসি নুমিৎ ১৪৫৩ (চাওরাক্লা চহি ৪ গুরকপা মতম)দনি [৮]। কৈবুল অমসুং ইরোইশেম্বগী মরক্তা লৈরিবা খেন্নবশিংশিনা, শঙাইগী নাওপুবগী মতমসু খেন্নবা তাবনি। মরমসিনা কৈবুলদা শঙাই অমোম মচানা চহি ৪ গুম্রিঙৈদগী মচা পোকপা হৌরে খনবদা থোইনা লাম্লোই।

শঙাইদি চহি অমদা মচা অমুক্তা পোকই অদুগা মপুং ফারবী অমোম অমনা চহি খুদিংগী মচা পোকপসু গুম্মী। টেবল ৬ গুবদা ইরোইশেম্বদা শঙাই মচা পোকপগী মতম উৎলিবসিদগী খঙই মদুদি শঙাই মপী অমগী থংনবা চাগোক অনিশি নুমিৎ ৩১৭-৪০৫ খরে। মসিদগী নাওপুবগী মতম (নুমিৎ ২৪৫-২৭৩) থাইদোক্লবদি নুমিৎ ৪৪-১৩২ ফাওবগী

---

[৬] Barasingha, শঙাইগা য়াম্না মান্নবা শজি মখল অমনি। মসিগী নাওপুবা মতম নুমিৎ ২৪০-২৫০ ওই।

**S. Asdell (1964): Patterns of Mammalian Reproduction অমসুং J.Kenneth(1953): Gestation periods.Tech. Comm. No. 5, Commonwelth Bureau of Animal Breeding and Genetics.**

[৭] **W.Graf and L. Nichols Jr. (1966) : JBNHS.63 (3).**

[৮] **Iroisemba Zoo Records.**

মচা খোম থক্লবগী মতম লৈ। মসিনা তাকপদি শঙাই অমোম্না মচা খোমজিংলিঙেদা থা অমমথান্নদগী থা মম্ভা শুবা ফাওবগী মনুংদা অমুক গর্ভ পুবা ঙম্মী। মচা খোমজিংবনা গর্ভ পুবগী মতম য়েখোক্তে তাকই। Barasingha [৯], Rosevelt elk [১০], Moose deer [১১], Red deer [১২] নচিংবা শক্তি মখলশিংদা খোমজিংলিবা মপীনা মচা পোকপা ঙমদে। অদুগা Axis deer দি শঙাইগুম্না খোমজিংলিবা মপীনা মচা পোকপা ঙম্মী [১৩]।

### শঙাই মশীং

কৈবুল লমজাউগী অশোংবা নাপী মরক্তা শঙাই অমত্তা চিখদনা মশীং থিবা হায়বসি ওইখোক্তে। অদুবু য়ারিবমখৈ চিংথা-নাম্বুবা খোকহম্দনা চহিগী নাপী কংশিনলকপা নত্রগা মৈ থাখিবগী কোকললকপা মতমদা (জানুয়ারী-ফেব্রুয়ারী) মশীং থিবনা খ্বাইদগী খুদোং চাই। শঙাই মশিং থিবদা খুদোংচাদবা অমসুং মশীং লান্না থিজিনবা য়াবগী মরম খরদি ঃ

(১) শঙাই-লাবাশিংদি মহৌশানা মতমসিদা মফম অমদগী অতোপ্পা মফমদা অমোমথিবা চৎতুনা লৈ। মরমসিনা মশিং থিবা মতমদা বাৎপা নত্রগা হেনজিন্না থিবা য়াই।

(২) ওক্তোবর-নভেম্বর থাদা পোকখিবা শঙাই মচানা, জনুয়ারী-ফেব্রুয়ারীদা থা ৩-৪ মপুং ফাগ্রি। অসিগুম্বা নৌরিবা মচাশিংদি মপীনা অয়াম্বা মতমদা নাপী মরক্তা লোৎতুনা থম্মী। মরমসিনা মশিঙথিবা মতমদা চিংথবা য়াই।

(৩) শঙাইদি (মরু ওইনা অমোমশিংনা) মহৌশানা কিগল্লি মরমসিনা মশিং থিবগী থৌরাং উবদা কিদুনা অশোংবা নাপী মরক্তা লোম্দনবা হোৎনৈ।

(৪) কৈবুলদা শঙাইগা চাকম, লৈফম তিন্নবা, শওং-শাদা মান্নবা শাশিংগী মনুংদা খরশাসু অমনি। মরমসিনা য়াম্না চেকশিন্না অমসুং শা মশক খঙনা মশিং থিন্নবদি খরশাগী মশিং য়াওনা থিজিনবা য়াই।

(৫) চহি ১ দগী হেন্নবা শঙাই মচাশিংদি অয়াম্বা মতমদা অহাংবা ফুম মথক্তা শান্নবা নত্রগা শক্তিক চাদুনা লৈ। মরমসিনা মখোয়গী মশিংদি খোইনা লাম্লোই।

---

[৯] C.Martin (1975) : JBNHS, 74.

[১০] C.E. Trainer (1969) : Onegan State Games Comm.

[১১] R.L. Philips, W.E. Berg অমসুং D.B. Sinift (1973) : Journal Wildlife Management. 37 (3).

[১২] B. Mitchell অমসুং D.Brown (1973) : XI International Congress on Game Biology.

[১৩] W. Graf L.Nichols Jr (1966) : JBNHS. 63 (3).

লমলক্তা শা মশিং থিনবগী উপায় কয়ামরুম লৈ। অদুবু করিগুম্বা উপায় অমনা শা মশিং অমতা চিখদনা থিবদি ওইথোক্তে। কৈবুল লমজাউগুম্বা অপিকপা National park অমগী মফম খুদিংমক শিনবা থুংনা শা লৈতে হায়বা খঙলবা, মশিং থিফম (record তৌফম) watch tower নচিংবা মরাং কাইনা লৈরবা মফমদা শঙাই মশিং থিনবগী অচৌবা থৌরাং পাইখত্রবসু 'Drive count' অমসুং 'Sample Survey গী' [১৪] অচম্বা পাম্বেনা শেল ইচং-চংদনা মশিং পুথোকপা ঙমগনি। টেবল ৩গুবদা, শোক ১৯৮৩, ৮৪ অমসুং ৮৫ দা Forest Department না [১৫] নোংথক্তগী হেলিকোপটর শিজিন্নরগা মশিং থিবা অমসুং ground Census গী [১৬] উপায়না থিবা মশীংগা চাংদম্নবশিং উৎলি। টেবল ৪ গুবদনা Forest Department না ইংশোক ১৯৭৭ তগী ১৯৯২ ফাওবা কৈবুলদা লৈবা শঙাইগী মশীং উৎলি। টেবলসিদা উৎলিবা শঙাই মশীং অসিনা অচুম্বা ওইরবদি চহি খুদিংগী হেনগৎলকপা শা মশীং (চাদা পাবদা) অমসুং শঙাই অমোমশিংনা মচা পোকপা ঙম্বগী চাং (চাদা পাবদা) মথাগী টেবল ৫ গুবদা উৎলিবা অসিগুম্না ওইগনি।

টেবল ৩ গুবা : শোক ১৯৮৩, ৮৪ অমসুং ৮৫ কৈবুলদা লৈবা শঙাই মশীং

| Forest Department না নোংথক্তগী থিবা মশিঙ | | | | | Sample Survey গী মতেংনা থিবা মশীং | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| | লাব | অমোম | মচা | অপুনবা | লাবা | অমোম | মচা | অপুনবা |
| ১৯৮৩ | মশিঙ | থিদে | | | ১৮ | ১৪ | ১১* | ৪৩ |
| ১৯৮৪ | ২০ | ২৫ | ৬ | ৫১ | ২০ | ১৫ | ১৪* | ৪৯ |
| ১৯৮৫ | ২২ | ৩৩ | ৫ | ৬০ | ২৪ | ১৯ | ১১* | ৫৪ |

* চহি ১ গুরবা মচা য়াওরে।

---

[১৪] R.H. Giles Jr. (1981) : Wildlife Management Techniques.

[১৫] অমসুং [১৭] Forest Department Record, Govt. of Manipur

[১৬] অইবগী Sample Survey অমসুং Drive Count কী উপায়না থিবা শঙাই মশীং।

টেবল ৪ শুবা :

শোক ১৯৭৫ দগী ১৯৯২ কাওবদা কৈবুলদা লৈবা শঙাই মশীং (Forest Department না নোংথক্তগী হেলিকেপ্টর শিজিন্নরগা থিবা)।

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১৯৭৫ | - | - | - | ১৪ |
| ১৯৭৭ | ৬ | ৮ | ৪ | ১৮ |
| ১৯৭৮ | ৯ | ১০ | ৪ | ২৩ |
| ১৯৭৯ | ৯ | ১৩ | ৮ | ৩০ |
| ১৯৮০ | | | | |
| দগী | মশীং | থিখিদে | | |
| ১৯৮৩ | | | | |
| ১৯৮৪ | ২০ | ২৫ | ৬ | ৫১* |
| ১৯৮৫ | ২২ | ৩৩ | ৫ | ৬০* |
| ১৯৮৬ | ৪৪ | ৪৫ | ৬ | ৯৫* |
| ১৯৮৭ | ১১ | ১৭ | ৭ | ৩৫ |
| ১৯৮৮ | ২০ | ২৫ | ৭ | ৫২ |
| ১৯৮৯ | ২৩ | ২৯ | ১২ | ৬৪ |
| ১৯৯০ | ২৯ | ৩৫ | ১২ | ৭৬ |
| ১৯৯১ | মশীং | থিখিদে | | |
| ১৯৯২ | ২১ | ৩২ | ৯ | ৬২ |
| ১৯৯৩ | ৩৮ | ৪৮ | ১২ | ৯৮* |
| ১৯৯৪ | ৫৬ | ৬৫ | ১৬ | ১৩৭* |
| ১৯৯৫ | ৫৮ | ৬৯ | ২৫ | ১৫২* |

* Ground Census তগী ফংবা মশীং

টেবল ৫ শুবা ঃ শঙাই মশীং হেনগৎপা অমসুং শঙাই অমোম্না মচা পোকপা গুম্বগী চাং—

| চহি | শঙাই মশিঙ হেনগৎপগী চাং (%) | শঙাই অমোম্না মচা পোকপা গুম্বগী চাং(%) |
|---|---|---|
| ১৯৭৭ | ২৮.৫ | ৫০ |
| ১৯৭৮ | ২৭.৭ | ৪০ |
| ১৯৭৯ | ৩০.৪ | ৬১.৫ |
| ১৯৮০ | | |
| দগী | শঙাই মশীং থিখিদে | |
| ১৯৮৩ | | |
| ১৯৮৪ | * | ২৪.০ |
| ১৯৮৫ | ১১.৬ | ১৫.১ |
| ১৯৮৬ | ৫৮.২ | ১৩.৩ |
| ১৯৮৭ | ** | ৪১.১ |
| ১৯৮৮ | ৪৮.৭ | ২৮.০ |
| ১৯৮৯ | ২৩.১ | ৪১.৩ |
| ১৯৯০ | ১৮.৭ | ৩৪.৩ |

* মমাংগী চহিদা শঙাই মশীং থিখিদে। মরমসিনা মশীং হেনগৎপগী চাং পাবা য়াদে।
** মমাংগী চহিদা মশীং খঙহেন হেনগৎখিবনা, অপুনবা শঙাই মশীং হেনগৎপগী চাং minus তাই।

মথক্কী টেবলশীংসি নৈনবদগী খঙলে, মদুদি শোক ১৯৭৭ তগী ১৯৮৫ ফাওবদা শঙাই মশীং তপ্না তপ্না হেন্থে অমসুং মসিগা চান্না অমোমশিংগী চাবোক্কী চাংসু হেন্থে। ১৯৮৬ তা শঙাই মশীং খঙহেন হেনগৎপা উৎলি, মশীং হেনগৎপগী চাং চাদা ৫৮.২ নি। অমোমগী চাবোক্কী চাংদি মমাংগী চহিগী পরিংদা চৎথরক্কুনা অসুমক হন্থরি হায়বদি চাদা মচা ১৩.৩ তমক পোকই। শোক ১৯৮৫ দা শঙাই লাবা মশিং ২২ তমক থিখিবনা, শোক ১৯৮৬ তা মশীং খংহেন হেনগৎতুনা৪৪ ওইবা অদুগা অমোম মশীংনা ৩৩ দগী ৪৫দা হেনগৎপসি মশীং য়ামদবা population (শঙাই ১০০ ফাওবা ফাদবা) অমগী অশেংবা শক্তম্নি লৌরগত্রা? কুমশি পোকপা শঙাই মচানা, চহি ফাবা মতমদা মপুংফানা চাওগ্রি (মপী ফাগ্রি), মচা লাবাশিংসু মচী ফজনা হৌগ্রি। শোক ১৯৮৪ অমসুং ১৯৮৫ দা শঙাই মচা মথংশিংনা ৬ অমসুং ৫ লৈবা উৎলি। চহি অনিশিমক্কী অপুনবা মচা মশীং ১১ হাপচিন্নবসু

মথক্কী মশীংসি শুগদবা য়াম্না বাৎলি। মথংগী চহিদা অমুক কংহন হন্থখিদুনা শঙাই মশীং হেনগৎপদা minus তারে অদুগা অমোমশিংনা মচা পোকপগী চাংদি চাদা ৪১.১ ওইদুনা বাংখৎনি। চহিশিদা মহৌশাগী অকনবা ঈশিং ইচাও, ইকং, লায়না লাইচৎ কয়া থোক্নুনা শঙাই পাকশন্না শিখিবগী বা লৈতে। মমাং চহিগী য়েংনবদা শঙাই মশীং য়াম্না হন্থনা থীবগী মরমদা "ground ফজনা উদবনা মশিং হন্থনা থীরে" পল্লম্মী। অদুবু অশোংবা নাপীমরক্তা লোৎতুনা লৈবা মশীংথীবদা খ্বাইদগী ৱারবা অপিকপা শঙাই মচাগী মশীংদি ফজনা থীরম্মী অমসুং মমাংগী চহিগী মশীংদগী বাংখৎনা record তৌরম্মী। মরমশিননি অমোমগী reproductive success কী চাং বাংখৎলিবা। মথং চহিশিংদা উৎলিবা শঙাই মশীং হেনগৎপগী চাংসু চাংনাইবা খরা বাৎলি। খুদম ওইনা, শোক ১৯৮৮ দী মশীং হেনগৎপগী চাং ৪৮.৭% ওইবা মতমদা মচাপোকপগী চাংনা ২৮% তমক ওইদুনা হন্থবা উৎলি। শোক ১৯৮৯ দা মশীংনা ২৩.১% দা হেনগৎতুনা মমাংগী চহীদা হেনগৎখিবা চাংদগী অমুক হন্থরে অদুগা অমোমগী মচাপোকপগী চাংদি ৪১.৩% ওইদুনা মমাং চহীদগী অমুক বাংখৎলি।

টেবল ৬ শুবদা ভারতকি তোঙান-তোঙান শায়োকশংশিংদা শোক ১৯৮৮ ফাওবা লৈবা মনিপুর শাঙাইগী মশীং উৎলি। মসিদা কলকতা অমসুং দিল্লিগী শায়োকশংশিংদা শঙাই ফজনা লৈদুনা অমোমশিংগী চাবোক্কী চাং ৫০% ওইরদুনা মশীং হেনগৎপা উৎলি।

টেবল ৬ শুবা ঃ ভারতকি শায়োকশংশিংদা লৈবা শঙাই মশিং
(শোক ১৯৮৮ ফাওবা)

| শায়োকশং মমিং | লাবা | অমোম | মচা | অপুনবা |
|---|---|---|---|---|
| কলকতা | ৬ | ১০ | ৫ | ২১ |
| নেসনেল জু (দিল্লি) | ১১ | ৮ | ৪ | ২৩ |
| মাইসুর | ৪ | ৩ | ১ | ৮ |
| আহমেদবাদ | ৪ | ২ | - | ৬ |
| কানপুর | ৪ | ৪ | - | ৮ |
| মনিপুর (ইরোইশেম্বা) | ৪ | ৩ | - | ৭ |
| হায়দ্রবাড | ৩ | ৬ | - | ৯ |
| মদ্রাজ | ২ | ২ | - | ৪ |
| জয়পুর | ১ | - | - | ১ |
| নন্দনকানন | ২ | ৩ | - | ৫ |
| ট্রাইকুর | ১ | - | - | ১ |
| ভিলায় ষ্টিলপ্লান্ট | ১ | ১ | - | ২ |
| অপুনবা | ৪৩ | ৪২ | ১০ | ৯৫ |

হৌজিক কৈবুলদা লৈরিবা শঙাই লাবা অমসুং অমোমগী ratio সি ১.১ দা ওইব্রে। অমোমগী মশীংনা খরা বাংলে। করিগুম্বা চহি খরদা অমোমগী মশীংনা হেন্নবসু মদু শিংথানবা য়াবা চাং য়ৌদ্রে। থাজবা খরা বাংলে। অদুম ওইনমক মফমসিদা লৈরিবা শঙাইগী reproductive sucess অসি পৃথিবীগী অতে মফমদা লৈবা শজিশিংগী reproductive sucess তগী চাং য়াম্না হন্থখিবদি নত্তে [১৭]। মরমসিনা মসিবু গুাক-শেনবগী থৌরাংদা খরদং হেন্না পুক্নিং থিংজিন্দুনা, শঙাইনা মীয়ামদগী মীনুংশি খরা হেন্না ফংলমগদি মসিনা মনিপুরদগী থুনা খোঙ্গুল মুংখিনি হায়বগী থোয়না চিংননিঙায় লৈতে।

ইং শোক ১৯৮৩ দগী ১৯৮৫ ফাওবদা ground census তগী ফংবা data গী মতুংইন্না কৈবুলগী শঙাইসি লাবানা অমোমদগী মশীং খরা হেল্লি টেবল ৩ চহি অহমসিদা মশীং হেনগৎপগী চাং মথংশিংনা ১৭.৬%, ১৩.৯% অমসুং ১০.২% অমসুং অমোমগী চাবোকচাংনা মথংশিংনা ৫৭.২%, ৩১.৫% অমসুং ২২.৭% দা হন্থখি।

মনিপুরগী ইরোইশেম্বদা শোক ১৯৭৫ দা শঙাই লাবা অমসুং অমোমগী রেসিও ১:১ দা থম্বা হৌখি। মতুং চহি ১০ গী মনুংদা (শোক ১৯৮৭ ফাওবা) মসিগী রোসিওসি অমুক ওইব্রে, লাবাগী মশীং হেনগৎলে। মতমসিদাপোকখিবা শঙাই মচা মশীং পুম্না ১২ নি, মসিগী মনুংদা ৭৫% দি লাবা মচানি। ভারতকি শায়োকশংশিংদা ফংলিবা শঙাইগী মরক্তসু লাবানা অমোমগী মশীংদগী হেনগৎলকপগুম তৌই। শঙাইগী মহৌশাগী ওইবা population দা লাবাগী মশীংনা হেনগৎলকলবদি, শাশিগী তুংগী লাইবক করি ওইরক্কদগে?

---

(17) Kanha 'National Park তা শোক ১৯৭১ দগী ১৯৭৩ ফাওবদা Barasingha ir-reproductive success ২৬.৭% তগী ৪১.২% ফাওবা ওইখি।

C Martin (1975) : JBNHS, (74).

"Considering other monoestrous deer, these rates suggest normal production."

R. Knight (1970) : Wildlife Monograph. 23.

টেবল ৭ শুবা ঃ শোক ১৯৭৮ দগী ১৯৯০ ফাওবা ইরোইশেম্বদা শণ্ডাই চাবোক অমসুং হেনগৎলকপা মশীং

| চহি | লাবা | অমোম | মচা পোকপা মতম | | অপুনবা |
|---|---|---|---|---|---|
| | | | মচা লাবা | মচা অমোম | |
| ১৯৭৮ | ২ | ২ | ১ | - | ৫ |
| | | | ২২-১১-৭৮ | | |
| ১৯৭৯ | ৩ | ২ | ১ | ১ | ৭ |
| | | | ৪-১১-৭৯ | ৭-১০-৭৯ | |
| ১৯৮০ | ৪ | ৩ | ১ | ১ | ৯ |
| | | | ১৪-১২-৮০ | ১৫-১১-৮০ | |
| ১৯৮১ | ৫ | ৪ | ১ | - | ১০ |
| | | | ১৫-১১-৮১ | | |
| *১৯৮২ | ৬ | ৩ | ২ | - | ১১ |
| | | | ১৮-১০-৮২ | | |
| | | | অমসুং | | |
| | | | ১-১১-৮২ | | |
| *১৯৮৩ | ৭ | ২ | ১ | - | ১০ |
| | | | ১-১২-৮৩ | | |
| *১৯৮৪ | ৫ | ১ | - | - | ৬ |
| *১৯৮৫ | ৪ | ১ | ১ | - | ৬ |
| | | | ১-১০-৮৫ | | |
| ১৯৮৬ | ৫ | ১ | - | ১ | ৭ |
| ১৯৮৭ | ৫ | ২ | ১ | ১৮-১০-৮৬ | |
| | | | ১-১১-৮৭ | - | ৮ |
| ১৯৮৮ | ৬ | ২ | - | - | ৮ |
| **১৯৮৯ | - | ১ | - | - | ১ |
| ১৯৯০ | - | ১ | - | - | ১ |

* শোক ১৯৭৯ দা পোকপা অমোম মচা অমা তাং ২৮-৩-৮২ দা শি; শোক ১৯৭৮ দা পোকপা লাবা মচাদুনা তাং ৩১-১-৮৩ দা শি, শোক ১৯৭৮ দা অহানবা থমখিবা অমোম (মপী) অমা তাং ২১-১-৮৩ দা শি, শোক ১৯৮২, ৮৩ অমসুং ৮১ দা পোকপা লাবা অহুম মথংশিংনা তাং ২-১-৮৪, তাং ৪-১১-৮৪ অমসুং ২৮-১১-৮৪ তা শিখি; শোক ১৯৭৮ দা ইরোইশেম্বদা থাদোকখিবা অনিশুবা অমোমদু তাং ৬-১১-৮৪ দা শিখি; শোক ১৯৮০ দা পোকপা লাবাদু তাং ১০-৪-৮৫ দা শিখি।

** শোক ১৯৮৯ ঈশিং ইচাওদা মফমসিদা লৈবা শণ্ডাই পুন্নমক শিগ্রে। অমোম অমথক্তা ঙাইহৌরে।

## ৫ শুবা পন্দুপ

# কৈবুলদা শঙাইনা মায়য়োক্লরিবা অৱাবা

কৈবুল লমজাউদা শঙাইগী চিঙ্গাক, ঈশিং অমসুং লোৎকম-লৈফমসি মহৌশাগী য়াম্না ফরব্বা ফিভমদুমক য়ৌদ্রবসু য়াম্না শাথিনা অৱাবা হায়বমক্তি ওইদ্রি। লমদমশিগী মীওই খরনা কৈবুল লমজাউবু মখোয়গী লৌউনবা, ঙা-ফানবা, শজিক-ফান্নবা, শঙ্গাবুং ওইনবা, অতৈ পোৎথোক অমসুং নোংমগী চরা তান্নবা মফম ওইনা থব্বা পাস্মী। মরমসিনা কৈবুলদগী শঙাই লৌথোকখ্রগা মফমসিবু মখোয়না অপাব্বা মওংদা শিজিন্ননিংই। অসিগুব্বা ফিভমশিংদা National Park কী ঙমখৈ অমুক চাওথোকহন্দুনা শঙাই য়োকখৎনবগী থৌরাং হেন্না পাক-চাওনা পায়খৎপদি খরা ৱাগদমাল্লি। মরমসিনা হৌজিক ফংলিবা বর্গ কিলোমিটর ৪০ গীলমদম অসিদগী অমুক পীকথহন্দনা, মফমসিগী তোপ-তোপ্না ফুমদিগী হেবিটেটসু কায়হন্দনা থমদুনা মহৌশাগী ওইবা ফিভমশিদা শঙাই য়োকখৎনবা থৌরাং পাকথোক চাওথোকহনবনা হেন্না চুব্বা খোঙথাং ওইগনি। সরকারনা পায়খৎলিবা শঙাই য়োকখৎনবগী থৌরাংশিগী মনুংদা আইনগী মতেংতনা কৈবুল লমজাউ ঙাকশেনবা অমসুং শাশিবু কনবগী মরুওইবা থৌরম ওইরি। শঙাই য়োকখৎনবগীদমক্তা অহানবা খোংথাং ওইনা পাইখৎকদবা, মনিপুর প্রজাবু মরুওইনা মাইকৈশোমদা লৈবশিংবু শাশিগী মশক খঙহনবা অমসুং মসি য়োকখৎপগী তঙায়ফদবা মরমশিং খঙহনবগী থৌরাংদি ইৱাৎ ৱাৎলি। অকনবা আইনগী চৈফুগা ইরোয়ম্না, মীয়াম্বু ভাব তাহন্নদুনা শঙাই য়োকখৎপগী থৌরাং পাইখৎপনা হেন্না মহে য়ানগনি নত্রবদি 'উৎতা মী হৈবা' থৌরাং তাগনি অদুগা শঙাইনা 'গৌরমিঠাই খুৎশিদা' লোইখিনি। হৌজিক-হৌজিক Wildlife Protectioon Act Manipur Rule , 1974 গী মতুংইন্না শঙাইবু মফমসিগা লোইন্না ঙাকশেনবগী অকনবা থৌরাং লৈরবসু, আইনসিবু থবক ওইনা পাঙথোকপদা অৱাবা কয়া নংলি অমসুং শঙাই মশক মুন্না খঙদ্রিবা প্রজানা লাঙ্গোই চল্লিবমখৈদি মখা তানা ৱাখিনি। শোক ১৯৭৯ দা 'কৈবুল লমজাউবু শঙাইগীদমক্তানি, মী চংহনবা য়ারোই' হায়বগী মাইয়োক্তা প্রজাগী ইহৌ অমনা কৈবুল লমজাউদা শঙাইগী habitat য়াম্না মাঙহন-তাকহনখি। তিঙ্খং তরানা শম্বল খারব্বা কান্নবা ফংখিদে, পোৎতা মাঙলগা অমসুং সরকারগী খরচতমক হেনগৎলগা তোকখি।

কৈবুলদা শঙাইনা মায়য়োক্লরিবা লাফম খুদোংথিবশি মাইকৈ ৪ দগীনি। মখোয়শিং অদুদি, শঙাইনা য়ুমশাশিংগা মায়য়োক্লরিবা লানফম, শাফনবা (শাহাৎপা) হোৎনবশিংগা

মায়য়োক্লরিবা লানফম, লোক্তাক প্রোজেক্ট মায়য়োক্লরিবা লানফম অমসুং কৈবুলদগী নোংমগী চরা তাল্লিবা মীশিংগা মায়য়োক্লরিবা লানফম অসিনি। লানফমশিংশি পুম্না মতম অমত্তদা শোক্লবা তাবনা শঙাইগী ফিভম নোংমা নোংমাগী শোকচিনবা হেল্লকলি।

### শঙাই অমসুং য়ুমশা

লমলক্কী শা-উচেক লৈবা মফমদা য়ুমশাশিং চংলবদা লমগী-শাশিংদা অহানবা ওইনা খুদোংথিবা থোকহল্লি, মরমদি য়ুমশাশিংনা মফমদুগী নাপী চাথোকই অমসুং পাম্বীশিং নৈথায়দুনা মাঙহন-তাকহল্লি। মসিগীসু মথক্তা য়ুমশাশিংনা লমশাশিংদা লৌনগনবা লায়না শন্দোক্লবগী মরমসু ওই। শোক ১৯৫০ দা কাঞ্জিরঙ্গদা য়ুমশা চংবা য়াহনথিবগী মতুং ইকুই কুইদনা মফমদুদগী শামুগন্দাগী ফিভম শোকচিনখি[১]। মাংজৌম্না চেকশিনহৌদ্রবদি মসিগী দথাসি কৈবুলগী শঙাইদসু তারকপা য়াই। পার্কী অকোয়বদা মরুওইনা অবাং-নোংপোক অমসুং খা-নোংচুপথংবা মাইকৈদা শন-ইরোই চংবগী চাং হেল্লি। শনদি ইকংথাদা থাংব্রেন-য়াংবীগুম্না অকংবা মফমশিংদা খর-খর তমক চংই অদুগা ইরোইদি চহি চুম্না পার্কী মফম অয়াম্বদা চংবা ঙম্মী। য়ুমশাশিংনা শঙাইগী শজিক চাথোকই অমসুং লোৎফম-লৈফমগী অবাংবা নাপীশিং নৈথায়দুনা মাঙহন-তাকহল্লি। মতম অমদ পার্কী ঙমখৈদা তৌ, খোইমোম্নচিংবা নাপীশিং মরাংকায়না হৌরম্বদু হৌজিক্তি হৌখিদ্রে, ঙমখৈগী লম কোকশিল্লকবা নোংমা নোংমাগী হেনগৎলক্লে অমসুং কৌথা-কাকথুম, চুমথাংনচিংবা মহাও য়াওদবা (শজিক ওইনা কাম্নদবা) নাপীশিং হৌবগী চাং হেনগৎলে। নাপীশিংশিনা য়াম্না লাইনা হৌবা অমসুং থুনা মচা পোকপসু ঙম্মী। মরমসিনা মখোয়না শঙাইগী শজিক ওইরিবা নাপীশিংগী মহৎ লাইনা শিল্লি। ফিভমশিনা অসুম লেপত্রবদি শঙাইগী শজিক অমসুং লোৎফম-লৈফম লৈরক্তদুনা শাশিবু কনবগীথৌরাংদা অচৌবা চৈফু অমা শোয়দনা ওইরক্কনি।

য়ুমশাশিংনা লমলক্কী শাশিংগী শজিক চাথোকপা অমসুং লৈফমগী নাপীশিংনা মাঙহনবতা নত্তনা লৌনগনবা লায়না শন্দোক্লবগী মরমসু ওই। য়ুমশানা লমলক্কী শা-উচেকশিংদা লায়না শন্দোকপগী মরমদা Gee না হায়[২]ঃ

> There are inumerable cases of valuable wild animals dying wholesale from epidemics spread by domestic cattle and buffaloes. In Kaziranga Sanctuary of Assam, for example, many rhino died in 1944, presumably from anthrax; and some wild buffaloes died in 1952 from rinderpest, and in 1953 from haemorrhagic septicemia. As many as 150 wild elephands are believed to have died in the Reserved Forest of the North Cachar Hills in assam in 1949 from

---

[১] JBNHS (1996), 60, (3): J.J. Spillot.

[২] JBNHS (1995), 42, (4): E.P. Gee.

antharx. The 'Indian Bison' or gaur have become scarce in many places in north-east India and south India due to cattle brone diseases.

In the Hailey (Corbett) National Park, moreover, I was informed that there were severe outbreaks of rinderpest in 1942 and 1947, in which countless chital are reported to have perished, and probably hog deer, barking deer and samber as wel.

ঙসি ফাওবদা কৈবুলদা অকনবা লায়না-লাইচৎনা শঙাই পাকশন্না শিরে হায়বগী পাওদি লৈতে। শোক ১৯৮৪ গী জানুয়ারী থাদা শঙাই লাবা অমা ফুম মথক্তা শিনা লৈরম্বা থেংনখি। অশিবা হকচাংদু post-mortem তৌদুনা য়েংখিবদি লৈতে, অদুবু শাদু কনাগুম্বা অমনা হাৎপগী খুদম চাংতম নত্রগা শোকপা মফমদি লৈতে। মরমশিনা শাদু অহল ওইরক্লুনা নত্রগা করিগুম্বা লায়না অমদগী শিবা ওইরম্বা য়াই। Zoological Survey of India গী শোক ১৯৭৪ -৭৫ গী report অমগী মতুংইন্না মনিপুরগী শন-ইরোইশিংদা *Enumeira wassllewskyi* হায়বা protozoan parasite মখলশিনা য়ান্না নাহল্লি। তাং ২৭-১-৮৩ দা ইরোইশেম্বগী শঙাই অমা cocci না নাদুনা শিখি(৩)। Coccodeosis হায়বা লায়নাশি chinkara দসু পাক-শন্না নানৈ।

ভারতকী তোঙান-তোঙানবা National park, Sanctuary শিংদা তোয়না নাগনবা, লৌনগনবা লায়নাশিংগী মনুংদা rinderpest হায়বশি মরুওইবা শন্দং, লমইরোই, nilgai, black-buck নচিংবা শাশিংদা নাই। Anthrax, traypanosomiasis, foot and mouth diseases, coccideosis অমসুং tuberculosis নচিংবা লায়নাশিংনা য়াও, black buck, শজি-অরাংবা অমসুং য়োংশিংদা নাই (৪)। Rinderpest অমসুং চিন-লৈ নাবাগী লায়নাশিংনা barasingha দনা শজন অমসুং শন্দংদগী হেন্না নাগল্লি (৫)। শোক ১৯২৫-২৬ তা Kanha National park তা rinderpest কি লায়চৎতা barasingha পাকশন্না মাঙহনখি অমসুং brucellosis না শাসিগী অমোমদা মতম চাদনা লায়য়ে চৎতুনা নাহল্লি (৬)। য়ুমশাগা লৈফম-চাফম তিন্নবদগী মথক্কী লায়নাশিংসি লমশাশিংদা শন্দোরকপা ঙাক্তনি। কৈবুলগী শঙাইদসু লায়নাশিংসিনা নারম্বা/নারকপা য়াবগী থাজবা লৈ, ঐখোয়গী থীজন-হুমজিনবা বাৎপদগী মসিগী লাইনা লায়চৎ কয়া খঙদনা লৈরি।

---

(৩)শঙাই অশিবদুগী post-mortem report তা হায়ঃ

The death of the animal may be due to toxic produced with cocci. It appears to be the actinomycosis of the alimentary tract.

Iroisemba Zoo Record.

(৪)JBNHS (1982), 79(I) : B.S. Rathore and S.S. Khera.

(৫)Wild animals in Central India (1923): D. Brander

(৬)JBNHS (1975), 74(I): C. Martin.

## শগাই অসুং শাদানবা

ফুমদি মথক্কী কুংনা হৌবা নাপীমরক্তা শগাইনা অককনবা লম্বীদা চৎথোক-চৎশিন তৌই। শাহাংপা অমসুং শাফাবগী মরম মুন্না খঙলবা মীশিংনা মসিগী খুদোংচাবা লৌরগা শগাই ফানবা লাংথাকপা য়াওই। শগাই ফানবা লাংশি য়াম্না চন্না শেম্বা য়াই। অশাংবা থৌরি অমা ময়াইদা কোঙ্গোয় অমা শেমলগা শগাইনা তোয়না চৎকনবা লম্বীগী অগুকপা মকমদা খান্দুনা থম্মী অদুগা থৌরীগী মতোন অনিদুনা অকনবা নাপীদা চেৎনা পুনসিল্লী। থৌরিকোঙ্গোয়দু হেক য়েংবদা উদনবগীদমক্তা অবাংবা নাপীশিং য়ুংসিন্দুনা খনজিল্লি। শগাইনা চৎপা মতমদা মাংদা করি লৈবগে হায়বা মুম্না য়েংলগা খক চৎতে। চৎনা-চৎনা মশাগী নাক-য়েংতা হৌবা নাপী মতোন পৎ-পৎ থৎলগা চাই অমসুং মতমসিদা মাংদা করি লৈবগে হায়বা খঙহৌদবদগী থৌরী কোঙ্গোয়দা মগুক্তু থিংজিলুই। লাংদাথুরবা শগাইনা মশা নাম্বোরুবা চোংবা-ফনবা মতমদা থৌরী কোঙ্গোয়দু হেন্না হেন্না চেৎশিনলকই অমসুং মদুগা লোয়ননা মখোঙনা ফুমদি মনুংদা পুৎথখিদুনা লেং-ওৎপা য়ারক্তে। করিগুম্বা মতমদা থৌরী-কোঙ্গোয় লাংনা শাগী মখোঙদা থুবা (ফাজিনবা) য়ানবা মওংদা থাকপসু য়াওই। অদুবু মগুক্তা থুনবা থাকপা লাংনা হেন্না লায়বা অমসুং শোয়দনা শাথুনবা পাম্বে ওই।

শগাই হাৎপগী অতোম্না পাম্বে উপায় অমদি খুৎলায় (নোংমৈ) শিজিন্নবা অসিনি। মসিদি মরক-মরক্তা নোংমৈগী লাইসেন্স পাইবা মীওইশিংনা তৌই। নোংমৈ পায়রগা শগাই তানবসি পার্কী নোংপোকথংবা অমসুং খাথংবা মাইকৈদনা হেল্লি। মখোয়না খোরদাক তুরেন্দা হীনা চংলক লগা শাতাল্লি অমসুং মসিনা অহাংপা শা মপান্দা পুথোকখিবদা খুদোং চাই। করিগুম্বা মতমদা হুই য়াওনা শাদানবসু য়াওই। ইং ১৯৮৪ দা নোংমৈ পায়রগা শাদানরম্বা নুপা অনীথক কৈবুল লমজাউ ঙাকশেললিবা খুৎলায় পায়দবা মীওইনা ফুমদি মথক্তা নমদুনা ফাখি। মখোয়না পুকচেল শেংনা, মশাগী মথৌ মশক খঙনা শাহাংপশিং ফানবা হোৎনবদা অশোক-অপন থোকখি। অসিগুম্বা মীওইশিংবু মথৌ মশক খঙবগীদমক্তা মনা মথুম পীদুনা, ইকায়-খুম্নবা উৎপনা শগাই য়োকখৎপগী থৌরাংদা অচৌবা মতেংসু ওইগনি। খুৎলায় পায়রগা শাদানবা মীওইদি মহৌশানা কাংবু-কাংবু নাইনা চৎলি। মখোয়বু খুৎলায় পায়দবা staff কি মীওইশিংনা লাকশিনবা হায়বসি অরাইবা থবক নত্তে।

মথক্কী মওং অনিসি নত্তবা, অতমম্না শগাই ফাগনি নত্রগা হাংকনি হায়বা নত্তবা, খুদোংচাবা ফংলবদি লেম্না থাদোকক্তনা শাহাংপা মখলসু লৈ। নিয়ম কায়না পার্ক মনুংদা চংলিবা মীশিংনা শগাই থেনেরবদি লেম্না খক থাদোক্তে, হাৎনবা হোৎনৈ। শগাই মচাশিংবু মপীনা নাপীমরক্তা লোৎতুনা থম্বগী বা মথক্তা পনিথ্রে। খুৎলায় পাইবা মীশিংদা লাইবক থীরিবা শা অয়াম্বদি মপীনা লোৎলম্বা শগাই মচাশিংনি। হাৎলবা শাশিংবু মখোয়না ফুমদি মখাদা লোৎশিল্লি অদুগা মফমদু খঙনবা অবাংবা নাপী মতোনশিং পুনশিন্দুনা খুদম থম্মী। মতুংদা মখোয়না অহাংবা মতমদা নত্রগা য়াচংবদা মীরক-নারক য়েংদুনা অহাংপা শাদু

পুখি। শঙাই ফাবগা মরি লৈননা Wilson না হায় [৭] ঃ

> They are very easy to approach, if one could see them; so long as they did not see or smell a man, they did not mind the crashing through the grass, because they are accustomed to herds of semi-tame buffalo moving amongst them, and if at last they had not been protected this lack of caution would probably have led to their extermination.

### শঙাই অমসুং লোক্তাক প্রোজেক

শঙাইনা থেংনরীবা লানফম মরিগী মনুংদা অহানবগী অনিশিমদি মশাদা হাকথেন্না পাল্লি অদুগা অকোনবগী অনিশিমনা মখোয়গী লোংফম, লৈফম অমসুং পার্কী ecology দা মাঙহন-তাকহন্দুনা মফমসিদা শঙাইনা হিংবদা তপনা তপনা অকন্নবা চৈফু পী। মসিগী চৈফুশি শঙাইনা থেংনবদা য়ান্না পাক্সল থোক্তে অমসুং খ্বাইদগী মরুওইবা লনফম অমসু ওইরকলি। শঙাইগী হেবিটেট কায়হন্দনা থম্বদা লোক্তাক প্রোজেক্তা করি মরি লৈনবগে য়েংসি।

লোক্তাক প্রোজেক লিঙখৎবগী মরুওইবা পান্দমদি, পাৎকি পাকচাওরবা ঈশিংবু নিয়ম চুন্না শিজিন্নদুনা বিজলী শক্তি লৌগনি; অহেনবা ঈশিংনা ইথে-লৌখোংশিংদা কোয়না পুরগা লৌউ-শিংউবদা শিজিন্নগনি অমসুং মসিনা ফৌ অমসুং মরু মরাংগী চাথোক হেনগৎহনগনি হায়বনি। মসিগীদমক্তা ইথায়দা, ইম্ফাল তুরেনগী মথক্তা ডাম অমা শারগা পাৎকি ঈশিংগী ইমায়বু চহিচুন্না মিটর ৭৬৭.১২ গা লেপতুনা থমগনি। অসুন্না লোক্তাকী ঈশিং ইমায়না লেংদনা থমখিবদা, কৈবুলদা শঙাইগী ইকোলোজীগা লৈনবা মরি থরা নৈনদুনা য়েংশি।

(১) ঈশিংগী ইমায়না বাংনা অদুগা লেংদনা থমখিবনা য়ুমশাশিং চংবগী চাং হছে। মরমশিনা অতাওবা ফুমদি মথক্তা অনেম্বা নাপী হৌবগী চাং হেনগৎলি।

(২) তৌ, শিংউৎ, শিংনাংনেচিংবা পাম্বীশিংনা মতমচুন্না ঈশিং থুমদুনা লৈবা মফমদা মতোন ফজনা চোংবা ঙমদে। মরমসিনা শঙাইগী লোংফম, মরুমথুপফম ওইরিবা অবাংবা নাপীশংনা হৌবগী চাং হছে।

(৩) মহৌশানা ইকংথাদা (জানুয়ারী-ফেব্রুয়ারী) অতাওবা ফুমদি অয়াম্বা লৈপাক্তা অমুক শমনে। মতমসিদা পাম্বীশিংনা লৈপাক্তগী অনৌবা হায় চুপখৎতুনা, ফুমদিমথক্তা হোম হোম হৌবা ঙম্মী। অদুবু প্রোজেক্টী ঈশিংনা মতমচুন্নদা মৌখৎতুনা লৈথিবনা ফুমদিনা মখাগী লৈবাক্তা অমুক শমনদুনা লৈহাও চুপখৎপা ঙমহনদ্রে। মরমসিনা ফুম মথক্তা হৌবা অবাংবা নাপীশিংবু চাওজল থিহন্দ্রে।

---

[৭] Sport and Service in Assam and Elsewhere (1878): Lt. Col. A. Wilson.

(৪) ফুমদিনা ঈশিং মথক্তা মতমচুপ্পদা তাওদুনা লৈবনা মসিগী মখাথংবা লৈমায়দি ঈশিংনো তংতনা চামদুনা লৈ। মসিনা হায় ওইগদভবা লৈপাকী শরুক চামথোক্লুনা মাঙহল্লি অমসুং মথক্তা অবাংবো নাপী হৌবা ঙমহনদে। অদুগা খ্বাইদগী মরুওইরিবদি, ঈশিংনো তংভনা চামথোক্লবা ফুমদিনা অসুম-অসুম পাথরক্লুনা শঙাইগী হকচাংগী অরুম্বা পুবা ঙমলক্তবা য়াই। থাঙ্গৈশেংবমকসু হায়রিবা ফীভমসি পার্কী মফম খরদদি হৌজিক থোকলে।

(৫) মহৌশাদি ইকংথা অমসুং নোংজুথাদা ফুমদিথক্তা হৌবা পাম্বী মথল তোঙান তোঙাল্লম্মী। পাম্বীশিংশিনা মতম নাইনা শিনলোন-শিনজিন হৌদুনা ফুমদী পাক-চাওবা অমসুং থাগৎহনবদা য়াম্না মতেং ওইরম্মী। অদুগা হৌজিক্তি পাম্বকি ঈশিংনা মতম চুপ্পদা ঈমায় বাংনো লৈখিবনা, হয়া হৌখিবা নাপী মখল অদুতমক্তা হৌদুনা ফুমদি থাগৎহনবদা মতেং পীবা ঝাংথলি।

(৬) শঙাইগী চাবোকথাশি ইকংথা, ফুমদিনা ফজনা লৈতাদুনা খোঙগং-খুকংলবা মতমদনি। অদুবু লোক্তাক্তগী মৌখংলকপা ঈশিংনা ইকংথা অমসুং ইপানথা থোইনা নাইরক্তবনা শঙাইগী পা-পী তিম্নবা অমসুং অতে চাবোক থৌরম কয়াদা অকায়বা ওইহল্লি। ফীভমসিনা অসুম কুইশিনলকলবদি থাংব্রেন য়াংবীগী মফম ফাওবা ঈশিং থুমজিনলক্লুনা চাবোকফম লৈরকতবদগী শঙাইগী মশীং থুনা হম্বরকনবগী অচৌবা মরম ওইরক্কনি।

(৭) খোরদাক তুরেল অমসুং পার্কী মফম অয়াম্বদা ঈশিং মরাং কায়না লৈবা অদুগা লুবগী চাংসু হেনগৎহন্দুনা, শাদানবা অমসুং মশাগী কান্নবা থীবা মীওইশিংনা হী হোন্দুনা চংবগী খুদোংচাবা হেনগৎহল্লি। মসিনা পার্কী পোৎথোক মাঙহন তাকহনবগী চাংসু হেনগৎহল্লি।

অসুম্না লোক্তাক প্রোজেক্না কৈবুল লমজাওগী ইকোলোজীদা অহোংবা অমসুং অকায়বা কয়া থোকহন্দুনা শঙাইনা মফমশিদা পুন্সি লৈতানা হিংবদা অকন্নবা চৈফু অমা পীরে।

## শঙাই অমসুং মীওইবা

মীওইবনা নুংতিগী পাংথোকলিবা থবক-থৌরম কয়ানা কৈবুল লমজাউ তোপ-তোপ্পা ecology গী শকতম কায়হন্দুনা শঙাইগী পুন্সিদা খ্বাইদগী চাওবা চৈনা চৈথেং অমা নাকোইহল্লা পীরি। মনিপুরগুম্বা অপিকপা, লাইরবা ষ্টেট অমদা মফমসিগী চাথোক্লা মশাগী শিজিন্নবা ফাওবা কোন্নবা ঙমদে। কৈবুল লমজাউগুম্বা, ঙা অমসুং অতে মনা-মশিঙ কয়াগী পুকৈ-লনগৈ ওইরিবা মফম অমবু সরকারনা লৌশিনখিবা হায়বসি লমদমশিদা লৈরিবা মীওইশিংগী শুফম নোমফম বাৎহন্দুনা শেন থুমগী ফীভমদা শোকচিনহনবা তাবনি। মরমসিনা মফমশিগী মন্নল য়ামলবা পোৎথোকশিংবু অয়েম্বদা পং-পুমদুনা মাঙহনখিবগী মহংতা মরম চানা মীওইবনা শীজিন্নবনা হেন্না কৈ হায়বসি য়াম্না অর্থ লৈ। অদুবু লুরিবদি,

পার্ক মনুংদা ঙা ফাবগী অয়াবা লৈরবদি, উচেক কাগ্না য়াবগী ৱাফমসু থাংগৎলকলোইদ্রা ? খুৎতা খুলাই পায়দুনা উচেক কাপলিবা মীশক অমনা শঙাই উবদা নুংশিনা থাদোকপীরকদ্রা ? অদু ওইরবদি মনিপুর নত্তনা পৃথিবীগী অতোপ্পা মফম অমদা ফংদ্রবা শাঙাইদি করমতৌনি ? মহৌশাগী ওইবা ফিভমদা শঙাইনা হৌজিক কৈবুল লমজাউদা অরোইবা চংজফম লৌরি। শঙাইনা লমদমশিদগী মাঙখিবদা 'পৃথিবীদগী খোঙুল মুৎথ্রে' হায়রগদবনি। মরমসিনা কৈবুল লমজাউদা শঙাই তেক্তা কায়দনা থম্বা হায়বসি ঐখোয় খুদিংমক্কী তৌকম থোকপা ইথৌনি। মসিগীদমক্তা লমদমশিংগী ৱাৎলিবা শুফম-নোমফম ফংহনবগা লোয়ননা য়ুমলৈ-কৈলৈগী ফিভমসু ফগৎহনবা তাই। মসিদা সরকারগী নাম্বোকপা য়াদবা অচৌবা থৌরাং চংই নত্রগদি তঙায়ফদবা মরম কয়ানা লমজিং ওইরদুনা শঙাই কন্নবগী থৌরাংদা অকায়বা হেক-হেক পীরক্কনি।

চহি খরগী মমাং ফাওবদা ফুমদি মৈ থাবা হায়বসি শঙাই ঙাক শেনবগী থৌরাং অমা ওইনা পাঙথোকলম্মী। অদুবু মসিনা শঙাইদা পিবা খুদক্কী ওইবা কান্নবদগীদি, থৌরাংশিনা habitat মাঙহন-তাকহন্দুনা তুংকোইনা অকায়বা পীবনা হেন্নি।

লম্মৈ চাকখিবা মফমদা হানৌ থুনা চোংদুনা শঙাইদা অশংবা শজিক থুনা ফংহন্নি। মরমসিনা অসিগুম্বা মফমদা শঙাই তোয়না উই। হানৌচোংবা মফমবু য়ুমশাশিংনসু পাম্মী। মরমসিনা মখোয়না অয়াম্বা শজিক চাথোকখিদুনা শঙাইগী শরুক্তি ৱাৎহৌই। লম্মৈ চাক্তবা মফমদা কুমগী হানৌ চোংবা মতম খরা থিম্বরবসু, মতম শাংনা শঙাইগী অনৌবা শজিক পীবদি ঙম্মী। লম্মৈ চাকখিবা অমসুং চাকখিদবা মফমশিংদা হৌবা নাপীশিংগী অৱাংবসু খেন্নে। লম্মৈ তোয়না চাকপা মফমদা অৱাংবা নাপী হৌবা ৱাৎলি। মসিনা শঙাইগী লোৎফম মরুম থুপফমগী খুদোংচাবা ৱাৎহন্নি।

চহিগী ইকংথা (জানুয়ারী-মার্চ্চ) মতমদা ঙাফাবা, শীঙচনবা অমসুং মনা-মশীং হেকপা মী চংবা হেন্নি। মতমসি শঙাইগী চাবোক থাসুনি। মীওইবগী তৎতনা নিন-খোংবা মরক্তা শঙাইনা ঙহাক্তা লৈতাবা ঙমদে অমসুং চাবোকপগী থবক-থৌরম কয়াদা অকায়বা পী।

চহী খরগী মমাংদা খোরদাক তুরেল অমসুং মসিগা থংনবা মফমশিংদা অৱাংবা নাপী মরাং কায়না হৌরম্মী, হৌজিক্তি হৌদ্রে। নাপীশিংশিবু কোকথোকলগা হীদা হাপতুনা তুরেল খোঙনুংদা লাইনা পুথোকখিবা য়াই। তুরেল খোংবানগী অকংবা মফমশিংদা থাং-পোকশং মচা-মচা শাজিন্দুনা মী লৈশিনবসু য়াওরে। মখোয়গা লোইননা শন-ইরোইশিংসু পুশিনলকই। মীশিংনা তৎতনা য়ানথৎপা, মৈ থাদোকপা অমসুং য়ুমশাশিংনা মাঙহন-তাকহনবদগী অৱাংবা নাপীশিংনা অসুম অসুম মাঙশিনলকপগী মরমনি। চহী ৩০ মুক্কী মমাংদা E.P. Gee না record তৌরম্বা অমসুং হৌজিক হৌজিক হৌরিবা লাপীগী খেন্নবা মখাগী টেবলশিনা তাকই।

টেবল ৭ ওবাঃ কৈবুল লমজাওদা হৌরবা অমসুং হৌরিবা নাপী মখল অমসুং চাং

| নাপী মখল | শোক ১৯৬১ গী E.P. Gee গী record (%) [৮] | হৌজিক ওইরিবা ফিভম (%) [৯] |
|---|---|---|
| তৌ | ৪৫ | ১৪.৪ |
| শিংউৎ-শিংনাং | ২৫ | ১.৯ |
| খোইমোম | ১৫ | ৪.৭ |
| ঈশিং কম্বোং | ৫ | ১৮.৩ |
| হুপ | - | ২৪.৭ |
| হুনাং | - | ৩.৯ |
| বাইনুচরা | - | ৭.৭ |
| য়বা চনিং | - | ৪.২ |
| বানা মানবী-কাংমপাল | - | ১১.১ |
| অতৈ-অতৈ | ১০ | ৪.৬ |

কৈবুল লমজাওদা ঙা-চাক, নাপী, মনা-মশীংগী খোনী ওইবা, পাকচাওরবা লোক্তাক পাৎ, খোইদুম পাৎ, খোইদুম লমজাও, থরুংপাৎ, ইকোপপাৎনচিংবা মফম কয়া মরাং কায়না লৈরি। মতম অমদা শঙাইনা মফমশিংশিদসু লৈরম্মী, অদুবু মীওইবনা লমদমশিংশিবু মশাগী শিজিন্নবা মুলহৌদুনা, হৌজিক্তি লম বর্গ কিলোমিটর ৪০ খক্তা চাওবা কৈবুল লমজাওতা ঙাইরে। শঙাইগী মতিক-মগুন অমসুং মসিগী তোপ তোপ্না হেবিটেটকী ওনবু খঙদনা, ইরৈবাক-ইরমদমশিগী লেমজনিঙাই ওইরবা শঙাইবু কৈবুলদগী মাঙহনখিবা অদুগা লম মচেৎশিংবুনা শিজিনহৌবা পাম্বা মীওইসু য়াওদবা নত্তে। কৈবুলগী লমসিবু শঙাইগীদমক্তা থাকলগা পাকচাওরবা লোক্তাক অমসুং মসিগী অকোইবগী লমশিং শিজিন্নবদা মখোয়গী শেন-থুম অমদি য়ুমলৈ-কৈরৈদা কয়াম্না শোকহল্লবগে? শোকহললিবা ফীভমসি মেনখৎনবা সরকারনা মীয়ামগী করি-করম্বা, থৌশিন-থৌরাং শিনবীরবগে? মীয়ামগীসু কায়দনা অদুগা শঙাইগীসু হিংনবা থৌরাং থক লৈতব্রা? থাঙ্গেশেংবসু মনিপুরদগী শঙাই খোঙ্গুল মুৎলমগদৌরবনি, শোক ১৯৫০ দগী হৌনা মনিপুর সরকারনা অকন্নবা মীথরেং চংশিন্দুনা মসিবু য়োৎখনবা থৌরাং কয়া পায়খৎপদগী ঙসি ঐখোয়না চীঙলেমলবা শাশিগী মশক উবা ফংলিবনি। শঙাই ঐখোয়গী লেমজনিঙাই ওইবা অতাঙবা লননি। শঙাই লৈবদগী পৃথিবীগী Wildlife মেপতা কৈবুলগী মীং ইরিবনি। অসিগুমবা পৃথিবীদা অমতা ঙামরবা, মহাক্না মনিপুরদগী মাঙখিবদা জীব থাম্না অমা মাঙখিগদৌরবা শঙাইনি। মরমসিনা ঐখোয় মশেন ভাব তাম্না, মীনুংশিগা লোইন্না, ইরৈবাক-ইরমদমশিগী লেংদ্রবা লন ওইরিবা 'শঙাই' কনদুনা মনিপুরগী মীচং থমসি অমসুং জীব অমা কনবগী শোয়কদ্রবা মহৈদু চামিন্নশি।

---

(৮) Wildlife of India (1982):V.B. Saharia,

(৯) JBDS (1990), Vol. 8(2): অইবা,

## ৬ শুবা পন্দুপ

# মনিপুরদা লমলক্কী শা-উচেক গ্রকশেনবা

থাইনদগী মৈতে খুনাইগী চৎনবী, লাই-ভিনগী থৌরম, শাগে, য়েক-শলাইগী থৌনি-পুজা, ধর্ম্মগী উশোব, লুহোংবনচিংবা থবক থৌরম কয়াদা শা-ঙা-উচেকনচিংবসি ঐখোয়গা থানবা য়াদবা মচাক ওইনা লৈরকই। মৈতৈগী য়েক-শলাই খুদিংমক্কী চাবা য়াদবা পাম্বী অমসুং শা-ঙা মখল লৈ। অসুম্না চৎনবী নত্রগা ধর্ম্মগী অথিংবশিং লৈরম্বা অসিনা পাম্বী নত্রগা শা মখলদুবু হাৎতোকপা নত্রগা মাঙহনবদগী খরমথৈদি কনবা ঙম্মী। ঐখোয়গী খুনাইদা উমংলাই লাৎপা, উমংলাইগী খুভম থম্বসি থাইনদগী চৎনরকই। উমংলাইগী খুভম লৈবা মফমদুদগী উ-বা য়াম্লোক্লদে, অহোয়নদুম অনৌবা পাম্বী থাজিন্নে। মরমসিনা মফমদু তপনা-তপনা নারক মোংশোং ওইরক্লুনা মমৈদদি অশোংবা উমং-বামং ওইরকই। মসিনা পাম্বীগী ধারা (species) কয়া কনবা ঙম্মী। চহিগী অরোইবা লমতাগী থাংজ নত্রগা শজিবু চৈরাওবদা ইমুংগী মী মশীংগা কোম্না উশিন ঙা থাবা, হৌজিক ফাওবা কয়াদনা চৎনরীবা মৈতৈগী লুহোংবদা মীতমঙা থাদোকপা, ইরাৎ-পুজা থৌনি কয়াদা ঙমু উশিন তৌবা, য়েলহীং থাবা, কাও থাবা, পুন্নমকসি মীওইবগী ধর্ম্ম, চৎনবী নত্রগা দশা-লাংফম কয়া কোকথোক-চামথোকপগা মরি লৈনরবসু, মসিনা শা-উচেক য়োকখৎনবগী থৌরাংসু ওইরি। মরমদি ঐখোয়গী চৎনবীদা উশিল তৌরবা শা-উচেক, ঙানচিংবদু অমুক হন্না ফাবা নত্রগা হাৎপা চৎনদে, 'তৌহৈদে' হায়বা ধর্ম্মগী পল অমনা ঙক্লুনা থম্মী। মীচম প্রজা অমনা লায়না পাঙথোকপা ঙমদবা, শাফা-লানফাগী থবক্তা হৈ-শিংবা মীশিংবু শরুংহনবা, চীংশাং লাকপনচিংবা ফমথোন নত্রগা মীংথোন পীদুনা ইকায়খুম্নরম্মী।

মনিপুরদা লমলক্কী পাম্বী, শা-উচেকশিংবু য়োকখৎপা অমসুং মখোয়বু ঙাকশেনবগী ইতিহাস নৈনবদা শোক ১৯০০ সি য়াম্না মরুওইবা লমথৈনি। লমথৈশি য়ৌরকপা ফাওবদা শা-উচেকশিংবু হালেংবা লৈতনা হাৎতোকপা অদুগা মসি লাম্লোকলবা তুংদগীদি শা-উচেকশিংবু য়োকখৎপা অমসুং ঙাকশেনবগী থৌরাং পাইখৎপসু হৌরে। মমাংঙৈদা মনিপুরগী চীংমী, তম্মী অমসুং ব্রিটিশ মচাশিংনা অথিংবা লৈতনা, মশাগী দরকার ওইবা অমসুং ওইদবা থিদনা শা-উচেকশিংবু পংহাৎতা হাৎতোকলম্মী [১]। মতমদু মনিপুরদা শা-উচেক য়াম্না

---

[১] "One year, when we went to the Logtak, the Pucca Senna (the Maharajah's third brother) asked if he might come too … He shot everything he could see, whether it was game or not, but he shot well. We sent all the birds we could not eat up by boat to Manipur for the Sepoys …"

My three years in Manipur (1891) : Ethel St. Clair Grim-wood.

মরাং-কাইরম্মী অমসুং মরাং-কাইবগী মত্তিক য়াম্নসু হাংলম্মী। মতমদুগী লোক্তাক পাৎসি ব্রিটিশ ওফিসারশিংগী খ্বাইদগী নুংঙাইবা উচেক কাপফম ওইরম্মী [২]। শোক ১৯১০-৩২ ফাওবদা মনিপুরদগী উচেক কয়াম্না হাৎখিবা হায়বসি Annexure -I দা পীরিবা record সিনা তাকই। অচৌবা লমলকী শাশিংগী মনুংদা শামু অমসুং কৈসু মনিপুর তম্পাকী, খা, অবাং অমসুং জিরি উমংদা য়াম্না মরাং কাইনা লৈরম্মী[৩]। মসিগী অচুম্বা বাফমসি থাইনগী নিংথৌশিংনা জিরী-উনুং, লৈমতাক, কৌব্রু চীং, মকেংলোকনচিংবা মফমশিংদা য়াম্না তোয়না শামু ফাবা চৎলি হায়না চৈথারোল কুম্বাবদা [৪] ইরিবা অসিনা তাকই। খুদম ওইনা মৈদিংগু চন্দ্রকীর্ত্তি কেঃ সিঃ এসঃ আইঃ (১৮৩৪-১৮৪৪ অমসুং ১৮৫০-১৮৮৬) সনা হাকতকী

---

[২] লোক্তাক পাংতা উচেক কাম্নগা মরি লৈম্না ঃ

"Eighteen miles away was a big marsh or lake called the logtak, some seven miles long and up to two miles wide, which was covered with geese, both bar-headed and greylag, teal and duck of many kinds mostly pochard, widgeon and gadwall, but no mallard."

" Once, late in March, I saw a incredible number of geese at the Logtak. They were along the shore at the top of the lake for about a mile and a half a solid mass about 200 yards in depth, packed so close together they seemed to be touching one another."

"One day I set out to see if I could kill 100 snipes and stopped early in the afternoon, when my orderly said I had got them."

Sport and Service in Assam and Elsewhere (1978): Lt. col. Alban Wilson

"In two days once my husband got eightytwo ducks and thirty geese."

My three years in Manipur (1891): Ethel St. Clair Grimwood.

লোতাক্তা কাঁঙা কাম্নগা মরি লৈম্না ঃ-

" Colonel K.S. Cassels 8th Gurkha Rifles, and Colonel H.S. Wood. I.M.S. shot 161 in two days, on December 31st, 1897 and January 1st 1898."

JBNHS, (1933). Vol. 36 : J.C. Higgins, ICS

ঙানু কাম্নগা মরি লৈম্না ঃ

"The best bag of recorded is that of 1928-29, when 5967 were shot."

খোঙচৎ অনিরক্তা জিরী-উনুংদগী শামু ৮২ (অহানবদা ৬৩ + অনিশুবদা ১৯); মকেং-লোক্তগী শামু ১২, ইরিল মরুদগী শামু ৯, লৈমতাক্তগী শামু ২০ ফাই হায়না ইরি অমসুং নিংথৌশিংগী হাকতক্তা মনিপুরগী তোঙান-তোঙানবা মফমদগী পুল্লা শামু ১২৮ রোম ফাখি। মৈদিংগু গমভীরসিংহ [৫]না অমুক্তদা শামু ৩৪ ফারকপা অমসুং নরসিংহ [৬] মহারাজনা শামু ২৪ ফারকপা থৌদোকশিং অসিনা মনিপুরদা শামু মরাং কায়রম্মী হায়বা তাকই। নিংথৌনা শামু মীরৈবাক্তা য়োল্লগা চহীগী আয় লুপা ৭০০০ ফংলম্মী। শামুতা নত্তনা মনিপুরগী শগোল অমসুং ইরোইবু কছারদা য়োল্লগা চহীগী আয় লুপা ২৪০০ তানলম্মী [৭]। খুল্লক্কী মীওই অমসুং চীংমীশিংনাময়া লৌনবগীদমক্তা শামু তাল্লম্মী। শমুগন্দাসু মনিপুরগী নোংপোকথংবা অমসুং খাথংবা চীংশীংদা ফংলম্মী হায়[৮]।

---

Ibid.

[৩] Statistical Account of Manipur (1873) : R Brown.

[৪] চৈথারোল কুম্বাবা (১৯৮৯) : ইবুংঙোহল অমসুং খেলচন্দ্র

[৫] Ibid.

[৬] Ibid.

[৭] Statistical Account of Manipur (1873) : R Brown.

[৮] Ibid.

হৌজিক অসামদা ফংলিবা শামুগন্দা (Rhinocerose) অসি নত্তবা Javan Rhinocerose (*Rinocerose sandaicus*) হায়বা মখলদু মনিপুরদা লৈরম্মী। শোক ১৯১৩ দা মসিগী মকোক অমা কুকি খুনলাকপগী য়ুমদা থেংলম্বা Higgins না উরকখি। হায়রিবা শামুগন্দাশি খুনলাকপা মশানা খুগা তুরেল তম্পাক্তগী হাংখিবনি হায়। হৌখিবা চহী কুনমুক্কী মনুংদা কুকিশিংনা বরাক তুরেল খোঙবান্দগী (তিপাইমুক মনাক্তা) শামুগন্দা ২ নত্রগা ৩ হাংখি। মদু থাঙেংশেংবা species হায়বা শুমগ্রে অদুবু *sandaicus* species ওইরমগনি থাজে।

JBNHS (1934), Vol: J.C. Higgins.

মৈদিংগু শুরচন্দ্র সনা হাকতক্ত "৩ নি ইমশকৈশদা চশাৎ তোংহ নিংথৌনা শমুগন্দা মউন অমা কৎলেএ" শামুগন্দা মউন্দু কদায়দগী ফংলকপগে হায়বদি পল্লমদে।

চৈথারোল কুম্বাবা (১৯৮৯), ইবুংঙোহল অমসুং খেলচন্দ্র

মনিপুরদা য়াম্না মরাং কইরবা শামুগী মশীংনা অরা-অরা হৌরিবদুনা, শোক ১৯০০ গী মতুঙদগীদি মকমসিদা শামু হৈরে লৈরে। মসি J.C. Higgins, ICS না, (মনিপুর ষ্টেট ডরবার প্রসিডেন্টনা ) শোক ১৯১৬ তা F.T. Kingsley Eq. তা ইখিবা চিঠিনা [১] তাকই।

---

[১] শোক ১৯১৬, সেপটেম্বর তাং ৬ তা F.T. Kingsley না মনিপুরগী Political Agent তা শামু ফাবা য়াহনবীয়ু হায়জরকখি। মদুগী পাওখুমদা ঃ

From, J.C. Higgins, Esq, ICS

President of the Manipur State Darbar.

To F.T. Kingsley, Esq.

Darjeelings.

Dated Imphal, the 25th November, 1916.

Sir, ............................................................

I may tell you that there are practically no elephants in the Manipur State. I have occasionally heard rumours of a few escaped timber elephants used Jirighat, on the Cachar side. A herd crossed from the Dhansiri valley into the extreme north west corner of the state at long intervals. On the Burma side a few straggle into the hills adjoining the kabow valley (Burma) but they do not occur regularly or in any quantity. There are, however, large herds in the Kabow valley to my personal knowledge.

I have the honour to be,

Sir

Yours most obedient servent,

Sd/-

President of the Manipur State Darbar.

মনিপুরদা কৈনা [১০] শামুদগী হেন্না মরাং কাইরম্মী। মসিনা চীংগী অশোংবা উমংদতা নক্তনা তম্পাক্কী মফম কয়াদা খুনলক-লৈরক অমসুং ইম্ফালগী কাচিন-কোয়াদা ফাওবা লৈরম্মী। মসি মফমশিংশিদা কৈনা মী শোকপা, নিংথেমকুমদুনা মদু লাকশিনবা, ফাবা নত্রগা হাৎপনচিংবগী থৌদোক বাথোক কয়া চৈথারোল কুম্বাবদা তোয়না-তোয়না ইরিবা অসিনা শাক্কিনি। অদুক মরাং কাইরম্বা কৈগী মশীং হন্থখিদুনা হৌজিক্তি অতাঙবা species ওইরে (মনিপুরদা কৈজাওদি পুরা লৈত্রে হায়না ফাওবা লৌনরে)। মনিপুরদগী কৈ লোইশিনখিবদা মসিগী হেবিটেট মাঙহন্দুনা নাকোয়ন্না পীবা শাকুদগীদি শিকারগী শা ওইনা হাৎতোকখিবনা মরু ওইবা হেন্নি। অদুম ওইনমক থাদোকনবা য়াদবা মরম অনিশিগী অপুনবা চৈফুনা মনিপুরদগী কৈ লোইশিনখিবনি। ইং শোক ১৯০০ ফাওবদা কৈবু য়োকখৎপগী মহৎতা, হাৎপনা হেন্না পুকনিং থৌগৎলম্মী। মসি হাৎপা ঙম্বা মীদা মনা-মথুম পীদুনা, নিংথৌগী ইকায়-খুম্নবা ফংলম্মী। লৈকায়দা নত্রগা খুঙ্গংদা 'কৈরুপ' লিংদুনা কৈ লৈরে তাবা মফমদা ময়াম চৎতুনা মদু ফারম্মী নত্রগা হাৎলম্মী। অসুম্না কৈ হাৎপশি খ্বাইদগী লেমজনিঙাই অমসুং চাওথোকনিঙাই শিনফম ওইবনা অহানবদা নিংথৌদা পাও খঙহনবা তাই। মরমসিনা মফম অমদা কৈনা মী নত্রগা য়ুমশানচিংবা শোকলবদি মদুগী পাওদু কৈরুপকি খুৎথাংদা নিংথৌ য়ৌই। নিংথৌনা মশা কুমদুনা কৈদু লাকশিন্নুই অদুগা করিগুম্বা নিংথৌকুম্বা ঙমদবা মতাংদা মহাক্না শিন্নবা কৈরুপ নত্রগা মফমদুগী মীনা কৈদু হাৎলি। হাৎলবা কৈদু নিংথৌদা পুরকলগা অমুক কৎলি অদুগা নিংথৌনা মনা পী। নিংথৌনা কৈ ফাবা অমসুং হাৎপদা অসুক পুকনিং থৌগৎলম্বগী মরমদি - মসিনা য়ুমশা নত্রগা মী শোকপগী থৌদোক য়াম্না তোয়রম্মী অমসুং প্রজাবু ঙাকশেনবসি নিংথৌগী মথৌনি। অদুগা অতোপ্পা মরম অমনা নিংথৌনা প্রজা মীয়ামদগী মকোকনি অমসুং থৌনা ফৈ উৎপনি। শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাকতক্তা ফাখিবা নত্রগা হাৎখিবা কৈ মশিং পুম্না ৩২২ রোমনি অদুগা মৈদিংঙু নরসিংহনা চহি ৬ খক্তা পানবা মতমদা কৈ ৭৭ হাৎখি [১১]। মৈতৈ নিংথৌশিংনা শাতানবদা য়াম্না হৈ-শিংবগী মরমদা Hodson না হায়রম্মী [১২]। মৈদিংঙু পাইখোম্বগী (১৬৬৬-১৬৯৭) লিরুং-তেন শিজিন্নবা হৈশিংবগী মগুন শিংথাদুনা 'তেলহৈবা' মিংথোন পিখি। শোক ১৯১০-২৪ ফাওবগী মনুংদা কৈজাও ১৮৯, কবোকৈ অমসুং কৈজেংলাং পুন্নগা ৫৯৫ হাৎপা ঙম্বগীদমক্তা চীংমী কাংবু অমদা মনা চাওনা পীখি, অদুগা অকোনবশিগী মনুংদা ৩৮০ দি J.C. Higgins না হাৎপনি অমসুং মখোয়দুগী মরক্তা কৈ মু ৩ নত্রগা ৪ সু য়াওই [১৩]। অসুন্না লমলকী

---

[১০] কৈঃ কৈজাও (*Panthera tigris*), কবোকৈ (*Panthera parudus*) কৈজেংলাং (*Neofelis nebulosa*) অমসুং কৈমু (*Felis temmincki*) The Meitheis (1908),:T.C. Hodson

[১১] চৈথারোল কুম্বাবা (১৯৮৯) ঃ ইবুংঙোহল অমসুং খেলচন্দ্র

[১২] The Meitheis (1908) : T.C. Hodson.

[১৩] JBNHS (1935), Vol, 37: J.C. Higgins.

শাশিংবু য়াম্না তমথিনা, মীনুংসি য়াওদনা পংহাৎতা হাৎতোকপদগী ওসিগী ওইরিবা ফীভমসি য়ৌরকখি।

মৈদিংঙু গরিবনিবাজ (১৭০৯-১৭৪৮) সনা হাকতক্তা মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্মদা মাই ওনশিনখিদুনা, ধর্ম্মসি পাক শন্না চৎনহনখি। মৈতৈনা শা চাবসি ধর্ম্মগা মরি পুশিন্নদুনা অথিংবা কয়া লৈহনখি। মৈতৈ চিনজাক্কা মরি লৈননা Brown [১৪] হায় :

> Children upto about the age of nine years, when they received the sacred thread of the Hindus may eat what they choose without loss of caste; after that period they require to be more strict, and eat only what is allowed by the Hindu religion to which the Manipuris professedly belong. The staple food of the Manipuris being rice, dal and fish. They do not eat any flesh whatever, ghee and milk is seldom used.

Hodson [15] না হায়

> The Manipuris are orthodox Hindus of a strait way, and are not hunters, but for the preservation of human and animals life from the depredations of leopards and tigers which at one time seem to have been fairly numerous in the valley, each village possesses an organisation called the 'Keirup' (Kei-tiger, rup-club or association) or tiger club which is responsible to the authority for the upkeep in proper order of nets and spears in sufficient quantity.

শা চাববু ধর্ম্মনা য়াদবা চৎনবী ওইরকপদগী শা-উচেকশিংদা নুংশিনা য়েংবা মীথয়েংসু হেনগৎলকখি [১৬]। হিন্দু ধর্ম্ম চৎপশিংনা শন-ইরোইনচিংবা য়ুমশাশিং চানবা নত্রগা শেন্দোং ফংনবগীদমক হাৎপা তোকখি। তম্পাক্তা লৈবা মুসলিম অমসুং tribal শিংগীদি শন-ইরোইশি মখোয়গী চিনজাকনি। মরমশিনা মৈতৈনা মখোয়দা য়ুমশাশিং য়োনবা তোকখি।

---

[১৪] Statistical Account of Manipur (1874) : R. Brown.

[১৫] The Meitheis (1908) : T.C. Hodson.

[১৬] মৈদিংঙু গম্ভীরসিংহগী (১৮২৫-৩৪) অয়োকপা কাঙ্গা অমা বামোন অমদা য়েংশিন্নবা শিন্নরম্মী। বমোন্দুনা য়েংশিনবা ৱাৎপদগী উচেকতু শিরম্মী। নিংথৌনা অশিবা উচেকতু বামোন্দুদা চানবা হায়রম্মী।

Ibid

অহানবদদি মসি ধর্ম্মনা য়াদবা চৎনবী ওইরম্বদগী শোক ১৯০৭ তা মনিপুর ষ্টেট দরবার লৈরকপদগী, শন-ইরোই হাৎপা, মখোয়বু মপান্দা থাদোকখিবা পুম্নমক দরবাকগী অয়াবা য়াথং য়াওদবা য়াদবগী অকনবা আইন লৈখি(১৭)।

---

(১৭) শন-ইরোই হাৎপা, য়োনবগী মরি লৈনবা MSD গী বারোল থরাঃ

Proceeding, Manipur State Darbar

23rd September, 1908

Vice-President : W.A. Cosgrove, Esq. ICS.

Resolution No.3. Considerd the proposal of the vice-president that an order should be issued forbiding all Manipuris and Manipuri Musalmans to sell cattle or buffaloes to Nagas, except to Nagas cultivating rice land in the Valley who require cattle for purpose of plaughing.

Resolved that the Darbar approve of the vice-president's proposal and that a proclaimation of this effect be sent to all courts and chowkidars in the state, the order to come into force from 26th October, after which no cattle or buffaloes shall be sold by Manipuris and Manipuri Musalmans to Nagas. Resolved further that any person disobeying this order of the Darbar will be guilty of a criminal offence and that this order also applies to cattle or baffaloes imported from Burma.

Sd/-

Vice President

Proceeding, Manipur State Darbar

28th October, 1908

President, His Highness the Raja.

Vice-President: W.A. Cosgrave Esq. ICS.

Resolution 4. Considered the question whether a Manipuri should be allowed to sell buffaloes to foreigners.

Resolved that vice-president alone dissenting that after the 31st October, 1908 the exports of bullocks from Manipur should be liable to imprisonment.

Sd/-

Vice-President

শন-ইরোই হাংপা শা-চাববু তম্পাকী ধর্ম্মনা য়াম্রবসু, চীংগী লমদদি মসিংগী ওম্ব তৈনবা মওংদা লৈ। চীংমীগীদমক্তদি শা-উচেক লোইবা/হাংপসি মখোয়গী ধর্ম্ম অমসুং

---

Proceeding, Manipur State Darbar

12th March, 1909

President: His Highness the Raja.

Vice-President : W.A. Cosgrave, Esq. ICS.

Resolution 2 Further considered the application of

Birbux Khansma for exporting 20 bullocks to Cachar.

Resolved that the application be rejected.

Sd/-

Vice-President.

Proceeding, Manipur State Darbar

8th April, 1909

President: His Highness the Raja

Vice-President : W.A. Cosgrave, Esq. ICS.

Considered His Highness the Raja's note recommending the release of two Mohamadans of Khabaisoi who were sentanced to two years rigorous imprisonment by the Chirap in criminal case No. 157 of 1830 sole for attempting to slaughter a cow.

Resolved that the two men Senaulla Iman and Ami Iman be released from jail without further delay.

Resolved further that a proclaimation be published to all village headmen and chowkidars in the valley saying that the killing of cattle and buffaloes is forbidden by the Darbar.

Sd/-

Vice-President.

চংনবীগা মরি লৈনবা থবক-থৌরম অমসুং উশোব-মেলাগী থানবা য়াদে। Hudson [১৮] না হায় ঃ

In the days of Colonel McCulloch the prize of a wife among the Kabuis was seven buffaloes, ... does, ...and ..."

"Buffaloes and mithan* are now scarce to the hills, so substitutes have been found."

"The regulated payment for a wife among the Marrings was in 1859 three gongs or two methins. In fault of which the first child born becomes a slave."

## ১৯০০ গী মতুং-মনিপুরদা শিকার নিয়ম চংনবা

মনিপুরদা লমলক্কী শা-ঙা, উচেকশিংবু য়োকখৎপা, মখোয়বু ঙাকশেন্নবা আইনগী অহানবা খোঙথাং ওইরিবা শিকারগী নিয়ম (Game Rules) অসি য়াম্না কুইরবা মতমদগী লৈরকলে [১৯]। ভারতকি ষ্টেটশিংগী মনুংদা শিকারগী নিয়ম চংনবদা মনিপুরসু মাংজিন থাবা রাজ্য ওইরম্মী। অদুগা থাইনগী মনিপুরগী নিংথৌশিংনা মফমসিগী শা-ঙা, উচেকশিংগী মশীং হন্থরকপগী মরম খঙলম্মী অমসুং মদু থিংনবা উপায় থিরম্মী।

---

[১৮] The Naga Tribes of Manipur (1911) : T. C. Hodson.

* mithan : শন্দং অমসুং শল-ইরোইগা য়ুম্বাম্নরগা পোকপা মচানি। মসিসু শন্দং হায়না অদুমক খঙনৈ।

" Both tsaine and gaur have been known to breed with domestic cattle. With the gaur such interbreeding has given rise to a handsome breed of a cattle kept in a partially domesticated condition by the hill tribes of Assam and the Indo-Burmese hill ranges. These hybird cattle are generally called mithan or methne."

The book of Indian Animals (1948) : S.H. Prater.

[১৯] Game Rules : লমলক্কী শা-ঙা অমসুং উচেকশিংগী লাবা, অমোম, অমসুং নহা-অহল মশক খঙনা, মখোয়গী হাংপা য়াবা অমসুং য়াদবা মতম ভাকপা, shooting permit কি নিয়ম ভাকপা, নিয়ম কাইনা শা হাংপশিংদা পিগদবা দন্দিগী মরমনচিংবা ভাকপা চেরোল।

শঙাই হাৎপগা মরি লৈনা Wilson না হায় [২০] :

"Before the rebellion of 1891 they* were preserved by order of the royal family, and any man who was proved to have killed one had his hand chopped off, but after we took over the affairs of the state the deer was allowed to take their chance, and the Mohommedans who lived in the vicinity were not long in waking up to the fact. They used to mount their buffalo, armed with spears, ride quietly upto the deer, surround them in the heavy grass, and then stick them. Stag, hind, or calf being all the same to the native, who unless made to, will observe no close time."

শোক ১৯০০ গী অঙনবা শরুক্তগী মনিপুরগী চীংগী তুরেলশিংদা য়াই থারগা ঙা ফাবদা অথিংবা লৈবা হৌরকখি [২১]। মনিপুরদগী Burmese Peafowl (*Pavo muticus*) মাঙশিনলকপবু common Pea-fowl (*Pavo cristatus*) না মহৎশিননবগী মরমদা নিংথৌনা পুকনিং চিংশিনখি [২২]।

---

[২০] Sport and Service in Assam and Elsewhere (1878) : Alban Wilson.

* শঙাইবুনি।

[২১] Hunting is prohibited during the cultivating season and the game have thus a close season which is extremely beneficial, for they have no scruples as to killing does."

The Naga Tribes of Manipur (1911) : T.C. Hodson

[২২] " The Burmese Peafowl (*Pavo muticus*) Manipuri wahong. This species used to be fairly common in the Manipur hills, but is now practically extinct. The male of a pair flushed in the extreme north of the Manipur valley was shot on January 28th, 1928. The only record I have of these birds is the peport of a hen being seen near the same, spot 2 or 3 years earlier (possibly the same bird).

The common peafowl (*Pavo cristatus*) - Manipuri wahong. His Highness the Maharaja * has some pairs at the palace, the offspring of which have run wild over the country to some extent, and have reached the hills east and north of Imphal. It will be interesting to see whether they will be able to establish themselves and replace the extinct Burmese race by the Indian."

* করম্বা মহারাজনো হায়বদি ময়েক শেংনা পনলমদে।

JBNHS (1933), vol 36: J.C. Higgins.

শোক ১৯০৭ তা মৈদিংঙু চুড়াচান্দ সিংহ হাকতক্তা মনিপুর ষ্টেট ডরবার লিংখৎলে। নিংথৌনা ডরবারগী President অদুগা মতমদুগী ব্রিটিশ ICS ওফিসার W.A. Cosgrave না Vice-Presidnet নি [২৩]। ডরবারনা অহানবদা শল-ইরোইনচিংবা য়ুমশাশিং হাৎপা থিংবা অমসুং মপান্দা থাদোকপগী থবক্তা মীৎয়েং চিংশিনখি অমসুং থবকশিংসিবু ডরবারগী অয়াবা য়াওদনা তৌদনবা আইন চলাইখি(শা-শল হাৎপা থিংবগী ডরবার resolution থরা মথক্তা পনগ্রে)। মতুংদা লমলকী শা-উচেকশিংগী হোংলকলিবা ফিভম্বু ডরবারগী মীফম কয়াদা থম্নরবা তুংদা, ইংশোক ১৯১৬ কি জুলাই তাং ৫ দা মনিপুর ষ্টেটকি শিকার নিয়ম তাকপা, Draft Game Rules [২৪] ডরবারদা পুথোকখি। লাইবক

---

[২৩] ইং শোক ১৯১৬ তগী ব্রিটিশ ওফিসার অদুনা President ওইরে। J.C. Higgins Esq. ICS না অহনবা ব্রিটিশ মচা ডরবার President নি।

Manipur State, Darbar (1907-1947) : Manipur State Archives Govt. of Manipur. 1987.

[২৪] Proceeding of Manipur State Darbar, 5th July, 1916.

**Draft Game Rules for the State of Manipur.**

Resolution 5. Read the draft Game Rules for the Manipur State prepared by the President. The rules were appeared as below :

1. Fishing with dynamite or poison is absolutely forbidden.

2. Fishing in the hill streams with dragnets or by bandhs or by castnets in conjuction with fouling of water by throwing in earth or other means is forbidden.

3. No Manipuri may fish in a hill stream without a permit from the president of the Darbar.

4. No one may fish except with a rod, in the following reserves.

i) The Barak, from the source to the point below Maram where it turns to the west.

ii) The Khuga, from Thingangphai to the western boundary of Saitol Village.

5. No one may fish in the following reserves without a permit from President of the Darbar, except with a rod:

i) Thoubal river, from the Ukhrul road suspension bridge to the point below the cholera camp where it turns south.

ii) The Chakpi river from the mouth to the source.

যরুবা নত্রগা মতা চারুবদগী মতমদুগী ডরবার President ওইরিবা J.C. Higgins শাউচেকপু নুংশিবা মীশক ওইরম্মী অমসুং মসিমক্তা নিংথৌগী অপাম্বদু থবক ওহোকপদা খুমাং চাওশিলহনখিবনি। শিকারগী নিয়মসি থবক ওইনা চংথরবা মতুংদা চীংমীশিংগী

---

6. No deer of any kind are to be killed in the valley without a permit from the President of the Darbar.

7. Permit to kill not more than two Manipuri stags (Sangai laba) in a season will be granted on payment of the following fees :-

i) To residents in the Manipur State Rs. 10/-

ii) To persons residing outside the Manipur State Rs. 25/-

8. No famale deer, immature males or males in velvet are to be killed any where in the Manipur State.

9. The following close seasons are prescribed spotbill (Nganu pirel)

Cotton teal (Nganu pegdek)

Whistling teal (Tingi)

Partrige (Urembi)

Quail (Soibol)

From 1st April to 31st August.

Egrets of All kinds (Urok etc) the whole years.

10. No one may trade in egret feathers or be in possession of them except with the permit from the President of the Darbar.

Penalties

a) For the first offence, a fine not exceeding Rs. 100/-

b) For the second and subsequent offences imprisonment upto six months or a fine or both.

c) For the second or subsequent offences of trading in or being in possession of egret feathers the accused will be liable to expulsion from the state.

d) The guns, spears, traps, fishing instrument etc. used by any person transgressing these rules will be liable to confiscation.

খরা খূদোংচানবগীদমক্তা মরক-মরক্তা শেমদোক শেমজিন তৌখি (২৫) অমসুং মসিদগী চীংমীশিংবু তম্পাক তমনা চেহ্নদনা চীংগী তুরেলশিংদগী য়াই থারগা ঙা ফাবা য়াহনখি।

ইং ১৯২২ দা চীংমী প্রজা খরনা চীংগী তুরেলদা হিদাক থাদুনা ঙা ফাগে হায়জরকখি। মসিনা মথক্কী Game Rules বু চীং অমসুং তমদা মপুং ফানা চৎনরে তাকই। ঝাফমসি ডরবারনা খননরবা তুংদা মনিপুরগী ঙমখৈদা চেনবা তুরেল খরদা হিদাক থারগা ঙা ফাবা য়াগনি হায়খি (২৬)। শোক ১৯২৬ তা, President, MSD না সহি তৌবা নোটিশ ৪৮ নুং (২৭) অসি Draft Game Rules থবক ওইনা চৎনরবা মতুংদনি। মনিপুরগী মনুং অমসুং মপানগী মীওই কয়ানা শা-উচেক কাপকে হায়জরকখি, হায়জরকপা খুদিং-মকপু MSD না কুপনা খন্নরগা পাওখুম হেক হেক পী। খুদম ওইনা, মনিপুরদগী শজি কাপকে হায়জরকপা অমগী পাওখুমদা Vice-President, MSD না নভেম্বর তাং ১৩, ১৯৩০ দা হায় ঃ

---

Rewards

A reward of Rs. 25/- will be paid for information leading to conviction.

Approved Sd/-

Sd/- President, Manipur State Darbar.

Churachand singh

4-8-16

(25) Proceeding, Manipur State Darbar

6th September, 1922.

Resolution 10. The Darbar considered the President's proposal reamendment in the Game Rules.

Resolved that in para 2 of the said rules that after the world 'Hill streams' the following clause be inserted 'Which flow into the valley of Manipur or the Manipur rivers.' The insertion of the clause will enable Hill men to fish in their local streams provided such streams do not flow into Manipur. The object of preventing bandhs in streams which flow into Manipur is to preserve the supply to fish for the Manipuri fisheries.

26) Darbar Resolution No. 1 of 20-8-23.

(27) নোটিশ ৪৮ নংগী xeroxed copy - Annexure I

Grant permit for ordinary deer (males only and not more than two) for a period of three months only and not Sangai" [২৮]।

R.K. Bhaskar Singh . মেম্বর MSD না শজি অমত্তা হাৎকে হায়জবদা মথক্কীশিগা মাম্নবা য়াথং পীখি [২৯]। (শজি শঙাই কাপকে হায়জরকপগা মরি লৈনবা ডরবার

---

[২৮] Manipur State Office. File No. 9, Shooting Permit for 1930-31 to 1934-35.

[২৯] Memo No. 2461/VI 9 of 12-12-30

To

R.K. Bhaskar Singh, member MSD is permitted to kill upto ten male deer (not Manipur stag). Pass will remain in force only to end of May, 1931.

No Female deer, immature males or males in velvet are to be killed any where in the Manipur State.

Sd/-

Vice-President, MSD.

R.K. Bhaskar Singh না হায়জরকপা অতোপ্পা দরখাস অমগী পাওখুমদা হায় ঃ

Memo No. 3578/VI-9 of 25-2-31

R.K. Bhaskar Singh, Member, MSD is permitted to fish in the Hill streams. He is requested to strictly follow the regulations and restrictions laid down in the Game Rules of the state. Pass will remain in force only to the end of April, 1931.

Sd/-

Supdt. State Office.

for

President, MSD.

25-2-1931.

রিজোলুসন কয়া মথক্তা য়াওগ্রে) অসুম্না ইংশোক ১৯৩০ ফাওবগী মনুংদা মণিপুরদা লৈবা অমসুং মপানদগী লাকপা মীওই, সিফাই অমসুং সরকারগী কারমাচারীশিংনা শা-উচেক, শজি-শঙাইনচিংবা কাপকে হায়জবদা অথিংবা নত্রগা অয়াবা কয়া পীখিবদু শোক ১৯১৬ কি শিকার নিয়মশিংগী মখাদনি।

ইংশোক ১৯৩০ দা Capt. C.W.L. Harvey, M.C., I.A. না ডারবারগী President ওইরে অমসুং মসিগা লোইননা ইংশোক ১৯৩১ দা হৌজিক মীয়াম্না খঙনরিবা মণিপূরগী অহানবা শিকার নিয়মসি ছাপা তৌদুনা পুথোক্লে (৩০)। থাঙ্গৈশেংবদি মসি

---

(৩০) Capt. Harvey গী শেমদোকলবা Games Rules of Manipur.

## Revised Game Rules

The state games rules are published for general information:-

1. Fishing with dynamite or poison is absolutely forbidden. Nagas and Kukis only are allowed however to poison fish in streams that form the boundary between the Naga Hills and Manipur but may use only those poison which are permitted in the Nagas Hills.

2. Fishing with dragnets or castnets or by fouling the water, by throwing in earth etc. is forbidden in all hills streams which flow into the valley of Manipur or into the Manipur river.

3. Bunds may not be erected in hill streams.

4. No persons other than hill men may fish in any hill stream without a permit in writing form the President of the Manipur State Darbar.

5. No one may fish except with a rod in the following reserves:

(i) The Borak, from the source to the point below Maram where it turns to the west.

(ii) The Khuga, from Thingangphai to the western boundary of Saitol village.

(iii) The Thoubal river from the Ukhrul road suspension bridge to the point below the Cholera Camps where it turns south.

(iv) The Chakpi river, from the mouth of the source.

Fishing by other means than with a rod may be granted in special cases in (3) and (4) above on application for the necessary permit being made to the President, Manipur State Darbar.

6. No deer of any kind may be killed in the valley without a permit from the President of Manipur State Darbar.

7. Permits to kill not more than two Manipuri stag (Sangai laba) in a season will be granted on payment of the following fess:

(i) To resident in the Manipur State Rs.10/-

(ii) To persons residing outside the Manipur State Rs. 25/-

No Manipuri stag may be killed between June 1st and October 31st.

8. No female deer, immature males or males in velvet may be killed anywhere and at any time within the Manipur State.

9. No game birds may be shot in the valley without a permit from the President of the Manipur State Darbar.

10. Bird shooting permits may be issued at the discretion of the President, Manipur State Darbar and will be charged for the following rates:

For Residents in the Manipur State

(i) For 10 days or less at Rs. 2/-

(ii) For 11 days upto one month at Rs. 4/-

(iii) For the season at Rs. 15/-

Non-residents of the state shall pay four times the scale laid down in this rule, except thse invited to stay as personal guest of residents who shall pay at the resident's rates.

11. The following game birds may not be shot between 1st April and 31st August.

মপুং ফাবা শিকার নিয়মনি (Capt. Harvey গী শেমদোকলবা Game Rules for the Manipur State অমসুং লাইব্রিকশিগী লমায় ১২২দা য়াওখিবা Draft Game Rules for the Manipur State অনি চাংদমনবীয়ু। )

মণিপুরিনা মনিংমখা তম্বা ষ্টেট অমা ওইরমবনা মসিগী Game Rules সু অসাম অমসুং ভারতকি অতে ষ্টেটশিংদগী তোঙান্না লৈরম্মী। মসি ইংশোক ১৯৩১ দা Capt. Harvey অমসুং অসামগী Game Preservation Society গী Secretary অনিনা চৎনখিবা চিঠীনা তাকই [৩১]। ইংশোক ১৯৪০ দা অসামদা লমখুনু মখল, উরেম্বী মখল,

---

Spotbill (Nganu pirel)

Cotton teal (Nganu pedek)

Whistling teal (Tingi)

Partridge (Urembi)

Quail (Soibol)

12. No one may shoot or kill egrets or trade in egret feathers or be in possession of them except with a permit from the President of Manipur State Darbar.

13. The netting of wild geese or wild ducks is strictly prohibited.

Penalties for any breach of these rules:

(a) For the first offence fine which may extend upto Rs. 100.

(b) For the second and subsequent offences, imprisionment which may extend upto six months or fine which may extend upto Rs. 200 or both.

(c) Any guns, spears, traps, fishing instruments etc, used by any person transgressing these rules will be liable to confiscation.

Rewards

A reward of Rs. 25 will be paid for information leading to a conviction.

[৩১] লমলক্কী শা-উচেক য়োকখৎপগা মরি লৈননা MSD অমসুং অসামগী; Game Preservation Society অনিগী মরক্তা চৎনখিবা চিঠিগী বারোল মতেক খরা ঃ

লম্বয়েন মখল খরা, ট্রাইগোপান, শোইবোল, antelops, লমশন, লমইরোই, শজিলাবানচিংবা শা উচেকশিংবু চাগোকথাদা হাংপা য়াদে অদুগা Pink-headed duck (ডানু কোকঙাংবী), বাহোং, কাঁঙা, ডাহোইবী মখল, চেকলাওবী, মপুং ফাগ্রিবা শজি লাবা অমসুং অমোম মখল

---

Proceeding, Manipur State Darbar

3rd July, 1931

Resolution 5 A. Considered a latter dated 21st April. 1931 from the Assam Game Preservation Society, Sillong.

The President is asked to reply to the society that the state has game rules in force to preserve such animals and birds.

Resolution অসিবু থবক ওইনা লৌখৎপদা Capt.Harvey.

From

Capt. C.W.L. Harvey, M.C., I.A.
President, Manipur State Darbar.

To

The Secretary, Assam Game Preservation Society, Sillong.

Dated Imphal, the 7th August 1931.

Sir,

I have the honour to refer to your letter dated 21st April 1931 to the address of His Highness the Maharaja of Manipur and to enclose for your information a copy of the State Game Rules. From these I think it will be evident that the State is in full sympathy with the objects of your society and has already taken steps to preserve the wild animal;s and birds of the Manipur State.

Should you at any time desire that the state should take any special precautions or steps to preserve any particular species of wild animal or

খুদিংমক, শামুগাঙা, শামু, Gibbons, pygmy hog, pangolin, হংকোক অমসুং লাইরেলবু চহিচুন্না হাংপা য়াহনদে [৩১]।

ভারতনা নিংখা তমদুনা ইশাগী সংবিধান চৎনরকপগা লোয়ননা লমলন্সী শা-উচেকশিংবু ঙাক শেনবা, মশীং হন্থরকলবশিংবু য়োকখৎতুনা অমুক মশীং হেনগৎহনবা, মখোয়গী থারা-নালা অমসুং খোঙ্গুল মুৎথিবদগী কনবা অসিনচিংবা থবকতা অনৌবা খোঙথাংগা লোয়ননা কন্না চংশিনবা হৌরে। কেন্দ্র সরকারনা ষ্টেট সরকারদা সংবিধান্না [৩৩] পীরিবা লমলন্সী শা-উচেক য়োকখৎপগী Article বু থবক্তা ওঙ্খোকনবা পাওতাক পীরে। ভারতগী মাঙশিনলকলিবা Wildlife কি কীভমশিং য়েংশিন্নবা Inspector General of Forest না Chairmen ওইবা Adhoc committee অমা শেমলে অমসুং কমিটি অসিগী পাওতাক মতুং ইন্না ইংশোক ১৯৫২ দা Central Board for Wildlife লিংখৎলে। মসিবু য়াম্না থুনা Indian Borad for Wildlife হায়না মীং ওন্দুনা ভারত অপুম্বগী ওইবা থৌরাং ওইখি। অদুবু ভারত্তা Wildlife conservation গী মরমদা খন্ন-নৈনবা, মসিবু থবক ওইনা পাঙথোকন্নবগী খুজিল থৌরাংদি ঐখোয়না সরাজ ফংন্দ্রিঙৈদগী হৌখ্রে। মসিগী মরম তাকপা চাওরাকপা বান্নী মতেক অমা ঃ

---

bird, I am to say that the Darbar would be pleased to consider the matter and help in any way possible.

Your obedient servent

Sd/-

President, Manipur State Darbar.

Manipur State Office. File No. 9. Shooting permits for 1930-31 to1934-45.

[৩১] Notification No. 11110 G.J., the 27th Februatry 1940 by H.G. Dennehy, Chief Secretary to Govenment of Assam.

Ibid.

[৩৩] সংবিধান্না পীরিবা Directive Principles of State Policy গী Article ৪৮ ওবদা হায় :

The State shall endeavour to protect and improve the environment and to safeguard the forests and wildlife of the country.

লমলক্কী শা উচেক য়োকখংপা অমসুং ঙাক শেনবগী মরমদা ভারত অপুম্বগী মিটিন অমা দিল্লিদা ফমনবগীদমক্তা ভারত সরকারদগী Confidential D.O. অমা [৩৪] অসামগী Chief Secretary দা ইরকখি। চিঠি অসিবু অসামগী Under Secretary [৩৫] না মণিপুরগী Political Agent, C. Gimson দা খঙহনলকখি অমসুং Gimson না মসিগী চে-চাং পুন্নমক ডরবারদা লানখৎখি [৩৬]। বাফমসি সেপ্টেম্বর তাং ৫, ১৯৩৩গী ডরবার মীফমদা কুপনা নৈনখি অমসুং ভারতসরকারগী D.O. গী ২ শুবা পেরাদা পীরিবা Asiatic Conference অমা London দা পাংথোকনি হায়বগী মরমদা পুক্কিং চিংশিনখি।

ডরবার মীফমদুগী রিজোলুসন অমদা অসুন্না হায়ঃ

Resolution 3.A,

> The Darbar have no doubt that if the proposed All – India Conference is held under the auspices of Government of India, it will carry greater weight. But, as regard's the proposed Asciatic Conference in London the Darbar do not see any real necessity for it.

মথং, ওক্তোবর থাগী তারিক ৯ দা Political Agent না শিলোংদগী ফংবা টেলিগ্রাম অমদা [৩৭] দিল্লিদা পাংথোকদৌরিবা All India Conference দা মণিপুরদগী মীহৎ থারকনবা

---

[৩৪] Confidential D.O. No. 1176-R/34 dated the 30the July, 1934 from the Government of India in the Foreign and Political Department to the Chief Secretary to the Government of Assam.

Manipur State Office, File No. 9. Shooting permits, for 1930-31 to 1934-45.

[৩৫] I am desired to forward a copy of Confidential D.O. No. 1176–R/34, dated 30th Jyly, 1934 ........................................................ to ascertain the views of the Darbar.

A. Macdonald Esq. I.C.S., Under Secretary to Govt. of Assam.

Manipur state office, File No. 9; Shooting Permit for 1930-31 to 1943-45.

[৩৬] C. Gimson Esq. I.C.S., Political Agent Manipur. Memo No. 1576. dated Imphal the 16th August, 1934.

Ibid.

[৩৭] Telegram No. 3470–R. Dated the 9th October, 1940.

Ibid.

খণ্ডহনলকখি। মথং নুমিৎতা (ওক্তোবর তাং ১০ দা) Political Agent না থোইদোকপা ডরবার মীফম কৌদুনা বাফমসি খন্নবিনবা হায়জখি [৩৮]। নুমিৎতুমক্তদা শ্রীযুৎ চূড়াচান্দ মহারাজনা ডরবার মীফম কৌখি অমসং মীফমদুদা মণিপুরগী মীহুৎ থাদনবা বারেপ লৌখি [৩৯]। All India Conference সি শোক ১৯৩৫ দা নুমিৎ হমনি চুপ্পা (জনুয়ারী ২৮ দগী ৩০ ফাওবা) নিযু দিল্লিদা ফমখি অমসুং মীফমদুদা Article ১৬ অমসং Annexure অনি (A অমসুং B)য়াওবা Draft convention অমা পুথোকখি। Annexure A (৪০) দা ভারত্তা ফীভম ফংত্রবা শা মথল ১৩ অমসুং Annexure B দনা মশীঙ হুম্বুরকলবা শা মথল ২১ য়াওই।

---

[৩৮] C. Gimson ICS., Political Agent Manipur, Memo No. 2177, dated Imphal, the 10th October 1934.

Manipur State Office, File No. 9 Shooting permits. for 1930-31 to 1934-45.

[৩৯] Proceeding of a special Meeting of the Manipur State Darbar, held on 10th October, 1934.

Considered Political Agent's Memo No. 2277A/- M.S dt. 10th October, 1934 enclosing a copy of Assam Government's telegram No. 3470-R. dt. 9th October 1934 regarding All India Conference for the Protection of wildlife to be held in Delhi.

Darbar are not prepared to depute any delegate to the ensuing conference.

Darbar wish the conference every success.

Sd/-

Churachand Singh.

KCSI, CBE.

Maharajah of Manipur

10-10-34.

[৪০] Annexure A গী শামথল ১৩ গী মনুংদা মণিপুরগী শঙাই, ঙানু কোকঙাংবী (Pink-headed duck) অমসুং White-winged wood duck সু য়াওরি।

মখোয়শিংবু ভাকশেন্নবগী মরমদা Convention অসিগী Article ৭ডবগী অহানবা পেরাদা [৩১] মরেক শেংনা তাকই। Draft Convention অসিগী অকুপ্পা বারোল পুন্নমক মণিপুরগী Political Agent না অসাম Governor গী Secretary দগী ফংখি [৩২] অমসুং মহাক্না বাকমসি ডরবার দা থম্বীনবা লানখৎখি [৩৩]। ডরবারনা তাং ১৬-১২-৩৭ কী

---

[৩১] The protection of the species mentioned in the annex to the present convention is declared to be special importance. Animals belonging to the species mentioned in Annex. A shall, in each of the territories of the contracting Governments, be protected as completely as possible, and the hunting, killing, or capturing of them shall only take place by special permission of the highest authority in the territory, which shall be given only under special cricumstances, solely in order for further important scientific purposes, or when essential for the administration of the territory. Animals belonging to the species mentioned in Annex B, whilst not requiring such regorous protection as those mentioned is Annex A, shall not be hunted, killed, or captured in any part of the territory of the contracting Governments except under rules made by the competent authorities.

Draft Convention for Preservation of the Fauna of India. January, 1935: page 2.

[৩২] Letter from the Secretary to His Excellency the Crown Representative to the Secretary to the Governor of Assam, No. F. 136-1. A/37, dated New Delhi, the 9th November 1937.

চিঠিশিমক অসাম Governor গী Secretary না মণিপুরগী Political Agent তা পীরকখি।

Letter from the Secretary to the Governor of Assam to the Political Agent in Manipur.

Memo No. 3030 G.S., dated the 29th November 1937.

Manipur State Office. File No. 9. – shooting permit.

[৩৩] Forwarding letter from C. Cimson, Political Agent in Manipur to M.S.D. Memo No. 3224–M.S/482, dated Imphal, the 6th December 1937.

Ibid.

মীকমদা কুপনা থম্ন-নৈনরবা মতুংদা হিরমশিদা মমুৎতানা খঙবা মীশক বাংপগী নুংঙায়ডবা ফোংদোকখি [৪৪]। Draft convention গী ৮ শুবা Article গী ২ শুবা অমসুং ৩ শুবা পেরাদা লমলক্কী শা-উচেক অমসুং মখোয়গী পোৎথোকপু নিয়ম লান্না মপান্দা য়োনবা থিংনবগীদমক্তা ষ্টেট সরকারনা অখণ্ড-অহে করমাচারী থমনবগী বারোল তাকই। মসিগী বারোল য়াওবা চিঠিদু মণিপুরগী Political Agent না অসাম Governor গী Secretary দগী ফংখি [৪৫] অমসুং মদু ডরবারদা পুখোক্লুনা থম্নখি। [৪৬]

মণিপুরনা মশাগী শেম্লোক মরাংকোয়দবা অমসুং লাইরিক হৈবা মীওই মতিক চানা লৈতবদগী ভারত সরকারনা লৌখৎলিবা লমলক্কী শা-উচেক ঙাকশেনবা অমসুং য়োকখৎপগী থৌরাংদা মায়পুন্না য়াওবা ঙমলুদ্রবসু, ষ্টেটকি ওইনা লৈরিবা শিকার নিয়মগী মখাদা শা-উচেকশিংবু মাঙহন তাকহনবদি ডরবারগী অকনবা চৈরাক লৈরম্মী [৪৭]। মরমশিনা ইংশোক 1931দা Capt. Harvey গী শেমদোকলবা শিকারগী নিয়ম চৎনরকপদা, 4th Battalion Assam Rifles গী Commandent গী চিঠি অমনা হায় :

---

[৪৪] Resolution 9. Consifer P A Memo No. 3224. MS/482 of 6-12-37 forwarding copy of Memo No. 3030– G.S., date 29th November, 1937 from the Secretary to the Governor of Assam regarding All India Conference for the Preservation of wildlife.

The Darbar regret that they have not the stuff necessary to subscribe to this convention.

Proceeding, MSD : 16-12-37.

[৪৫] Letter from the Secretary His Excellency the Crown Representative to the Secretary to His Excellency the Governor of Assam. No. F. 136 I.A/37, dated New Delhi, the 5th April. 1940.

Manipur State Office, File No. 9. Shooting permit.

[৪৬] The Darbar regret that they have not the stuff necessary to cooperative with the central Government.

Proceeding, M S D: 25-5-80.

[৪৭] Game rules কি মতুংইন্না শা-উচেক কাপ্পদা ডরবারগী অথিংবা বায়েল থরা লমায় ১২৬ দা য়াওব্রে।

I would at the sametime like to point out that Rs.15/- for a sepoy's licence (his pay being Rs. 11/- p.m.) is so heavey a charge that no men would be able to afford it without help from funds (৮)

ডরবারগী President না Political Agent দা ইবা চিঠি অমদসু অসুন্না হায়ঃ

It has been reported that a son of the Subedar Major of the 4th Assam Rifles recently went with Capt. Edwards' shikari and shot at duck on Sanapati, Neither of these two persons have been issued with shooting permits from this office, and it appears they have comitted a breach of Rule 4. of the State Game Rules.

They are both, I beleive, British subjects and I would be grateful if steps might be taken to recover from them the shooting permit fees due, and any fine in addition, that you may think suitable. (৯)

Game Rules অসিগী মতুংইন্না লোক্তাক পাৎতা উচেক কাপ্পা য়ারোই হয়বা ডরবারগী হুকুম অমা সুপারিনটেদেন্ট ষ্টেট ওফিসারনা সহি তৌরগা তাং ৪-১-৩৫ ইংদা নোটিশ থোকখি (নোটিশ অদুগী Xeroxes copy অমা Annexure II দা উৎলি)।

লমলক্কী শা-উচেকশিংবু ঙাকপী-শেনবীবা, মখোয়বু য়োকখৎপগী থবক লেপতনা চৎথরকপনা, ইংশোক ১৯৫২ দা Indian Board for Wildlife শিংখৎলে। Wildlife অমসুং মসিগী পোৎথোকশিংবু ঙাক-শেন্দুনা, মাঙহন্দনা নিয়ম চুন্না শিজিন্নবা, ইরৈবাক-ইরমদম অমসুং ইজাতিগী হৌনা-লোনচৎ অমসুং সাহিত্যগী মচাক ওইরিবা নিতি-নিয়ম কয়াবু কাইহন্দনা থমদুনা জাতিগী আয় হেনগৎহনবা অমসুং মীওইবনা শা-উচেক অমসুং পাম্বীশিংগা হিংমিন্নবগী তঙাযফদবা মরম মুন্না খঙবা পৃথিবীগী লৈবাকশিংগী মনুংদা ভারতসু অমা ওইরে। তপনা-তপনা পাইখৎলকপা খোঙথাংদা ভারত সরকারনা Indian Wildlife (Protection ) Acxt. 1972 আইন ওইনা চলাইরে। মালেমশিদা লমলক্কী শা-উচেক অমসুং মখোয়গী পোৎথোকশিংবু ললোন-ইতিক্কী পোৎচাক ওইবদা য়েংশিন্নবগীদমক্তা শিংখৎখ্রবা, Convention on International Trade in Endangered species of

---

(৮) Letter from the Commandent, 5th Battalian Assam Rifles to the President, M S D, No. 1394 dated Imphal. the 24-8-31.

Manipur State Office, File No. 9. Shooting permit.

(৯) Letter from President, M S D to the Political Agent Manipur, Memo No. 3224/VI-9, dated 22-11-32.

Ibid.

Wild Fauna and Flora (CITES) দা ভারতসু ইংশোক ১৯৭৬ তগী য়াওরে। Wildlife Protection Act পু ভারতকি ষ্টেট অমসুং ইয়ুনিয়ন টেরিটোরীশিংদা (নাগালেণ্ড অমসুং জামু অমসুং কাশ্মীর নত্তনা) আইন ওইনা চৎনগ্রে। মণিপুরদা আইনসি মেপী তাং ৫, ১৯৭৩ দগী চৎনবা হৌখি [৫০]অদুগা Wildlife (Protection) Manipur rules, 1974[৫১] শেমদুনা লমলকী শা-উচেকশিংবু ঙাক-শেননবগী থবক হেন্না পাকথোক চাওথোকহল্লে অমসুং Manipur Wildlife Board শেমদোক-শাদোক্তুনা wildlife কা মরি লৈনা হীরমশিংবু সরকারদা পাওতাক পীরে। ইংশোক ১৯৭৪ দা মশীং হল্লরকলবা মণিপুরগী শা-উচেকশিংবু Schedule A (থোমথকপা শা), B (উচেক) অমসুং C (লিনগী কাংলুপ) হায়না কাংলুপ অহুম থোক্লা খাইদুনা মখোয়বু হাৎপা অমসুং ফাবা য়াবগী মতম অমুকহল্লা (ইংশোক ১৯৩১ দা শিকার নিয়ম লৈখ্রে) শেমদোক-শেমজিন তৌরে[৫২]। ইংশোক ১৯৮৯ দা শঙাইবু (*Cervus eldi eldi*) মণিপুর ষ্টেটকী শা, নোঙিনবু (Humes bar tailed pheasant-*Syrmaticus humiae*) ষ্টেটকী উচেক, উনিংথৌ উবু (*Phoebe heineisiana*) ষ্টেটকী উ অমসুং শিরোই লিলিবু (*Lelium macklinae*) ষ্টেট লৈ ওই শকথঙলে [৫৩].

## Wildlife Sanctuary অমসুং National Park

ভারত্তা অঙনবা মতমদগী শিকারগী নিয়ম শেমদুনা শা-গা, উচেকনচিংবা ফাবা, হাৎপনচিংবগী অথিংবা লৈরবসু, মফমসিগী শা-উচেক খরগী মশীংদি অসুম অসুম হল্লরকখি। খুদম ওইনা মণিপুরগী শঙাই, ঙানু কোকঙাংবী, [৫৪], White-winged wood duck [৫৫] অসামগী শামুগগা, শামু, Pygmy hog, Golden langure, গুজরাতকি নোংশা, black buck হায়বা শজি মখল, Crocodile, জামু অমসুং কাশ্মীরগী কসতুরী শজি; করনাটকাগী Great Indian Bustard হায়বা উচেক মখল, অসিনচিংবশি Wildlife (Protection) Act, 1972 গী অহানবনা Schedule দা য়াওদুনা শাথিনা মশীং হল্লরবা অমসুং খোঙুল

---

[৫০] Gazette of India. Extraordinary, Part II, May 15, 1973.

[৫১] Manipur Gazette, Extraordinary, No. 59. June 27, 1974.

[৫২] Manipur Gazette, Extraordinary, No. 138,September 18,1974.

[৫৩] Govt. of Manipur, Notification No. 60/ 87– For (pt), dated Imphal, the 21st March, 1989

[৫৪] অমসুং [৫৫] উচেক মখল অনিসি চহি খুদিংগা মণিপুরদা migratory bird ওইনা পাইরকপনি। হৌজিক পাইরকত্রে। অহানবগী মখলসিমদি খোঙজুল মুৎথ্রে খল্লরে।

মুৎলগনি মিপায়রবা শা-উচেক ঙাক্তনি। অসিগুম্বা ভাঙনা কংলবা শা-উচেকশিংবু য়োকখৎলবগীদমক্তা ষ্টেট খুদিংমক্তা Wildlife Sanctuary অমসুং National Park শিংবু লিংখৎতুনা, ভারতকী লৈমায়দগী লম বর্গ কিলোমিটর ৭৫, ৭৬৫ হায়বদি অপুনবা লৈমায়গী ২.৩% অমসুং reserve উমংগী ১৯% গী লম কল্লে। মসিগী মনুংদা অবাং-নোংপোক ভারতকি ষ্টেট অমসুং ইয়ুনিয়ন টেরিটোরীশিংগী ওইনা অপুনবা লৈমায়গী ৪.৬% অমসুং reserve উমংগী ১৪.৫৪% ওই অদুগা মণিপুরগীনা মথংশিংনা ১.০১% অমসুং ২.০৫% তমক ওই [৫৬].

ভারতকি ওইনা খ্বাইদগী ফীভম শোকচিল্লবা শা-উচেকশিংবু ঙাকশেনবা অমসুং খোঙুল মুৎথিগদবদগী কল্লবগীদক্তা ভারত সরকারনা IUCN, WWF, FAO, UNDP নচিংবা International Organisation শিংগা খুৎশমনরগা Project শিংগা খুৎশম্নদুনা project কয়ামরুম পাইখৎলে। Project শিং অসিদা ঙাকশেল্লিবা মরুওইবা শা-উচেকশিংদি — কৈজাও (*Panthera tigris*), নোংশা (*Panthera leo*), শামুগণ্ডা (*Rhinoceros unicornis*), হানগুল (*Moschus moschiferus*) মণিপুরগী শঙাই (Cervus eldi eldi) অসিনচিংবনি [৫৭]। শঙাই পৃথিবীদা লৈরিবা খোমথকপা শাশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী ফীভম শোকচিল্লবা, তুং কোইনা হিংগনি হায়বগী অশা উত্রবা, মরাইবক থিরবা শক্তি মথলনি। হৌজিক শাশিগী মশীঙ ১০০ ফাওবা ফাদ্রে। শঙাইবু য়াম্না চেকশিন্না অমসুং তোপ-তোপ্না মীৎয়েংগা লোয়নননা অমুক য়োকখৎতুনা মশীং হেনগৎহনবগী থৌরাংদি য়াম্না বাৎলি।

## কৈবুল লমজাউ নেসনেল পার্ক

কৈবুল লমজাউ নেসনেল পার্ক অহানবদা শঙাই লৈনবগীদমক্তা Wildlife Sanctuary ওইনা ইং শোক ১৯৫৫ দা হৌখি। মতুংদা Wildlife (Protection) Act, 1972 গী মখাদা কৈবুল লমজাউবু নেসনেল পার্ক ওইখি (মসিগী য়ারী পন্দুপ ১বদা শুগায়না য়াওহ্রে)। মফমসিদা শঙাইবু মহৌশাগী ফীভমদা লৈহনবা ফংলবসু থোইদোকপা মীৎয়েং অমগী মখাদা মচা-পোকহনবগী থৌরাং চেকশিন্না পাইখৎতবদগী মখোয়গী মশীংদি হেনগৎপা ইঙম-ঙমদনা লৈরি। মণিপুরদা শঙাইবু কৈবুল লমজাউ নত্তনা অতোপ্পা Second Home লিংদুনা য়াম্না চেকশিন্না য়োকখৎপগী তঙাইফদবা লৈ। Assam গী Pabitora

---

[৫৬] ইংশোক ১৯৮৯ দা হাংদোকপা Yangoupokpi Lokchao Wildlife Sanctuary গী area য়াওরে।

[৫৭] Wildlife (Protection) Act কি Schedule : ১ দা য়াওবা শাশিংগী মমীং Annexure – IV দা পীরি।

Wildlife Sanctuary দা শঙাইগী Second Home ওইনা লিংখৎপগী মতাংদা H.S. Panwar, Director, Wildlife Institute of India গী মোংতা মণিপুরগী ইরোইশেম্বা অমসুং কৈবুল লমজাউ অনিমক্তা শঙাইনা লৈবদা মাইয়োকনরিবা অবাবশিং অমসুং ফীভমশিদা শাসিনা মখা তানা হিংখিগদ্রা হায়বগী নুংনাংবা ফোংদোকই [৫৮]। Pabitora দা থমগদৌরিবা শঙাইসি দিল্লিগী National Zoological Park, Culcutta Zoo অমসুং ভারতকি অতৈ শায়োকশংশিদগী লৌগনি অদুগা মফসিদা শঙাইবু তাঙকক অনিরক থোকনা থাদোক্কনি। অহানবা তাঙকক্তা অচৌবা enclosure অমদা শঙাই লাবা ৫গা অমোম ১০গা থমদুনা মচা পোকহনগনি অমসুং চহী ৩-৪ গী মতুংদা মসিগী মশীং হেনগৎহনল্লগা enclosure দগী থাদোক্নুনা অমুক হন্না পুরা লমলক্কী শা ওইহনগনি। কৈবুল লমজাউ অমসুং Pabitora গী মরক্তা মান্নবা ecology গী শকতম লৈবনা মফমসিদা শঙাইগী Second Home ওইবদা মায়পাক্না মশীং হেনগৎহনবা ঙমগনি [৫৯]।

## য়াঙুপোকপী লোকচাও বাইলদলাইফ সেঙ্কচুরী [৬০]

য়াঙুপোকপী Wildlife Sanctuary না মণিপুরগী অনিশুবা লমলক্কী শা-উচেক ঙাকশেন্না থমনবা মফম ওইরে [৬১]। Sanctuary অসিগী পাকজাওবা বর্গ কিলোমিটর ১৮৪.৮ নি। মসিগী লমখৈ ওইনা অবাংদা বাকসুলোক, খাদা লোকচাও তুরেল, নোংপোক্তা International boundary তাকপা খুদম য়ুম্বী ১৫ দগী ২২ ফাওবা অমসুং নোংচুপতা লোকচাও তুরেলনা ব্রমাগী (মেনমার) লম্বী অচৌবগা শমনফম; লৈবীখুল, নামজেৎলোক অমসুং দোলাইবুং কুকিনচিংবা মফমশিংগী ঙমখৈ পরিং ফাওবনি। কৈবুল লমজাউগুন্না মফমসিদি অককনবা শা মখল অমাতমক য়োকখৎনবগী থৌরাং নতে। মফমসিদা মহৌশাগী ওইবা ইকোলোজীগী ফীভম কাইহন্দনা পাম্বী অমসুং শা-উচেকশিং য়োকখৎপগী থৌরাং

---

[৫৮] H. S. Panwar, Director, D.O. No. W II/Res. 19, Dated 6th Dec. 1989. Personal communication.

[৫৯] A Feasibility Report on Introduction of Sangai (*Cervus eldi eldi*) in Pabitora Sanctuary, Assam, Zoos Print, Vol. IV (8)–1989:N.Prasad and P.K. Mathur.

[৬০] Govt. of Manipur, Notification No. 6/686-For, Dated, Imphal, the 31st March, 1989.

[৬১] কৈবুল লমজাউনা অহানবা Wildlife Sanctuary নি। মতম খরগী মমাংদা Siroy চীং অমসুং জুকো ভেলীবু Biosphere reserve নত্রগা National Park ওইনা থমনবগী বাফম লৈরম্ববু থবক ওইনা পাংথোকপা ঙমদনা লৈরি।

পাইখৎপনি। হৌজিক ফাওবা মফমসিগী শা-উচেক অমসুং পাম্বীগী মশক-মমিং লোইনা খঙবা ঙমগ্রি অদুবু য়াম্না তেইনা উবা অচৌবা শা খরদি — শওম Himalayan Black bear (*Selenarctos thibetanus*), শন্দং (*Bos frontalis*), শজল (*Cervus unicolor*), শজি অঙাংবা (*Muntiacus muntjak*), খরশা (*Axis porcinus*), কবোকৈ (*Panthera pardus*), য়োংমু (*Hylobates hoolock*), লাইরেল (*Python molurus*) অসিনচিংবনি।

---

ANNEXURE - II

নোটিশ নং ১১৫ (এ)

অসিনা প্রজা পুম্নমক্তা

খংহন্নি :—

তাং ১৫।১।৩৫ ইংদগী তাং
২।২।৩৫ ইং ফাওবা কলাগুম্বা
শ্রীঅমতা লোকতাক্তা শাউটেন
ফাক (শীরৈ তোবা) যারে। ইতি

ইম্ফাল।
তাং ৪।১।৩৫ ইং




স্টেট অফিস

ফোর প্রেসিডেন্ট মণিপুর
স্টেট দরবার।

## ANNEXURE III

### ইংশোক ১৯১০-৩২ ফাওবদা মণিপুরদগী হাংখিবা উচেক মশীং*

| উচেক মমীং | ১৯১০-১১ | ১৯১১-১২ | ১৯১২-১৩ | ১৯১৩-১৪ | ১৯১৪-১৫ | ১৯১৫-১৬ | ১৯১৬-১৭ | ১৯১৭-১৮ | ১৯১৮-১৯ | ১৯১৯-২০ | ১৯২০-২১ | ১৯২১-২২ | ১৯২২-২৩ | ১৯২৩-২৪ | ১৯২৪-২৫ | ১৯২৫-২৬ | ১৯২৬-২৭ | ১৯২৭-২৮ | ১৯২৮-২৯ | ১৯২৯-৩০ | ১৯৩০-৩১ | ১৯৩১-৩২ | অপুনবা মশীঙ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| কাঙা (Geese) | ১৭ | ৪৬৫ | ২৭৪ | ১০৪ | ২৪৫ | ৩৫৩ | ৭৬ | ২২ | ৪৭ | ৪২ | ১১২ | ১০৫ | ৯০ | ১২১ | ২১৬ | ১৮১ | ১০২ | ১৬২ | ১৪১ | ৪৮ | ২৮১ | ১৭৫ | ৩৩৭৯ |
| ঙানু (Ducks) | ২৮১ | ৭৭৪ | ১৬১৯ | ১৪২৩ | ২০৬০ | ২৭৪৫ | ১৮১৯ | ১১৫৮ | ৯৯৭ | ৮২৯ | ১০৯৬ | ১১৯৩ | ১৬৬৫ | ২৪৪৪ | ৩৬১১ | ৪৬৩৪ | ৪২৭৭ | ৪৯২১ | ৫৯৬৭ | ৫৭১১ | ৪৮২৭ | ৩২১৩ | ৫৭,২৬৫ |
| চেকলাওবী (Snipes) | ১১৩৭ | ১৩১৪ | ৯৭৩ | ১১০১ | ১৪৭৫ | ২২২৮ | ২৬৭৫ | ১৯৬৬ | ২৮৬১ | ১৬৮৮ | ১৪১৭ | ১৪৪৪ | ১১৭৯ | ১৫১২ | ২৯৬৪ | ৪৪০৭ | ৫৯০০ | ৫৬৩৬ | ৪৬৪৬ | ৩৬৩৫ | ৫২০২ | ৪৮৫৬ | ৬০,২১৬ |
| ঙাহোইবী (Plovers) | ১২ | ২৫ | ১৮ | ৪৬ | ৬৯ | ৩৮ | ৬৬ | ১৫ | ২০ | ৬৭ | ৪০ | ২৭ | ৩৪ | ৮৪ | ৭৪ | ২২ | ৪৩ | ২৫ | ৪১ | ২৫ | ৩৫ | ৫৮ | ৮৮৪ |
| লময়েন-বাহোং (Pheasants) | ৫ | ৯ | — | ৫ | ১৬ | ৫ | ১২ | ১৪ | ৭ | ৩২ | ৪ | ২ | ১৭ | ২৫ | ৫৪ | ৪৪ | ৪৯ | ৩৭ | ৬৭ | ৪১ | ১৯ | ২৭ | ৪৯১ |
| উরেখী (Partridges) | ৬ | ২৮ | ১৩ | ৪৪ | ৩৯ | ২৬৬ | ২৮৫ | ১৫৮ | ৫১৫ | ২৭৭ | ২৪০ | ৪৮ | ১১৬ | ২৭২ | ৫৫০ | ৭১২ | ২৪৯ | ৪৪৬ | ৪৫৪ | ৪২০ | ৪১৩ | ৪৭০ | ৬০২১ |
| শোইবোল (Quils) | ২ | ৭ | ১৯ | ১১ | ২৯ | ১১০ | ৮৬ | ৪৯ | ৯৪ | ১৪ | ৩০ | ১২ | ১৬ | ১৩ | ৪১ | ৮৩ | ১৯ | ২৭ | ৩৫ | ৪৪ | ২০ | ৬৩ | ৮২৪ |
| খুনু (Pigeons) অপুনবা মশীং | — | ১ | — | ১২ | ২ | ১৫ | — | ১৫ | — | ১৭ | — | — | — | ৭ | — | ৭ | ১ | — | ৫ | — | — | — | ৮৩ |
| | ১,৪৬০ | ২,৬২৩ | ২,৯১৬ | ২,৭৪৬ | ৩,৯৩৫ | ৫,৭৬০ | ৫,০১৯ | ৩,৩৯৭ | ৪,৫৪১ | ২,৯৬৬ | ২,৯৩৯ | ২,৮৩১ | ৩,১১৭ | ৪,৪৭৮ | ৭,৫১০ | ১০,০৯১ | ১০,৬৪০ | ১১,২৫৪ | ১১,৩৫৬ | ৯,৯২৫ | ১০,৭৯৭ | ৮,৮৬২ | ১,২৯,১৬৩ |

* J.C. Higgins কি Game Birds and Animals of Manipur, JBNHS, Vol. 36-37 (1933-34) দা ফোংখিবদগী শেমবনি। মসিদি British Officer শিংনা হাংপা মতমদা record তৌহৌবা উচেক মশীংদুখক্তনি। মসি নত্তবা record তৌহৌদবা মথক্কী মশীং শিমুক য়াম্না অমসু লৈরম্বা য়াই।

টেবলসি য়েংলগা ঐখোয়না খঙই মদুদি মসিদা য়াওরিবশি অয়াম্বনা পাথকি উচেকশিংনি। মখোয়শিংগী মনুংদা ঙানু কোকঙাংবী (Pink-headed duck) অমসুং White-winged wood duck সু য়াওরি। অহানবগী উচেক মখলসি হৌজিক খোঙ্গুল মুৎলে হায়না লৌনরে। উচেকশি ইংশোক ১৯০৮ দা W.A. Cosgrave (ডরবারগী Vice-President) না অমা হাংখি, মতুং চহি অহম লৈরগা J.C. Higgins মশামক্না অমসু হাংখি। মসিগী মতুংদগীদি মণিপুরদা উচেকশি উখিদ্রে। উচেকশি অসামদা শোক ১৯২৩ অদুগা বিহারদনা শোক ১৯৩৫ ফাওবা উখি হায়। White-winged wood duck তি মণিপুরদা ইংশোক ১৯২৫ ফাওবা উখি, অদুগা মসিগী মশীঙ ২০০ মক্তি হৌজিক ভারতকি মফম অতৈদা লমলক্কী উচেকওইনা লৈরি। অতৈ উচেকশিংগী মনুংদা Burmese Peafowl মণিপুরদগী ইংশোক ১৯২৮ দগী উখিদ্রে।

# ANNEXURE IV

Wildlife (Protection) Act, 1972 (শেমদোকলবা Act 1991) গী অহানবা Schedule দা য়াওবা মণিপুরগী অতাঙবা শা উচেকশিং ঃ

মণিপুর অমসুং অৱাং-নোংপোকক্কী অতৈ ষ্টেট অমসুং ইয়ুনিয়ন টেরিটোরীশিং হায়বদি নাগালেন্দ, আসাম, ত্রিপুরা, মেঘালায়া, অরুনাচল প্রদ্রেশ অমসুং মিজোরামদা ফংবা লমলক্কী শা-উচেকশিংগী মনুংদা ইকুই কুইদ্রিবা মতদা খোঙ্গুল মুৎখিবসু য়াওখরে অদুগা খরা অমসু অমুক মশীং শাথিনা হন্থখ্রে, মখোয়শিংদু য়াম্না থুনা মাঙখিবা য়াবগী থাক্তা (endangered animals) লৈরে। ভারতকী Wildlife (Protection) Act, 1972 অসি হৌজি-থেংখাঙ কায়রক হন্না শেংদোক-শেমজিন তৌদুনা, মসিগী Schedule শিংদা য়াওবা শাশিং, মখোয়গী হোংলকলিবা ফীভমগী মতুংন্না মফম হোংদোক-হোংজিন কয়ারক তৌখ্রে। Act অসিগী মনুংচনবা Endangered animal শিংগী মনুংদা মণিপুরদী ফংবা শা-উচেক কয়ামরুমসু য়াওরী। মখোয়শিংদুগী মনুংদা খরদিঃ

**কৈঃ** মতম অমদা অৱাং নোংপোক ভারতকী জঙ্গলশিংদা মরাং কাইনা ফংলম্বা শাশিংগী মনুংদা কৈসু অমনি। কৈজাও (*Panthera tigris*) নত্তবা মখল কয়াগী কৈ মচা অমসুং লমহৌদোংশিং, খুদম ওইনা কবোকৈ (*P. pardus*), কবোকৈ (Leopard cat-*Felis bengalensis*); কৈজেং (Clouded leopard-*Neofalis nebulosa*), কৈজেং (Marbled cat-*Felis marmorata charltoni*), কৈজেং (Fishing cat-*F. viverrina*); কৈমু (Golden cat-*F. temmincki*)[১]; তোকপা (Jungle cat-*F. chaus*), মোইরাং শাথীবী (Civet cat-*Viverria zibetha*) ; হুইথৌ (Wild dog-*Cuon dukhumensis*); লমহুই (Wild dog-*Canis indicus*) নচিংবশি মফমসিগী উমংশিংদা ফংই। মপুং ফারবা কৈজাও লাবা অমনা সেন্তিমিটর ৩০০ অদুগা অমোম্না সেন্তিসিটর ২৭০ ফাওবা শাংই।

---

**(১) Golden cat :** । হায়ফেৎ সনামচু, হকচিনবা কোনা মচু, য়োং মানবা, হকিচিন্না চোরফোন মচু, অমুবনচিংবা মখল কয়াগী মচু খেন্নবা লৈ। মণিপুরদা অমুবা মচু মখলগী কৈসু ফংই। মসিবু কৈমু কৌই। তাঙনা ফংবা কৈ মখলনি।

হৌজিক মণিপুরদা কৈজাও য়াম্না অতাঙবা শা ওইরে নত্রগা পুরা খোঙ্গুল মুৎখ্রে [২] অদুগা অতৈ ষ্টেট খরদনা অতাঙবা শা ওইনা ফংলি। ভারত সরকারনা কৈজাও য়োকখৎনবগী পায়খৎপা থৌরাং মফমশিংগী মনুংদা অসামগী Manas Wildlife Sanctuary সু অমনি। চহিগী নোজুথা লোইরকপদা কৈগী পা-পী তিন্নে অদুগা মতুং হাপতা ১৫-১৬ লৈরগা মচা২-৬ ফাওবা পোকই। কৈজাওনা চহি ২০ ফাওবা পুন্সি।

চহি ৫০ মুক্কী মমাংদা মণিপুরদা কৈজাও য়াম্না লৈরম্মী [৩] চীংগী লমদা নত্তনা তম্পাক্কী মফম ফাওবদা কৈনা মী নত্রগা য়ুমশা শোকপগী থৌদোক কুংলম্মী। অকন-অথৌগী মীংচৎ ফংনবা অমসুং নিংথৌনা শকখণ্ডবীন্নবা মমাংঙৈদা কৈ হাৎলম্মী। মসিনা কৈ মশীং হন্থখিবগী চাওরবা মরমনি। কবোকৈ অমসুং কৈজেংশিংদি হৌজিক মণিপুরগী চীংনুংদা লৈরি অদুবু মশীংদি হন্থখ্রে। নৌনা শেমগৎলিবা য়াঙুপোকপী লোকচাও Wildlife Sanctuary দা মখোয়শিবু অমুক য়োকখৎতুনা মশীং হেনগৎহনবা ঙমগনি হায়বগী থাজবা লৈ। Snow leppart (*Panthera uncia*) হায়বা অতাঙবা কবোকৈ মখলসিমদি অৱাং নোংপোক ভারতকী আরুনাচল প্রদেশতমক্তা ফংই।

শামুঃ মপুং ফারবা শামু লাবা *(Elephus maximus)* অমনা সেন্তিসিটর ৩২০ ফাওবা ৱাংই (অমোমনা সেন্তিমিটর ২৭৫ ফাওবা ৱাংই)। অৱাং-নোংপোক ভারত্তা অসুকপা উমং মরুওইনা ৱাগী জঙ্গল মরাং কাই। অসিগুম্বা মফমদা শামুনা শঙ্গু-শঙ্গু লৈ (শামু শঙ্গু অমদা অয়াম্বা মতমদা অমোমদি অমাখক্তা য়াওই) চহিগী কালেন্থা হৌরকপদা শামুনা লাবা-অমোম তিন্নদুনা য়ুম্বাল্লী অদুগা থা ২০ মুক নাওপুরগী মচা অমা পোকই।

মণিপুরগী কৌব্রু, লৈমতাক, ইরিন-মরু কবো তম্পাক অমসুং জীরী উনুংদা শামু মরাং কায়না ফংলম্মী (মণিপুরগী নিংথৌশিংনা শামু ফাবগী ৱারোল মথক্তা নৈনখ্রে)। শামু হৌজিক্তি মণিপুরগীতা নত্তনা ভারতকিসু অতাঙবা শা ওইদুনা IUCN গী Red Data Book তা খোঙ্গুল মুৎলগনি মীপায়রবা শাশিংগী মী পানখৎপদা য়াওরে। শামুগী ময়া লৌনবা হাৎতোকপা অমসুং লৈফম, উমং-ৱামং পাক-শন্না কোকথোকপনা মসিগী মশীং হন্থখিবগী মরু ওইবা মরমনি।

শামুগণ্ডাসু (*Rhinoceros unicornis* অমসুং *R. sondaicus*) শাথিনা মশীং হন্থব্রবা শানি। হৌজিক্কি ফীভমদা *R.unicornis* না আসাম, নেপাল অমসুং অৱাং থংবা বেঙ্গোলদা

---

(২) কৈজাওঃ হৌজিক করিগুম্বা মতমদা মণিপুরগী য়াম্না মনুং হনজিনবা চীংনুংদা কৈজাও লৈবগী পাও তায়। মসি থংনবা ষ্টেট মরুওইনা অসাম অমসুং ব্রমাদগী লানশিনলকপা শা ওইগনি।

(৩) চহী ৫০ মুক্কী মমাংদা ভারত্তা কৈজাও ৪০,০০০ রোম লৈরম্মী। ইংশোক ১৯৭২ দা মসিগী মশীং ২০০০ খত্তদা হন্থখি। ভারত্তা Tiger Project কয়ামরুম পায়খৎলকপদগী ইংশোক ১৯৮৯ দা মসিগী মশীং ৪৩৩৪ দা হেগৎহনবা ঙমখি।

ফংই অদুনা *R. sondaicus* অসিনা জাভাদা ফংই[৪] ভারতগীদি মসি পুরা খোঙ্গুল মুৎখ্রে[৫]। অসামগী Kaziranga বু National Park ওইহন্দুনা মফমসিদা R. unicornis য়োকখৎনবা অকনবা থৌরাং পাইখৎলে। শামুগগুা অসামগী Manas Wildlife Sanctuary দসু ফংই।

শওম ঃ মণিপুরদা মরাংকায়না ফংবা অচৌবা শাশিংগী মনুংদা শওমসু অমনি। Himalayan Black Bear (*Selenarctos thibetanus*) অমসুং Malayan Sun Bear (*Helarctos malayanus*) হায়বা শওম মখল অনিশি মণিপুরদা ফংই, অদুগা মসিগী মথক্তা Sloth Bear (*Melursus ursinus* ) হায়বা মখল অমসু আসাম অমসুং আরুনাচল প্রদেশতা ফংই। Himalayan Black Bear অসি মণিপুরদী খরা মরাং কায়রী। ইংশোক ১৯১০-২৪ ফাওবদা চীংমীশিংনা হাৎখিবা শওম মশীঙ ৪৮০২ গী মনুংদা ৯৯% দি মখলসিগিনি[৬] ঈথিংদা লৈবা মণিপুর মহরাজগী হৈকোল তমনা লোক্তাক্তা ইরোইদুনা লাকপা শওম অমা ইংশোক ১৯১২ দা হাৎখি হায়না J.C. Higgins না হায়রম্মী। Malayan Sun Bear মখলসি আরুনাচল প্রদেশতা লৈতে। কানেম্থাদা শওমনা পা-পী তিম্নরগা, থা ৭ কী মতুংদা মচা অনি পোকই। শওমনা চরি ৪০ ফাওবা পুন্সি।

য়োং ঃ অরাং-নোংপোক ভারতকি জঙ্গলশিংদা মখল কয়াগী য়োংশিং মরাং কায়না লৈ অদুবু IUCN গী endangered list তা য়াওরিবদি টুপীউপী য়োং (Capped langur-*Presbytis pileatus* অমসুং Golden langur-*P. geei*); য়োংমু (Hoolock gibbon-*Hylobates hoolock* অমসুং Phayre's leaf monkey *(Presbytis pharyei)* মখলশিংনি। মখোয়শিংগী মনুংদা *P. geei* না আসামগী ভুটানগা লোম্নবা লমদা অদুগা *P. pharyei* না ত্রিপুরাগী মফমশিংদা ফংবা নত্তবা অতোপ্পা মফমদা ফংদে। *P. pharyei* হায়বসি খুইদগী ফীভম শোকলবা অমসুং তাঙনা ফংলবা য়োং মখলনি। চাওরাক্লা মসিগী মশীঙ ৪০০ রোম্না ত্রিপুরাগী জঙ্গলশিংদা লৈরি থাজনরি।

---

(৪) *R. sondaicus*: থাইনদি মসিনা বেঙ্গোল, আসাম অমসুং ব্রমহাপুত্রগী খারোমদা ফংলম্মী (The Threatened Animals of India, 1983:B.K. Tikadar)। মণিপুরদা খুগা তুরেল তম্পাক্তসু শামুগন্দা ফংলম্মী হায় (Game Birds and Animals of India, 1933-34: J.C. Higgins) । মণিপুরগী নোংপোক অমসুং খাথংবা শরুক্তসু শমুগা ফংলম্মী হায় (Statistical Account of Mamipur, 1873 R.Brown).

(৫) The Book of Indian Animals (1980:S.H. Prater.

(৬) The game Birds and Animals of Manipur (1933-34). JBNHS, Vol. 36-37: J.C. Higgins.

**শজি-শণ্ডাই** ঃ অৱাং-নোংপোক ষ্টেটশিংদা ফংবা Cervidae কাংলুপকি শাশিংগী মনুংদা মণিপুরগী শণ্ডাইনা (*Cervus eldi eldi*) খ্বাইদগী [৭] মশীং য়ামদ্রবা শজি মখলনি। মসিগা হায়ফেৎ মান্নবা (Swamp deer- *C. duvauceli*) হায়বা শজি মখল অমা আসামদসু ফংই। মসি অতাণ্ডবা শজি ওইরবসু শণ্ডাইশুন্না ফীভম হকচিন্না শোকচিনবদি ওইদ্রি। আসামদতা নত্তনা মসিনা Madhya Pradesh অমসুং ভারতকি অতৈ মফম খরদসু ফংই।

শণ্ডাইশুন্না হকচিন্না ফীভমমক্তি শোকত্রিবা অতাণ্ডবা শজি মখল খরসু মফমসিগী অশুকপা উমংশিংদা ফংই। মখোয়দুদি শাজল (Sambar-*Cervus unicolor*); খরশা (Hog deer-*Axis porcinus*) অমসুং শজি অণ্ডাংবা (Muntjac deer-*Muntiacus munjak*) নি। মণিপুরদা খরশা অমসুং শজি-অণ্ডাংবা মখল অনিদি খরা মরাং কায়রী। [৮]Bovidae কাংলুপকি মনুংচনবা শাশিংগী মনুংদা শবেং (Serow-*Capricornis sumatraensis*) অমসুং Goral, *Nemorhoedus goral*; লমইরোই (Wild buffalo, *Bubalus bubalis*); শন্দং *(Bos frontalis)*; শন্দং[৯] নত্রগা লমশন (Indian Bison, Bos gaurus); শষ্ণৌ (Banteng or Tsaine, *B. banteng*) অসিনচিংবসু মফমশিদা ফংই।

**উচেক** ঃ Wildlife Protection গী অহানবা Schedule দা য়াওবা উচেকশিংগী মনুংদা Pinkheaded duck (*Rhodonessa caryophyllacca*) অমসুং White winged wooduck (*Cairina scutulata*) হায়বসি শাথিনা ফীভম শোকচিন্নবা মখলনি। অহানবগী ভানু মখলসিমদি হৌজিক ভারতগী পুরা খোঙ্গুল মুৎলে হায়না লৌনরে। বিহারদা ইংশোক ১৯৩৫ দা উখিবদগী মতুংদা অমুক উখিদ্রে অদুগা অকোনবগী ভানুশিগী মশীঙ ২০০ রোম্না লমলক্কী উচেক অদুগা মশীং ৩০০ রোম শয়োকশঙশিংদা লৈরি হায়না থাজনরি। তিঙ্গী (Large whistling teal- *Dendrocygna bicolor*) অসি মণিপুরদা ইংশোক ১৯২৫ অদুরাইদগী অতাণ্ডবা উচেক ওইরে[১০]। নোংচুপ থংবা আসামদদি উচেক মখলসি খরা মরাং

---

(৭) Swamp deer দা মচীগী মাঙথংবা মশা (tin) না তুংথংবা (beam) মশাদগী চপয়ুংনা (ডিগ্রি ৯০ দা) হৌরকপা ওইনা উই অদুগা শণ্ডাইগী মচীনা হায়রিবা মশা অনিশি ডিগ্রি ১৮০ দা শমনদুনা মশাং অমখক্তা ওইনা উই।

(৮) Bovidae: মকোক্তা মরীল হোবা মচী পানবা অমসুং লাবা অমোম অনিমক্তা মচী হৌবা, খুজিল লোংখুম পানবা শা মখলনি। মখোয়গী মচীদি-শজি শণ্ডাইশুন্না চহী খুদিংগী কেনবা নাইদে।

(৯) মণিপুরদা *Bos banteng* লৈরম্মী হায়বশি Prater নদি য়াদে (The Book of Indian Animals, page. 245)। J.C. Higgins না শা অসিবু Kabow valley দা মরাং কায়রম্মী অমসুং খুগা মরিলদসু ফংলম্মী হায় (The Games Birds and Animals of Manipur).

(১০) J.C. Higgins: The Game Birds and Animals of Manipur JBNHS, Vol. 36-73.

কাইরি হায় [১১] Osprey (*Pandion haliaetus haliaetus*) হায়বসি ভা ফারগা চাবা খুনুখ্রং মখলনি। মসিনা নিংখমথাদা আসাম অমসুং মণিপুরগী মফমশিংদা মশীংয়াম্না পাইরকপা উরম্মী। লৌবুক্তা তিলহাৎ হিদাক্লা শিরবা ঙা চারুবদগী মসিগী মশীংহন্থখিবনি থাজনৈ। Eastern white stork (*Ciconia ciconia boyciana*) হায়বা থরোইচাবী মখলসি নিংথমথাদা অরাং-নোংপোক স্টেটশিংদা হেক-হেক পাইরকই অদুগা Hooded crane-*Grus monacha*) অমসুং Blacknecked crane-*Grus nigricollis*) মখলগী থরোইচাবীশিংনা মণিপুর অমসুং আরুনাচল প্রদেশতমক্তা নিংথমথাদা পাইরকই।

ভারতা ফংবা উচেক লাংমৈদোংশিংগী মনুংদা Indian pied hornbill (*Anthracoceros malabaricus*), Assam brownback hornbill (*Ptilolaemus tickellis austeni*), Rufousnecked hornbill (*Aceros nipalensis*) Assam wreathed hornbill (*Phyticeros undulatus ticehursti*), অমসুং Great pied hornbill (*Buceros bicornis homrai*) মখলশিংশি মণিপুর অমসুং থংনবা স্টেটশিংদা ফংই। মখোয়গী লৈফম উমং-বামং কোকথোকপা, লাংমৈদোংগী মচিন, শরু অমসুং মতোংবু অফবা হীদাক ওইনা শিজিন্নবগী হাৎতোকপনা উচেক মখলশি মাঙশিনলকপগী চাওরবা মরমনি। মশক মতৌ ফজবা অমসুং অতাঙবা লময়েন অমসুং বাহোং মখল শুনা ফংবগীদমক্তা লমদমশি মমীঙ চৎলি। মফমসিদা মখল কয়াগী লময়েন, Blood pheasant (*Ithaginis cruentus*) Satyr tragopan (*Tragopan satyra*) Blyth's tragopan (*T. blythei*), Temminck's tragopan (*T. temminckii*), Sclater's monal pheasant (*Lophophorus sclateri*), Hume's Bartailed pheasante* (*Syrmaticus humiae humiae*), বাহোং, Peacock pheasant (*Polyplectron biaclcaratum*) অমসুং Peafowl (*Pavo cristatus*) হায়বা অতাঙবা উচেক মখলশিংশি ফংই। মসিগী লময়েল মখলশিংশি লোইনমক আরুনাচল প্রদেশতসু ফংই।

উচেক অমসুং খোমথকপা শাশিংতা নক্তা মফমশিদা ফংলিবা লাইরেল (*Python molurus*) অমসুং V. salvator) ** অমসুং লেঙবা *** (Himalayan newts- *Tylototriton verrucosus* পুন্নমকশি মফমসিগী অতাঙবা লিন অমসুং হঙোই কাংলুপকি শাশিংনি। লাইরেল মখল অনিগী মনুংদা *P. reticulatus* তি মণিপুরদা ফংদে। লেঙবানা মণিপুরগী উখ্রুল অমসুং মাও অদুগা আরুনাচল প্রদেশতা ফংই।

---

(১১) B.K. Tikader (1983) : Threatend Animals of India. * লময়েন মখলশি মণিপুরদা ফংই। নোঙটীন (চীরু লোননি) Hume's bartailed pheasant, মণিপুর স্টেটকি উচেকনি হায়না শকখঙলে অদুগা বাহোংনা (Indian peafowl) ভারত জাতিগী উচেকনি।

** *Varanus bengalensis* মরুওইনা, উমং-বামং, তুরেল মপান অমসুং অতৈ কংফালগী লমশিংদা লৈ অদুগা *V. salvator* না ঈশিংনা লৈ। হংকোক মখল অনিমক মণিপুরদা ফংই।

*** লেঙবা-তাঙখুল লোননি।

# ANNEXURE - V

## মণিপুরকী লিন, চুম, থেজু অমসুং হজোই কাঙলুপকি শা

| English name | Scientific name | Local Name |
|---|---|---|
| (১) | (২) | (৩) |
| | **হু-চেন্দবা লিন** | |
| | **Family : TYPHLOPIDAE** | |
| Diard's blind snake | *Typhina diardi diardi* Schlegel, 1839 | তিপুন নাপুন |
| | **Family : BOIDAE** | |
| Indian Rock Python | *Python molurus molurus* Linn, 1758 | লাইরেল |
| | **Fami!y : ANILIDAE'** | |
| Laurentis earth snake | *Cylindrophis rufus burmanus* Smith, 1958 | – |
| | **Family : COLUBRIDAE** | |
| Dhaman (Rat Snake) | *Ptyas mucosus* Linn, 1758 | তাংলৈ |
| Indo-Chinese rat snake | *P. korrs* Schlegel, 1837 | তাংলৈ |
| Manipur green snake | *Opheodrys doriae* Boulenger, 1888 | নারিল |
| White-striped kukri snake | *Oligodon albocinctus* Cantor, 1839 | লিনথাক |
| Common kukri snake | *O. arnensis* Shaw, 1802 | লিথাক |
| Spot-tailed kukri snake | *O dorsalis* Gray, 1834 | নারিল |
| Wolf snake | *Lycodon jara* Shaw, 1802 | নারিল |
| Collared black-headed snake | *Sibynophis collaris* Grey, 1833 | – |
| Green rat snake | *Zaocys nigromarginatus* Blyth 1854 | তাঙলৈ |
| Himalayan keelback | *Natrix himalayana* Gunther, 1864 | লিনহা |

| | | |
|---|---|---|
| Checkered keelback | *Xenochrophis piscator* | লিলবোক |
| Common keelback | *Natrix punctulata* | লিলহা |
| Red-necked keelback | *Rhabdophis subminiata* Schlegel, 1837 | তাঙৌলৈ কোকঙাং নত্রগা চীংঙখারৈ |
| Tayny cat snake | *Boiga ochracea* Gunther, 1868 | নারিল অশংবা |
| Indian gamma | *B. trigonata* Schneider, 1802 | নারিল অশংবা |
| Large spotted cat snake | *B. multimaculata* Boie, 1828 | নারিল অরাংবা |
| Eastern gamna | *B. gokool* Gray, 1834 | নারিল অশাংবা |
| Whip snake | *Ahaetula prasinus* Boie, 1827 | নারিল |
| Broze-backed | *A. subocularis* Poulenger, 1888 | নারিল |
| Mock viper | *Psammodynastes* pulverulentus Boie, 1827 | — |
| Iridescent snake | *Blythia reticulata* Blyth, 1854 | — |
| Striped-neck snake | *Liopeltis frenatus* Gnuther, 1858 | — |
| Trinket snake (Copperhead) | Elaphe radiata Schlegel, 1837 | তাঙৌলৈবাচেং মানবী |

**হুচেনবা লিন**

**Family : ELAPIDAE**

| | | |
|---|---|---|
| Banded krait | *Bungarus fasciatus* Schneider, 1801 | লিনখাক |
| Blue krait | *B. caeruleus* Schneider, 1801 | লিনখাক |
| Indian cobra (monocellate) | *Naja naja kauthia* Linn, 1758 | খারৌ |
| Hamadryad (King cobra) | *Ophiophagus hannah* Cantor, 1836 | ঈশিং খারৌ |

**Family : VIPERIDAE**

| | | |
|---|---|---|
| Russell's viper | *Vipera russelli* Shaw, 1797 | লিন্দু নাপঙবী নত্রগা লিন্দু ময়েক নাইবী |
| Blotched pitviper | *Trimeresurus monticola* Gunther, 1862 | লিন্দুচরাং |

| (১) | (২) | (৩) |
|---|---|---|
| Bamboo pit viper | *T. gramineus* Shaw, 1802 | নারিল |
| *Green pit viper* | *T. albolabris* Gray, 1842 | নারিল |
| Spot-tailed pit viper | *T. erythrurus* Cantor, 1839 | নারিল |

## চুম

**Family : GEKKONIDAE**

| | | |
|---|---|---|
| House lizard | *Gekko gecko Linnaeus*, 1858 | চুম |
| House lizard | *Hemidactylus bowringi* Gray, 1845 | চুম |
| House lizard | *H. garnoti* Dumeril & Bibon, 1836 | চুম |
| House lizard | *Cosymbotus platyurus* Schneider, 1792 | চুম |

**Family : AGRAMIDAE**

| | | |
|---|---|---|
| Flying lizard | *Draco norvilli* Aloock, 1895 | – |
| Garden lizard | *Colotes versicolor* | নুমিৎ যুংবী |
| Garden lizard | *C. mystaceus* Dumeril & Bibon, 1837 | নুমিৎ যুংবী চুম |
| Green lizard | *C. jerdoni* Gray, 1845 | – |
| Garden lizard | *C. microlepis* Boulenger, 1837 | নুমিৎ যুমবী চুম |

**Family : AGAMIDAE**

| | | |
|---|---|---|
| Scin lizard | *Mabuya multifaciata* Schneider | চুম |
| Scin lizard | *M. macularia* Dumeril & Bibon, 1830 | চুম |
| Scin lizard | *M. novemcarinata* Anderson, 1871 | চুম |
| Scin lizard | *M. quadricarinata* Boulenger, 1887 | চুম |
| Scin lizard | *Dasia olivacea* Gray, 1887 | চুম |
| Scin lizard | *Lygosoma maculatum* Blyth, 1868 | চুম |

**Family : VARANIDAE**

| | | |
|---|---|---|
| Monitor lizard | *Varanus bengalensis* Daudin, 1802 | হংকোক |

| (১) | (২) | (৩) |
|---|---|---|
| Monitor lizard | *V. salvàto* Laurenti, 1768 | হংকোক |

### থেঙ্গু

### Family : EMIDIDAE

| | | |
|---|---|---|
| Water turtle | *Cyclemys dentata* Gray, 1831 | থেঙ্গু |
| Box turtle | *Cuora amboinensis* Daudin, 1802 | থেঙ্গু |
| Roofed turtle | *Kachunga tentoria* Gray, 1834 | থেঙ্গু |

### হঙোইগী কাঙলুপ

### Family : BUFONIDAE

| | | |
|---|---|---|
| Common toad | *Bufo melanostictus* Schneider, 1799 | হঙোই বোরাবী |
| Toad | *Bufoides* sps Yazdani & Chanda, 1971 | হঙোই বোরাবী |

### Family : RANIDAE

| | | |
|---|---|---|
| Indian Bulfrog | *Rana tigerina* Doudin, 1803 | মোরে হঙোই |
| Indian cricket frog | *R. limnocharis* Boie, 1835 | লবুক নত্রগা নারক হঙোই |
| Indian burrowing frog | *R. breviceps* Schneider, 1799 | লবুক হঙোই |
| —— | *Amolops afganus* Gunther, 1858 | কৌব্রু হঙোই |
| —— | *Micrixalus borealis* Annandale, 1912 | হঙোই |

### Family : HYLIDAE

| | | |
|---|---|---|
| Tree frog | *Hyla annectan* Jerdon, 1870 | হঙোই অশংবা |

### Family : MICROHYLIDAE

| | | |
|---|---|---|
| Narrow mounthed frog | *Microhyla ornata* Dumeril & Bibon, 1841 | হঙোই |

| (১) | (২) | (৩) |
|---|---|---|
| Narrow mouthed frog | *Kaloula pulchra* Gray, 1831 | হন্ডোই |

**Family :RHACOPHORIDAE***

| | | |
|---|---|---|
| Tree frog or Banana frog | *Polypedates leucomystax* Gravenhorst, 1829 | হন্ডোই তন্ডশাং |

**Family :CAECILIDAE**

*Ichthyophis species***

**Family :SALAMANDRIDAE**

| | | |
|---|---|---|
| Salamander or Himalayan Newts | *Tylototriton verrucosus* *** Anderson | লেন্ডবা |

---

* মণিপুরদা হন্ডোই অশংবা (Family: Rhacophoridae) মখল য়ান্না লৈ। হৌজিক-হৌজিকমক মশক তাকপা ঙমদ্রিবা হন্ডোই অশংবা মখল ১০ মুক অইবগী খুৎতা লৈরি।

** মণিপুরদা Apoda amphibia হায়বদি মখোঙ-মখুৎ পান্দবা, তিনথ্রোক অচৌবা মানবা হন্ডোই কাংলুপকী শা মখলসি ফংদে হায়না লৌনরম্মী। অদুবু ইংশোক ১৯৯১ জুলায়-আগষ্ট থাদা D.M. College of Science কি T.D.C. II years দা তম্বা M. Ngalo কৌবা চীংমী ছাত্র অমনা মশাগী লৈফম Kangpat (Kamjong Division of Ukhrul District) খুন্দগী specimen অমা ফারকখি। Specimen অসি মপুং ফানা identify তৌথ্রি অদুবু মসি Family: CAECILIDAE গী মনুংচনবা শানি। মসিগী মনঙলথংবা শরুক্তু মুরৈনে অদুগা মপুকলোম থংবা শরুক্কা হায়ফেৎ নাপু মচু মাল্লি; মিলিমিটর ১৮০ তগী হেন্না শাংই। মসিবু Kangpat লোন্দা Marutangtuk কৌই অর্থদি মকোক-মমৈ খঙদবা শা হায়বনি।

*** *Tylototrition verrucosus* ( হন্দুংগী তাংখুল লোন্দা লেঙবা কৌই) অবাং-নোংপোক ভারতকী মণিপুর অমসুং আরুনাচল প্রদেসদা ফংই। পৃথিবীগী ওইনা মসিনা হিমালয় চীংখোঙগী নেপাল, Darjeeling নচিংবা মফম খরদা ফংই।

## BIBLIOGRAPHY


Acharji, M.N. (1950) : Contribution to the Fauna of Manipur State. Assam. Part IV Reptilia, *Rec. Ind. Mus*, Vol. XLVIII.

Ali, Salim and S.D. Ripley (1983): Hand Book of the Birds of India and Pakistan (Compact Ed.)

Annandale, N (1911) : Batrachia. *Rec. Ind, Mus*, Vol. VIII.

----------------- (1921) : The aquatic and Amphibious Mollusca of Manipur. *Ibid*. Vol. 22.

Beddard, F (1968) : Cambridge Natural History (Mammals).

Blyth, E (1875) : Mammals and Birds of Burma. *J. Asiatic Soc. Bengl.* Vol. XLLIII.

Brown, R. (1874) : Statistical Account of Manipur (Reprinted by K.M. Mittal. 1975)

Barth, W.H. (1943) : Territoriality and Home Range Concepts as applied to Mammals. *J.Mamm*. Vol. 24.

Chandola, A, KH. Shamungou and J, P. Thapliyl (1973) : Response of *Calotes versicolor* embryo to cold treatment. *Ann. Embryl. Morph, 5.*

Daniel, J.C. (1963-1975) : Field Guide to the Amphibians of Western India (Part 1-3). *J. Bombay Nat. Hist. Soc*, Vol. 60 (Part I and 2) and Vol. 72 (Part 3).

-------------- (1981) : The Book of Indian Reptiles, Bombay Natural History Society.

Darling, F.F (1937) : A herd of Red Deer. Oxford Univ. Press.

Dasman, R.F (1982) : Wildlife Biology.Wiley Eastern Limited.

Deb, D.B. (1960) : Forest Type Studies in Manipur.

Delhi Law House (1992): the Wildlife Protection (Amendment) Act, 1991.

Gadow, H (1968) : Cambridge Natural History (Amphibia and Reptiles)

Gee, E.P (1955) : The Brow-antlered Deer, *J. Bombay Nat. Hist. Soc. 52* (4)

----------------(1961) : The Brow antlered Deer of Manipur. Oryx. Vol. 6.

------------------(1965) : Wildlife of India. London. Govt. of Gujarat (1972) : The Gir Lion Sanctuary Project.

Govt. of India (1972) : The Wildlife (Protection) Act, 1972. No. 53.

-------------- (1973) : The Gazette of India (Extraordinary) No. 119.

Govt. of Manipur (1955): Manipur Gazette, No. 50.

Govt. of Manipur (1965) : Manipur Gazette No. 136-E-104.

------------------ (1974) : Ibid. No. 59.

--------------------(1977) : Manipur Gazette No. 10.

----------(1907-1935) : Proceeding Manipur State Durbar.

Grimowood. E.C. (1891): My Three years in Manipur (Reprinted, 1975)

Graf, W and Nichols Jr. (1966): The Axis in Hawaii. *J. Bombay, Hat. Hist. Soc.* 63(3)

Gunther, A.C.L.G.1864) : Reptiles of British India. (Reprinted).

Higgins, J.C. (1915-19) : Manipur Administrative Report

--------------(1933-34) : Games Birds and Animals of Manipur State with notes on their numbersz, migration and habits Part I-IV. *J. Bombay Hat. Hist. Soc.* Vol. 36-37.

Hodson, T.C. (1908) : The Meiteis (Reprinted, 1975).

------------------ (1911) : The Naga Tribes of Manipur (Reprinted, 1974).

Hyne, D.W. (1949) : Calculation of the size of Home Range. *J. Mamm*, Vol. 30 (1)

Inger, R.F. and S.K. Dutta (1983) : An Overview of the Amphibian Fauna of India. *J. Bombay Nat. Hist. Soc.* (Centenary Supps).

Khelchand, N (1969) : Ariba Manipuri Sahityagi Itihas. Manipur Sahitya Parisad.

---------- and L. Ibungohal (1989): Cheitharol Kumbaba. Manipur Sahitya Parisad.

Martin, C (1975) : Status and Ecology of the Barasingha (*Cervus duvauceli branderi*) in Kanha National Park. J. Bombay Nat. Hist. Soc. Vol. 74(1)

Mc Cann, C (1939) : A Reptile and Amphibian Miscellany. Ibid. Vol. XII.

Murthy and Kh. shamungou (1982): Notes on some lizards from Imphal, Manipur. *Geobios*.

Panwar, H.S. (1979) : A're only the Sangai and Keibul Lamjao Threatened? Are the people of Manipur themselves not? An assessment of the Environmental crisis in the State of Manipr.

Pillai, R.S. and S.K. chanda (1979): Amphibian Fauna of Khasi Hills, Meghalaya. *Rec. Zool. Surv. India*, 75.

----------------(1981) : Amphibian Fauna of Garo Hills, Meghalaya with description of a new species of *Rana*. *Ibid*, Vo. 79.

Pocck, R.I. (1942-44) : The Larger Deer of British India. (Part I-IV)

Prater, S.H. (1948) : The Book of Indian Animals. Bombay Natural History Society.

Ranjitsinh, M.K. (1975) : Keibul Lamjao Sanctuary and the Brow-antlered deer 1972 with notes on a visit in 1975. *J. Bombay Nat. Hist. Soc.* Vol. 72(2).

Rathore, B.S. and S.S. Khera (1982): Census of mortality in Mammals of *Bovidae* family in captivity and free living state in India. *Ibid*, 79(1).

Ripely, S.D. and T.E. Lovejoy (1978) : Threatened and Endangered Species. Wildlife and America.

Saharia, V.B. (1982) : Wildlife in India. Chicago Univ.

Seshadri, B (1986) : India's Wildlife and Wildlife Reserves. Sterling Publication.

Shamungou, KH and J.P. Thapliyal (1974): Prelaying stages in the development of Garden lizard, *Calotes versicolor. Ann. Embryl Morph*.

Shamungou, KH (1974) : Twinning in the Checkered water snake Natrix piscator. *Herpetologica*.

---------------(1977) : Embryology of Endocrine organs of garden lizard, *Colotes versicolor. Proc. Ind. Sci. Cong*.

--------------- (1977) : Newts of Manipur. Science Reporter.

--------------- (1990) : Habitat Devastation Threatens Manipur Brow antlered Deer, *Cervus eldi eldi. Deer*. (Journal British Deer Society). 8(2).

--------------- (1992) : Antler Development as criteria of age in *Cervus eldi eldi. Ibid*, 8(9).

--------------- (1992) : Wildlife in Manipur. Public Book Store, Imphal.

--------------- (199 ) : Osteology of Female Brow antlered Deer, *Cervus eldi eldi*. Manipur State Museum Bulletin, No. 2 (in Press).

--------------- (1992) : Reproductive Cycle of Sangai in Keibul Lamjao National Park. Papulation and Habitat Viability Assessment Workshop Briefing Book, Mysore. 11-14 October 1992, Manipur Brow antlered Deer.

Shamungou KH (1988): Ecology and Bionomics of Brow antlered Deer (*Cervus eldi eldi*) McClelland 1842 in Keibul Lamjao National Park. Manipur. Ph.D. Thesis (unpublished).

---------------- (1993) : Manipurgi Tanglaba Sha-Uchek.

---------------- (1997) : Sangaina Eikhoibu Ngaihauri.

Smith M.A. (1935) : The Fauna of British India. Vol. 1-3.

Spillett, J.J (1966) : The Kaziranga Wildlife Sanctuary Assam. *J. Bombay Nat Hist. Soc.* 63(3).

Tak, P.C. and B.S. Lamba (1984): Ecology and Ethology of Spotted deer, *Axis axis* (Exleben). *Zool.* Surv. India.

Thomas, O(1918) : The nomenclature of the geographical forms of Panolia Deer (*Rucervus eldi*) and its relatives. *J. Bombay Nat. Hist. Soc*, Vol. 25.

Tikader, B.K. (1983) : Threatened Animals of India. *Zool. Surv.* India.

Tin Yin, U (1950) : The Brow-antlered Deer or Thamin (*Panolia eldi thamin*) in the Union of Burma. *J. Bombay Nat. Hist.Soc.* Vol. 33(3).

Wall, J.F (1909) : Notes on Snakes collected in Upper Assam. Ibid, Vol. XIX.

Wilson, A (1873) : Sport and Service in Assam and Elsewhere. (Reprinted Ed).



অইবগী শঙাই লাইরিকশিং ঃ